# ৱাহৈ খরদং

ৱাহং কয়া মরুম লৈ, পাউখুম কয়ামুকসু লৈ। অদুবু, ৱাহং খুদিংমক্কী াউখুমদি লৈতবা য়াই। বিজ্ঞানদি ৱাহং খুদিংমক্কী পাউখুম পীবা ঙম্নবা থিরি। ৱজ্ঞান্না পুথোকপা ঙমদ্রিবফাওবদি মীওইবনা পুন্সি অসিদা ৱাহং কয়ামরুম ংদুনা লৈখিগনি। ৱাহংশিং অদুগী পাউখুম ফংনবা ওঝা কয়াগী মনাক্তা ংকনি, গুরু কয়া খনখিনি, পাঞ্জিদা চংলুনা কুঠি য়েংখিনি, খুবাক ময়ি ৱংখিনি।

বিজ্ঞান্না অরোইবা পাউখুম পীবা ঙমদ্রিঙৈ মরক অসিদা 'অরোইবা াউখুম' কৌবা লাইরিক অসি পাদুনা য়েংবীয়ু। পাউখুম খরদি ফংবা য়াই।

লাইরিক অসিদা য়াওবিবা আর্টিকলশিং অসি নুংতিগী ফোঙবা পাউচে নালৈবাক' তা হান্না ফোঙজখ্রবনি। লাইরিক্কী মওংদা ফোঙদোক্লবা অইবনা াক্লজর্বনি। ফোঙবা ঙমহনবীবগীদমক 'সনালৈবাক' পু হন্না হন্না থাগচ্চরি।

লাইরিক অসিদা বনান লানবা লোয়ননা অশোই অঙাম কয়া থেংনবিবা ই। পাবীরিবশিংনা অইববু খঙজদবনি খনবীদুনা পুন্নমক ঙাকপিয়ু।

লাইরিক অসি পুথোকপদা শর্শ্রী তখেল্লম্বম লেনিন্দ্রো মঙাঙ, কোইজম প্রিয়োকুমাব সিংহ অমসুং মাইবম সুসিল কুমার সিংহনা অচৌবা তেং পীবীখি। 'সনালৈবাক' প্রেসপুসু হন্না হন্না থাগচ্চরি। মখোয় পুন্নমক্কী তেং ফংলমদ্রবদি লাইরিক অসি পুথোকপা ঙমজরম্লোই। মখোয় পুন্নমক্কী মন ভোঞ্জরবনি। পুন্নমকপু থাগচ্চরি।

*ইবোতোম্বী অকোইজম*

## — করি য়াওরি —


| | | |
|---|---|---|
| য়াখলগী মমিশিং | - | ১ |
| ফিজিক্স অমসুং বেদান্ত | - | ৪ |
| পুন্সিগী কম্পাস ফংনবা | - | ৭ |
| অশিংবগী মনাক্ত: খুদোংচাব | - | ১০ |
| পুক্লিংগী মপু ওইবা | - | ১৩ |
| অরোইবা ফিদম | - | ১৬ |
| ঈশ্বরগী অঙকপা | - | ২১ |
| হৌজিক্কী সমাজগী লায়না | - | ২৪ |
| মোক্ষগী লম্বেল অনি | - | ২৮ |
| ঈশ্বর অমুক হিংগৎলক্লে | - | ৩২ |
| রাখী পুনবা নুমিৎ | - | ৩৪ |
| অফবা পুন্সি ওইনবা লমতাক ১ | - | ৩৮ |
| অহিংসাগী য়ুম্ফম | - | ৪১ |
| অমগা অমগা মুক্নবা কোক্নবা | - | ৪৪ |
| খল্লুরুরবদি নুংঙাইবা য়াই | - | ৪৭ |
| ত্যাগ, তপস্যা অমদি সেবা | - | ৫০ |
| আধ্যাত্মিক্কী য়াওল | - | ৫৪ |
| মণিপুর কায়হনগুমসি | - | ৫৯ |
| মশাগী নিংতমজবা | - | ৬৪ |
| পুন্সিগী লৈনবা মরী | - | ৬৭ |
| শক্তিবু খৌরাংবা অমদি লাল | - | ৭০ |
| জিয়ুগী রাখল্লোল | - | ৭৩ |
| শিবরাত্রি | - | [illegible] |

| | | |
|---|---|---|
| মীওইবনা থিবগী পোলোই | - | ৮০ |
| মিকপ থোক্লসি | - | ৮৩ |
| অশেংবা থবক্কীদমক নীংবা | | |
| অমদি হোৎনবা | - | ৮৬ |
| অশাওবা মতৌ | | |
| করমনা থাদোক্কনি | - | ৯০ |
| হকচাংবু পূক্লিংনা | | |
| লাকশীনগদবনি | - | ৯৪ |
| ইন্দিয়ান হ্যুমেন কেপিটেল | - | ৯৮ |
| ঐগী মশক | - | ১০২ |
| পুক্লিংদা মহিক | - | ১০৫ |
| ঙশিগী নহারোলদা | - | ১০৯ |
| অধ্যাত্মিক্কী কলচর | - | ১১৩ |
| অধ্যাত্মিক্কর চাওখৎপা | - | ১১৬ |
| মীওইবগী পুন্সিদা | - | ১১৯ |
| নিয়ু গ্লোবেল ওর্ডর | - | ১২৩ |
| ব্রাহংগী অরোইবা পাওখুম | - | ১২৬ |
| দৈবী স্বরাজ্য শেমগৎপা | - | ১২৯ |
| হিংনা হিংনা শিবা | - | ১৩২ |
| ইশ্বরগী বিশ্ববিদ্যালয় অমা | - | ১৩৫ |
| ইশাগী মায়পাকপবু খঙজিঙ্কবা | - | ১৩৯ |
| খাঙবা কনবা অমদি শান্তি | - | ১৪২ |
| পুজা তৌফম থোকবা অমদি পুজা তৌবা মী | - | ১৪৫ |

# ব্রাখলগী মমিশিং



ঐগী অওনবনা সংসারগী অওনবা লাকই। ঐখোয়না অওনবা দবকাব ওই। প্রকৃতি মশামক অওনবদা· লৈ। নোংঙাল্লকই, নুমিৎ তাবকই। ঋতু মবী মথং মথং চঠী অমগী মনুংদা থোকই। অঙাং ওইনম্বা অহল ওইবকই। পোকপু পোক্লবা অশিবনা লোয়শিল্লি। অরোইবনা অহৌদা ওইরকই। অহৌবনা অবোইবা ওল্লকই। অসুম্না চক্র অমা ওইনা কোইনা কোইনা উংদুনা প্রকৃতিনা চৎলি। অওনবা মরক অসিদা মীওইবগী ব্রাখলসু অওনবদা যাওদ্রবদি সংসাবগা চুশিন্নবা য়াদবা ফরক তাবা অমা থোক্কনি।

ময়াম্না খঙনরি মদুদি পুক্রিং অমসুং হকচাং তোংঙান তোঙানবা পোৎশক অমমমনি। শম্না হায়রবদা থল্লায় (আত্মা) অমদি প্রকৃতি। অখঙ অহৈনো তাকপী, মদুদি প্রকৃতিদি আত্মাগী মখা পোল্লি। ঙাক্কুনা লৈগদবা মপু আত্মা অদুনা শোঙ্গরক্লবদি মখা পোল্লিবা অদুনা মনিং তম্লকই। অদুগা অমরোমদনা মপু ওইবিবা মহাক্না অচুম অবান থিদনা থবক চৎথবক্লবদি মখাপোল্লিবা মহাক্না ব্রাবৌবকই; ওন্ন-তৈনবা লম্বেলদা লাকই। মপাঙ্গল শোঙ্গরক্লবা আত্মানা, মপুকচেল পিকশল্লক্কুনা নত্তবা পাম্বৈনা মশাগী ওইজবা থিবকই। হৌজিক প্রকৃতি খোইশাওনবে। আত্মাবু থওইরক্লে। মতম চাঁদনা নোং

.তারক্কনি, দরকার লৈরবা মতমদনা ঈশিং ফংলক্লোই, মহৈ মরোং মতমচানা হৌবা ঙম্লক্করোই। অচৌবা নোংলৈ নুংশিৎ লাক্কনি, খঙহৌদনা য়ুহার হাবক্কনি। মপু ওইরিবা আত্মানা তোংলিবা হকচাংনা হা কাব লাউনা খাঙলক্কনি। প্রকৃতিগী লালহৌবু থিংবা ঙম্লক্লোই। অম্রাবা পুম্নমক অসিবু নুংঙাইবদা ওথোক্লুবা আত্মাগী শক্তি লাক্লবা ব্রাখলগী শক্তি কনখৎহনবগী মতম ওইরে। ব্রাখলনা মতৌ করম্না মশক উদনা থবক কয়া পাঙথোকপা যাবগে হায়বসি ভাবতকী অরিবা লাইরিক কয়াদা ইদুনা য়াওরি। খুদম খরা মখাদা পীজরি।

মতম অমদা ভরত্তা ললোনবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্না চা চন্দন অমদি যজ্ঞনা চংগদবা ...ৎচৈ কয়াগী কারবাব তৌরম্মী। মহাক্কী পোৎচৈশিং অদু পোৎশিং হনখিদুনা পৈদুনা লৈরে। পোৎ ময়াম শিত্তুদুনা পৈদুনা লৈবা উরগা মহাক খোয়দৌ অসুম শাউগৎলক্লম্মি। নোংমদি খঙহৌদনা নিংথৌগী ...তুংইন্দুনা নিংথৌগী খোঙলোয় কয়ানা সভা যাত্রা অমা চৎলম্মি। খঙ...দনা কদোমদগীনো মঙোন্দা ব্রাখল অমনা ফোংলখি। ব্রাখল অদুদি মসিনি মদুদি নিংথৌ অসি শিবা তারবদি মহাক্কী পোৎচৈ ময়ামশি লোইনা শিংকনি, অদুনা শেন্দোং য়াম্না তালহৌবা ঙমগনি।নিংথৌদুনা অসুম লাকপদা ললোনবা নুপা অদুগী দুকান মপা য়ৌরক্লে। মহাক্কী দুকান হেক য়ৌরকপদা নিংথৌদুনা হায়রম্মী মসিগী দুকান্দার অদু লৈবাকসি থাদোক্লগা অতোপ্পা মফমদা চৎখবরা য়েংউ।"

নিংথৌদুগী য়াথং অদু মতিক চাদবা ব্রাফম্নি হায়বসি মন্ত্রি অদুনা খল্লম্মী।

মথংগী নুমিত্তসু নিংথৌগী কাঙবু অদু লম্বেল অদুমক্তদা লাক্লম্মি। নিংথৌ অদুনা ললোনবা অদু অদুম থেংনরম্মী। নিংথৌদুনা মন্ত্রিদুদা মহাক্না হায়বা করিগী ইন্দ্রিবনো হায়না হংলম্মি। মন্ত্রিদু অচৌবা দাশা অমদা তারে। নিংথৌ অদুগী য়াথং অদু থবক ওইনা করম্না পাঙথোক্কনি হায়বসিদা মহাক অদুম খ... দুনা, উংদুনা লৈরে। করম্বা ব্রাখলদগী নিংথৌ অদুনা অদুক কনবা ব্রাবেপ লৌখিবনো, ললোনবা অসিদি য়াম্না চমজবা মীঙোন্দা কায়জদবা মীনি। মন্ত্রি অদুনা চত্তুনা মবী মখোঙ থিগৎলুরে। মতমদুদা ললোনবা নুপা অদুনা হায়দোবকখি মদুদি ঙসি ১৫ নি মুকসি পোৎ অমত্তা শিংলক্লুবদা মঙন

মওন খল্লুবদা নিংথৌদু শিববদি মহাক্কী পোৎ অসি লোয়না শিংপা য়াই। অদুনা নিংথৌদু শিহন্নিংলুরে। মন্ত্রিদু য়াম্না শিংবা মীওইনি। মহাক ভাব ফজনা তাবে। মহাক্না ললোনবা নুপা অদুদা হায়বকখি. 'ফবে, অদুদি ঐনা নহাক্কী পোৎশিং অসি লোয়না লৈবিবা তাববদি ক৺ন্দৌবা?'

ললোনবা নুপা অদুনা খুম্লকখি " অদু ওইরবদি ঐনা নিংথৌ অসিগী পুক্সি নুংশাংনবা ঈশ্বরদা হায়জগনি।"

মন্ত্রি অদুনা ললোনবা নুপা অদুগী পোৎশিং অদু লোইনা লৈবিরে। নুপা অদু হবাওবনা খমথেংশ্লে। মন্ত্রিদুনা নিংথৌদুদা করিমত্তা হায়দোকখিদে।নুমিৎ খবনিমুক লৈরগা নিংথৌদুনা লম্বেল অদুমক্তদা অমুক লাকখি। নিংথৌদুনা ললোনবা নুপাদু অমুক উখি, মহাক উরগা নিংথৌদুনা হায়বকখি "মন্ত্রি, মতম খরগী মমাংদা ঐনা নুপা অসি লৈবাক অসিদগী তান্থোকখো হায়খিবনি. মদু তোক্লো, মহাকসি অফবা মী মাল্লি। ঐনা কবম্না অদুক তমথিবা দন্দি অমা মঙোন্দা পীনিংলুরিবনো ঐ খঙদ্রে।"

ব্রাখলগী মপাঙ্গল অসি কযাদা কনবনো হায়বসি ব্রারী অসিনা তাক্লি। মরম অদুনা ঐখোয়না শান্তি লৈবা, অশেংবা অমদি ইশাগী ওইজবনা মাঙওইনদবা ব্রাখল শাগত্তুনা অফবা সংসার অমা শেমগৎপগী মতম ওইরে। ☐

# ফিজিক্স অমসুং বেদান্ত



***Veda*** হায়বনা করিনো অদুগ[illegible] Vedanta হায়বনা করিনো হায়ব[illegible] খঙজিনবদা কান্নবা অমা ওইবা [illegible]। [illegible]মদি বেদ হায়বসি খঙবা হায়[illegible], জ্ঞান। বেদগী [illegible]হৈদগী বিদ্যাগী [illegible] ল[illegible]ক্লম্বা য়াই। বিদ্যা হায়বসি ঐখোয়[illegible] তোইনা শিজিন্নবা ন্নাহৈনি। জ্ঞানগী শম্বল [illegible] নুমিৎকী মঙাল [illegible] মফম খুদিংমক্কীনি। লৈবাক অমত্তনা নুমিৎ অসি মখোয়গীনি হায়না ক্লেম তৌবা য়াংরোই। অদুবু, জাপান্নদি নুমিৎ অসি মখোয়গীনি হায়না খঙ্জে মবম অদুনা জাপানবু "লেন্দ ওফ বাইজিং সন" নুমিৎকী থোরকফমনি হায়না চাওথোকচরি। মখোয়গী ফিরালদা ফাওবা নুমিৎ য়েক্লি। মতৌ অসিগুম্ন া ভাবতনা বেদ অসি ভাবতকী ওইনা লৌজরি। অদুবু বেদদি অচুম্ববু তাকপনি, থিবনি, জ্ঞান্নি। অদুনা কনাগুম্বা পৃথিবীগী মীওইশিংনা বেদ অসি মীওইবা জাতিগীনি, হিন্দুশিংগী ঙাক্তনি হায়না ক্লেম তৌবা য়ারোই হায়নবসু য়াওবি।

পৃথিবীগী জ্ঞান লৈবশিংনা পান্নরিবা-বেদ অসি কবিনো হায়বসি অখণ্ড অহৈশিংদগী ফংজবা জ্ঞান অসি মতেক খরা থমজবি। বেদ মরি শুই-ঋক বেদ, সাম বেদ, যজুববেদ অমদি অথর্ব বেদ। বেদ খুদিংমক্কী শরুক মরি মরি অমুক লৈ। মখোয়শিং অদুদি সমহিতা, ব্রহ্মনা, অরন্যাকা অমদি উপনিষদশিংনি। ঋক, সাম, যজুব বেদ অহুম অসিবু বেদ হায়না খঙনৈ

অদুগা অথর্ব অমদি উপনিষদশিংবুনা বেদান্ত হায়না খঙনৈ। সমহিতাশিং অসি অরিবনি। ঋক বেদ সমহিত্যনা অমুক খ্বাইদগী অরিবনি হায়না তাকপীরি। সমহিতাশিং অসিনা বেদগী অশেংবা শরুক্তি অদুগা অতৈশিং অসিনা মতম মতমগী মতুংইন্না হাপচিল্লকপনি।

সমহিতাশিং অসি প্রকৃতিগী শক্তিশিংবু মহুৎ শিল্লিবা লাইশিংবু ইরাং থৌনিজবগী হিমস শিং, রিটসশিং, সেক্রিফাইশিং ওাক্তনি। ঋক বেদদা Naradiyer Sukta য়াওরি। Brahamanas শিং অসি update তৌরগা সমহিতাদা তিলহল্লি। Satapatna Braha.nana অমদি Aitareya Brahmana শিং অসি শিংথানিংঙাই ওইবা ওাক্তনি।

Aranyakas শিং অসি জঙ্গলদা ইবা ওাক্তনি। Sage অমদি seer শিংনা পুন্সিগী অরোইবা শরুক জঙ্গলদা পোখবা মতমদা ইখিবনি।

বেদগী মরিশুবা অমসুং অরোইবা ষ্টেজদা উপমিষদশিং লাকই। উপনিষদ মশিং ১০-১২ ফাওবনি। ঋক বেদগী মনুংদা Chandogya, Brihadaranyaka, Aitareya, Kaushitaki নি। Sam বেদবু Kena উপনিষদনা লোইশিল্লি। যজুব বেদদা Taittririya, Ishw, katha অমসুং Shwetashwatara অদুগা অথর্ব বেদদনা Mundaka, Mandukya অমসুং Prashna উপনিষদশিংনা অথোইবা ওইবি।অসুম্না বেদগী পন্দোল ওইবিবা terminal অসিবু Vedanta নৎত্রগা Shruti হায়না খঙনরি।

Brahama Sutras অমদি Bhagavad Giita না Post Vedic literature নি । মখোয়বু স্মৃতি হায়না খঙনৈ।

শ্রুতি অমদি স্মৃতি পুল্লগা Prastana Traya হায়না খঙনৈ। অর্থনা "Threefold movement" অহুম লোংবা খোঙচৎনি। হিন্দুগী শাস্ত্রনি।শ্রুতি অমদি স্মৃতি অসি মতমগী মতুংইন্না অর্থ তৌই। অসুম্না অনৌবা অর্থ তোপশিল্লকপশিংবুনা ভাষ্য হায়না খঙনৈ। খ্বাইদগী নৌবা ভাষ্যশিংদি শঙ্কর, রমানুবা অমদি মাধবাগীনি।সমহিতাশিংদা বেদিক সাহিত্যনা অচুম্ববু

থিবগী ইখৌলাংবা ওইখি -"লৈপাক্তা য়াওরিবা অচুম্বা, য়োত্তা য়াওরিবা অচুম্বা" থিগৎলকপা হৌখি। ইকোন কোনবদা, থিজিল্লবা মতুংদা অচুম্বশিং অসি উপনিষদশিংদা ফোঙদোক্লুনা পৃথিবীদা তাকথোবকখি।

অচুম্বা অদু কবিনো? য়ুনিভর্সকী অবোইবা দবকার ultimate essence তি স্পেসনি। Consciousness হায়বসিনা স্পেসকী কম্দিসন অমনি। Consciousness space না পাত্রনি অদুগা পাত্র অদুদা য়াওরিবনা মওং কাইববা বিকারনি। বিকার অসি centers of the world নি। বিকার যাওবা 3-D space অসি সগুন ব্রহ্মনি, অদুগা বিকার য়াওদবা স্পেস অদুবুনা নির্গুন ব্রহ্ম হায়না খঙনৈ। নির্গুন ব্রহ্মবু unified field হায়না খঙনৈ। লৌবিবা existence অসিদ unified field ওইবিবা ব্রহ্ম অসি অবোইবা অচুম্বনি অলটিমেট রিয়েলিটিনি। মফম অসিদা খ্বাইদগী চাওবা 'ঐ' পরমাত্মা লৈ : ঐখোয়গী অপিকপা 'ঐ' শিংনা যোগগী পাইনা, তপনা মহাক্কী মনাক্তা লৈবা ঙম্মী। মসিবু মুক্তি নত্রগা মোক্ষ হায় খঙনৈ

হৌজিক্কী মতমদা সাইন্সকী ব্রাঞ্চ অমা ওইবিবা ফিজিক্সনা হিনম অসিবু থিজিল্লি। অযাবসু পিরক্লি। নির্গুন ব্রহ্মনা বিকার ওইদুনা সগুন ব্রহ্ম ওইবকপা নৈনবগী থবক অসি ফিজিক্সনি। মতম অসিনা ফিজিক্স অসি মতমগী অনৌবা ভাষা অমদি শ্রুতি অমনি স্মৃতিগী শরুক অমা ওইরক্লি হায়না অখঙ অহৌশিংনা তাকপা হৌরক্লি। অসুম্না তপ্না তপ্না সাইন্সসু বেদগী শরুক অমা ওইরকখিগনি।

মতম অদুদা সাইন্স অমদি স্পিরিচুয়েলনা অমত্তা ওইদুনা অনৌবা সংসার অমা শেম্লকখিগনি। ঈশ্বরগী অনৌবা সম্রাজ্য কিংদম অমা লাকখিগনি। মতমদুগী অহৌবদা মালেম অসি স্বর্গ ওইরক্লনি। ☐

# পুন্সিগী কম্পাস ফংনবা



হৌজিক্কী মী অমসুং সমাজ অসি সমুদ্র ময়াইদা কম্পাস মাঙখ্রবা জহাজনা মায়কৈ লেপফম খঙদনা তাউদুনা লৈবগুম লৈরে। মায়কৈ তাকপিনবা লৈত্রবদি জহাজদুনা পম্লুংফম খঙদনা চত্তুনা লৈগদবগুম ঐখোয়না তুংগী পুন্সিগী পম্লুং খঙদনা চত্তুনা লৈরগনি।

হৌজিক্কী স্কুল, কলেজদা তম্লিরবা মহৈশিং অসিনা মীওইবা সমাজদা কম্পাস অমগুম মায়কৈ তাকপা ঙমদ্রে হায়না খল্লবি। অখঙ অহৈশিংনা হায়রি মদুদ্দ স্কুল, কলেজদা পীবিবা শিক্ষাদি শুপ্পগী প্রকৃতিগী অমদি সমাজগী লৈনাবিবা মবীশিং অদুদনি। মাগী নুংগী ওইবা প্রাক্রিংগী অথুপ্পা কয়াদি পুখোক্লবা লাক্লদ্রে। মীওইবনা অনৌবা লম কয়া দিস্কোভর তৌখ, সাইন্সনা অনৌবা পোৎ কয়া ইনভেন্ট তৌরি। ব্রহ্মপুত্রে খন্দুনা নাপল কাজবস্না চীংজাও কযাবু মতোল লোম্না কাদুনা মীওইবনা জয় তৌরি। লুবে হায়না খন্দুনা থমজবিবা সমুদ্রগী ইরোম্নুংদশু মী ওইবনা কুমদুনা থিদোক্লি। মীওইবনা মহাক্কী মমাংদা লৈবিবা প্রকৃতিগী শংনবা কযাবু যেংদুনা লেথোকপা হৈনদে। মতমচুপ্পদা মদুদতবু জয় তৌগদবগী মাযথিবা পীগদবগী লাক্লদুনা লৈ। অদুবু লুবিবদি মীওইবনা মশানা মশাবু জয় তৌনবা লাক্লবগী ব্রাফমদি কয়া খল্লদে। হোৎনরম্বা খোক্লবসু মীওইবনা শিংথানবিদে। পোকপু পোক্লবদি নোংমদি শোইদনা শিগনি হায়বা ঐখোব খঙই। জগৎ অসিদা মতম চুপ্পদা পরমেনেন্ট ওইনা

লৈগদবা অমত্তা লৈতে। পুম্নমক অওনবা অমগী মনুংদা ওন্দুনা চৎলি। তুমশিল্লকপা নাই মাঙখিবা নাই। অদুবু শিগনি হায়বা খঙলবসু ঐখোয়না অশিবগী মতম য়ৈথোক্লবা লাক্লে। য়োংনা মচা অশিবা থাদোকউ য়াদনা কোন্দুনা থম্বগুম ঐগী অনা অয়েক কয়া কোল্লগা হিংনিংই। ব্রারবা মল্লবা হকচাং অদু থাদোক্লগা তনৌরবা হকচাং অমদা চংদুনা অনৌবা পুন্সি অমা শাগৎলুগে হায়বগী অনীংবা অপাম্বা লৈরুদে।

পুন্সিংগী অরুবা ইরোন্নুংদা অমুক্তং লুপ্তুনা খম্ভদুনা য়েংবা য়াই মদুদি ঐখোয়না পোক্লক্লিবশিবু অর্থ অমা লৈবরনে? অরোনবা ব্রাহংগী পাউখুম অমা ফংবা মতমদা ঐখোয়না নুংঙাইবা পোকই। নুংঙাইবা অ... করম্ব ইন্দ্রিনা নুংঙাইবগে? মিৎনরা, নাকোংনরা, লৈনরা, ঊ...শা...রা? মদুনি অশেংবা নুংঙাইবা হায়বদু। পৈশ...না লৈবা ফংবা নুংঙাই... ...ত্তে

অর্থ খঙগে হায়রবদি জ্ঞান চংই, জ্ঞান ফংগে হায়রবদি ব্রাহং কয়াসু চংই। হংলিবা ব্রাহংগী থাক্কী মতুংইন্না জ্ঞান থাকসু খেন্নে। চু...গী ...ন ঙাক্তনসু যাদে, এব্রারনেস চংই, রিয়েলাইজেসন চংই। ঐখোয় অয়াপ্পনা জ্ঞানগী থাক্তদমক তাউদুনা লৈথোকই। মদুনা অখঙবা অমা ওইনা লৈথোকখি। এব্রারনেসকী থাক্তা চংনবা কয়া লাক্লুদে। এব্রারনেসকী থাক্লা তাকপদি জ্ঞান অদু থবক ওইনা ওন্থোকপনি। মহাক্কী কলা অমা ওইরকপদুনি। এব্রারনেসকী থাক লানখৎলক্লবা মতুংদা রিয়েলাইজেসন থাক লানশিল্লক্লনি। মতম অদুদদি জ্ঞান অদুগা ঐগা অমত্তা ওইবে, নেচরেল ওইনা ইশাদা পকপ্লে, মদুগী স্বরুপ ওইপ্লে। অদুগুম্বা রিয়েলাইজ ওইপ্রবশিং অদুনি মীওইবগী থম্মোয়দা ঙাম্দুনা কম্পাস অমা ওইনা পুন্সিদা লম্মাংনরবা মতমদা লমতাকপিরিবা।

জ্ঞান অসি অহানবদা গ্রোস ওইবম্মী, মদুবু শবতল ওইনবা, শুক্ষ্ম ওইনবা লাক্লগনি মদুনা শীলাইম ওইবকপদুনি জ্ঞান্দুগী কান্নবা। চুম্নগী মপানগী জ্ঞান অসিঙাক্তনদি ঐগী অওনবা পুরকপা ঙম্লোই। জ্ঞান অসি শগুপ শাইদুনা নৈ-নৈদুনা শাইববা মতমদা হকচাংদা মচি ওইনা চংখিদুনা হকচাংগী লু তোংদা যৌখিদুনা হকচাংগী শরুক ওইখি। নৎত্রবদি চাবিবা পোৎ অদুনা তুম্বা ঙমদ্রদুনা খোঙ হামথবকপসু যাই।

অচুম্বা জ্ঞান অদুনা ঐখোযদা অফবা কর্ম অমা ওইহনবদা মতেং পাংই। কর্ম অদু ঐখোয়গী ব্রাখল, ব্রাহৈ অমদি থবক্তা ওহ্ণোবকই। অদুনা মী অমা মশক খঙগে হায়ববদি অহুম অসি হায়বদি মহাক্কী ব্রাখল, ব্রাঙাং, থবক য়েংলগা লেপ্পা ঙমগনি। মসিমক মীশক খঙবা হায়বদুনি। অহুম অসিমক মান্নবা চৎপা ঙম্বা মী অদুনি অথোইবা মী হাযবদু। হৌজিক্কী মতমগী মীদি ব্রাখলনা অমা ওই, ঙাংলকপদনা অমা ঙাংলকই, তৌথোরকপদনা অমা তৌথোবকই। হৌজিক্কি মসি রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা যাম্না তোইনা শিজিন্নবি। মাসননি রাজনীতিব্রালাশিংদা প্রজানা কিবা পোক্ত রক্লিবা। চিনবান্দনা খোইহি তৈবা অদুগা পুক্লুংদনা হুফুম্বা হাযবা প্রমান অমা তৌনবিবসি মথক্কী অহুম অসি ঙাকপা ঙমদববুনি।পুন্সিগী কম্পাস অমা ফংগে হাযবদি পুক্রিংগী মীনাই ওইবগী ন হত্তা পুাক্লংগী মপু ওইহনবা লাক্লগদবনি। ☐

# অশিংবগী মনাক্তা খুদোংচাবা



জৈনিজমগী পারা অমনা অসুম্না তাকই মদুদি--"everything is relative and nothing is absolute" পুম্ন মক মরী লৈননা চৎলি, অমদা চপযুংদুনা মসিনা লোইরে হায়বা লৈতে। চহী লিশিং কযাগী মমাংদা "Theory of relativity" গী রাখল্লোল অসি জৈনশিংগীসু লৈরম্মী। মখোয়না রাবীদা ওইনা খঙনবা শাক্লবম্মী। অসিগুম্বা রাখল্লোল অসি জৈনগী Syat Vaada হায়বা অদুনা কুপ্না থনম্মী হায়।

লাইববা চাইনিজ লৌউবা অমগী ফার্মদা শগোল অমুবা অমা চংলক্লম্মী। শগোল অদুগী তৌবা ঙম্বা অঙকপা পাউ অদু লমদুগী নিংথৌগী মনাকোং য়ৌরম্মী। নিংথৌদুনা লৌউবা অদুদা শগোল অদু মমল য়াম্না পীবগা লৈরগে হায়রম্মী। অদুবু, লৌউবা অদুনা ময়াবা লৈখিদ্রে। খুল অদুগী খুঞ্জাশিংনা নিংথৌ অদুনা মমল য়াম্না পীরগে অদুগা শগোল অদু লৌরগে হায়বদা য়াদবা অদুদা লৌউবা অদুবু য়াম্না শাউনবে। লৌউবা অদু য়াম্না পংবা রাখল খল্লুবা ঙমদবা মী অমনি বুদুনি হায়না য়াম্না চৈবিরে। খুলগী মীশিং অদুনা মহাকপু বুদুনি হায়বা অদুদা লৌউবা অদুনা খুল্লম্মি, "হোয় ওইরম্বা য়াই।" মতম খরা লৈরগদি শগোল অদু লৌউবা অদুগী ময়ুমদগী থোকখিবদগী হনজিল্লকখিদ্রে। মাঙখ্রে। শগোল অদু হেক মাঙখিবগী পাউ তাবদা লৌমী অদুগী মনাক্তা খুঞ্জা ময়াম অদু অমুক তিল্লরে। মহাকপু ময়াম চংদুনা চৈবিরে, "নহাকমুক পংবসি লৈত্রে। নহাক পুম্মাং মাঙজরে। নিংথৌনা পীয়ু হায়বদুদা

য়োল্লন্নবদি নহাক কয়াদা তোংজবমগনি।" লৌমী অদুনা ময়াম্না হায়বদু অদুম তাশিল্লম্মী। মহাক্না ব্রা য়াম্না খুন্নমদে। শুপ্নগী ব্রাহৈ অসিতমক হায়রম্মী "ওইবম্না য়াই।"নুমিৎ খরা লৈরগদি শগোল অদ লৌমী অদুগী ময়ুমদা হুল্লক্লম্মী। শগোলদুনা হুল্লকপদা শগোল অমসু লোয়নরক্লম্মী। পাউ অসি তাবদা খুঞ্জাশিং অদু অমুক লৌমী অদুগী ময়ুমদা তিল্লরে। মখোয়না অমুক হায়রম্মী, "নহাক্না শগোল অসি য়োম্থোক্লমদবসি, নহাক ওম্থোক্না শিংখ্রেদা"। মদুদসু লৌমী অদুনা ব্রা য়াম্না খুন্নমদে শুপ্নগী "ওইরম্না য়াই" হায়বা অসিখক্তনি।

লৌমী অদুগী মচানুপা অমখক্তমক পোক্লম্মী। শগোলশিং অদু তম্বিবদা মহাক শগোলদগী তাদুনা মখাঙ তেক্লে। মতম অদুদসু ময়াম্না ভাংনবিবে, "নসা অমত্তা পোকচবদু দশা তারেদো।" মদুদসু মহাক্কী হান্নগী পাউখুম "ওইরম্না য়াই" হায়বদুতমক ওইরম্মী। মতাং অদুদা চীনাদা লাল অমা থোক্লম্মী। লাল অদুদা যাওননবা য়ুমথোং খুদিংদগী নহা ময়াম খোমগৎলম্মী। লৌমী অদুগী মচা অদুদি মখোঙ তেক্লবনিনা লাম্মী ওইবা য়াদ্রবনিনা খোমগৎপদা যাওখিদ্রে। লাল অদুদা নহা কয়া শিখি। অদুবু লৌমী অদুগী মচানুপা অদুদি শিনবা অদুদা যাওহৌদ্রে। মদুদা খুলদুগী মীশিংনা অমুক হায়রম্মী "নহাক্তি নরাইবক ফবে. মচানুপাদু লালদা শিবা য়াওহৌদ্রে।" মদুদসু লৌমি অদুনা খুন্নম্মী "ওইবম্না য়াই" ব্রারী অসিনা তাকই মদুদি চপ চানা পুন্সি অসি মসি ওইবনি হায়বা য়াদে। এবসোলুট ওইনা লৈতে। মরী অমদা তিন্নদুনা থোক্নুনা লৈ। মরম অদুনা পুন্সি অসি ঈচেল অমা ওইনা চেন্দুনা লৈ, মফম অমদা খক তুংদুনা মসিনা মরোইরে হায়বদু লৈতে।

নুমিৎ খুদিংগী ওইবা পুন্সিদা ব্রাফম অহুম য়েংলগা চৎনবা তাকপী। মখোয়শিং অদুদি, (১) ঐনা খঙবা ফাওবদদি (As far as I now) (২) মতাং অসিফাওবদি (upto a point), অমসুং ঐঙোন্দদি (To me) ঐখোয়গী পুন্সিগী ক্বালিটি অসি ঐখোয়গী রিলেসনশিপকী ক্বালিটিগী মখা পোল্লি। কনাগুম্বা অমা হিরম অসিদা য়াম্না পংলম্বা যাই অদুবু হিরম অমদদি মামুক শিংবা লৈরমদবা য়াই। মহাক্কী অপংবা নাকলদু য়েংলগা মহাকপু পুম্নমক্তা পংই হায়না লৌবা য়ারোই। মহাক্কী

অশিংবা নাকলদু য়েংলগা মহাকমুক শিংবা লৈত্রে হায়বা য়ারোই। মবম অদুনা মথক্তা পীখিবা নিয়ম পাল্লগা ঐখোয়না হায়বা য়াই মদুদি ঐনা খঙবা ফাওবদি মহাকসি শিংই। ঐগী ওইনা হায়বা তারবদি মহাকসি শিংই। পোই ট অমদদি মহাকসি শিংই। অসুম্না নুমিৎ খুদিংগী ওইবা পুন্সিদা এপ্লাই তৌবা য়াই। অশিংবা অমা ওইবা য়াই। অশিংবা মীনা মীবু হরাওহনবা ঙম্মি. অপাঙবা মীনা মীবু অৱাবা পী। অতোপ্পা কনাগুম্বা অমগী নৎত্রগা ইশাগি মরমদা এবসোলুট ষ্টেটমেন্ট পীরুবা মতমদা ঐখোযনা অৱাবা নংই ঐখোযনা open ওইবা মতমদা খুদোংচাবা opportunities [illegible] ঙমগনি। ঐখোয়না অমুক হেন্না খম্বা ঙম্লবদি অহেনবা opportunities কয়া অমসু থেংনরক্কনি। মরমদি opportunities না লাকপা মতমদা থোং হাংদুনা লৈরম্লবদি অশিংবা মহাক্কী মনাক্তা চং[illegible]নি। কনাগুম্বা অপংবনা থোঙদু থিংজিন্দুনা থম্লবদি খুদোংচাবা অমত্তা ফংলোই। মবম অদুনা অপংবশিংনা মতম চুপ্পা কমপ্লেন তৌদুনতা লৈগ[illegible]। ☐

# পুক্লিংগী মপু ওইবা



ধর্ম্ম খুদিংগী গুরুশিংনা থিরিবা অমদি থিংবা অসি পুক্লিং অমদি হকচাংগী আনন্দ ওইবা, নুংঙাইবা ফিবম স্থিটি অদুনি। পুন্সিগী অবোইবা পন্থুং অদু মসিনি। মহাত্মা গান্ধিনা অরোইবা পন্থু অসি অচুম্বনা খংলাই ওইবগা, পান্থে ওইরগা ফংখি।

অকনবা ইরাংদা তাওরবা পুক্লিংবু শেংদোক্লবা ধর্ম্ম খুদিংনা লাউবি। হায়বিবা শেংদোকদৌরিবা মফম অসিবু হিন্দুশিংনা আত্মা কৌই, ইস্লামনা রুহ কৌই, খৃষ্টানিটিনা "The Holy Spirit" কৌই। আত্মাদগী পীবকপা অকনবা Psychic energy অদুনা ঐখোয়গী thoughts অমদি emotion দা য়ৌরকই। মদুনা নেগেটিব ওইরবদি ঐখোয়না খোয়রাংই; অৱাবা ফংই। মদুবু ঐখোয়না পোজিটিবতা ওন্থোক্লগা শান্তি ওইবা, বুদ্ধিগী ওইবা শক্তিদা ওন্থোকপা য়াই। মদুদগী ঐখোয়গী state of existence অসি naturalis ওইহনবা ঙমগনি। মদুমক্তি গুরুশিংনা থিরিবা। অসুম্না ওইহনবা ঙম্না মতমদা ঐখোয়গী হকচাংগী সেলশিংদা অহোংবা ওইহন্দুনা বাইও কেমিকেল শক্তিশিং অসি হেঙ্গৎহল্লি।

আত্মাদা তুংদুনা লৈরিবা শক্তিবু মপান্দা পুথোরকপগী থবক অসি শিক্ষানা, এজুকেসননা ঙমহল্লি। অদুনা এজুকেসনগী হিরমগী অখঙ অহৈশিংনা হায়বি মদুদি এজুকেসনগী আর্থদি নুংদা লৈবিবা শক্তিবু মপান্দা

থোরকহনবনি। মৈখেত্তা মৈ লৈ। অদুবু, তক্লবা অমা য়াওদ্রবদি মৈখেত্তুদগী মৈ থোক্লোই। মতৌ অসুম্না এজুকেসন হায়বসিসু অদুগুম্বা তক্লবা friction অদুগী থবক্তা মান্নে।ঐখোয়না হৌজিক চখরিবা এজুকেসন অসিদি মরুওইনা IQ (intelligence)হেক্লৎহনবতা ওইনা তৌই। অদুবু অখণ্ড অহৈশিংনা পীনরকপা মত মতুংইন্নদি spiritual quotient (SQ) নৎত্রগা emotional quotient হেক্লৎহনবদা মতেং ওইগনি। EQ গী শক্তিনা ঐখোয়গী "sensitivity" অমদি 'con-science' গী শক্তি হেক্লৎহল্লি। মালেমদা হিংসাগী থবক হেনগৎলক্লিবা মোরেল কলচরবু 'াখ পুমথহল্লক্লিবা অসি human sensitivity গী শক্তি ব্রাৎথরকপদগীনি হায়না ফে'ণ্ডদোক্লরক্লি। মীওোন্দগী নমদুনা শেল লৌবা,'করপসন তৌরিবা, শক্তি লৈবা elite শিংগী criminality অমদি governing polity গী মশক থিজিল্লক্লিবা অসি sensitivity ব্রাৎলকপ'়: খুদমনি।

হৌজিক য়াম্না শাথিনা করপসনগী থাক ব্রাংখৎলক্লিবা অসি লাইরিক লাইশু হৈরবা মীওইশিংগী মরক্তনা অয়াম্বনি হায়নরি। হায়রিবা মীওইশিং অসিনা নুংগী ওইবা শিক্ষা ফংলকখিদে, মপানগী ওইবা শিক্ষাদা তাউরগা লাকখিবা মীওইনা অয়াম্বনি হায়বসু খণ্ডনরে। দ্রগগী, এইডসকী সমস্যা লাক্লিবা অসি অদুগুম্বা evil oriented ওইবা শিক্ষানা থোকহনখিবা ওইরম্বা য়াই। অদুগুম্বা শিক্ষানা ঙসি মীওইবদা stress অমদি টেনসনগী খুদোল তল্লি। মালেম অসি খাংবদা ব্বারবা নরক্কী লমদম অমা ওইনা উহল্লি। ফজনা শারবা য়ুমগী মনুংদা মমল তাংলবা ফমুং মথক্তা তুম্বা য়াদ্রদুনা, তুম্বা য়াদবা লাইনাগা লাম্ছেংনদুনা অহিং অসি অচৌবা লালফম অমা ওইরি। IQ গা লোয়ননা SQ গী শরুক ব্রাংখৎলক্লবদি stress পু মায়থিবা পীবা ঙমগনি। এজুকেসনদা মসিগী বেলেন্স থমদুনা চখবা অসুম ঙমশিল্লক্রবদি হ্যমেন নেচরগী ময়োল কংখিদুনা আশা পুম্নমক মাঙলক্কনি। Human resource development না পায়খৎপা ট্রেনিং প্রোগ্রামশিংসু অশেংবা সোর্স ওফ হ্যুমিনিটি হায়বদি আত্মাবু থৌশাদ্রবদি কান্নদরা ট্রেনিং ওইদুনা তোক্কনি।

সেল্ফ এৱারনেস অমদি মশাগী পুক্রিংগী জ্ঞান কয়িনো মশক খণ্ডব্রবদি গুরু কয়াগী মন্ত্রনসু, বরদাননসু কান্নবা পীবা ঙম্লোই। ঙসি পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা খন্নরক্লে মদুদি যোগ অমসুং মেডিটেসনদা Stress অমসুং Strains অসি কোকপা ঙমখি। অদুবু ঐখোয়গী চান্নদগী হৈনজরকপা egocentric conciousness অসিবু soul-centric awareness তা ওন্থোকপা ঙমদ্রবদি তৌরিবা পুম্নমক অরেম্বনি। soul-centric awareness তনা ইশাগী humanising mind দগী নাম্থোকহনবা ঙমগনি। ঙসি ঐখোয়না মূলদা তম্লিবা অসিদি ঐখোয়না সমাজ অমদি নেচরগী মরমদনি। ঐখোয়গী মাইন্দগী নেচর অমদি spiritual potential শম্না হায়রবদি ইশাগী মরমদদি তমদে। মনা জ্ঞান তারবা সেনিয়র সিটিজন ফাওবা ঐখোয়গী লৌনম চাওবা লমচৎনা পুক্রিংনা অমদি মিনুংশি চাওরবা থম্মোয়না হুমদুনা পুদুনা চৎখি। অসুম তৌদুনা ঐখোয়না পুক্রিংগী মপু ওইবা ঙমদদুনা পুক্রিংগী মীনাই ওইদুনা লৈ। পুক্রিংগী মিনাই ওইবা তোক্নুনা মপু ওইবা ঙম্নবা three dimensional personality হায়বদি IQ, SQ, অমদি EQ অহুম অসি দিভলপ তৌনবা লাইরিক তম্লিঙেদা লাক্লহৌগদবনি। অহুম অসিগী পান্থেনা সেল্ফ এৱারনেস পুরক্নুনা ইশাবু অথোইবা মী ওইহল্লগা অতোপ্পা লৈখা তারবা মীওই কয়াবু চিংখৎনবা লাক্লরবদি মালেমসিদা লম্মুক্লরবা কয়াদা মায়কৈ তাকপিবা ঙমগনি। ☐

# অরোইবা ফিদম



অচুম্বা থিননবা লম্বেল অহুম লৈ। মখোয়শিং অদুদি --religion philisophy অমদি science নি। হায়বিবা অহুম অসিগী মধ্যদা science না হৈনৌ নৌনি। পৃথিবীনা অমদি মীওইবনা ... কয়া লৈরক্লে অমদি হিংলক্লে হায়না লৌননি। অদুগা science তি চহী চানিমুক্তা মঙাইদ মীওইবনা মশক খঙনবক্লি বা Copernican Theory গী মতুংদা science না চাউখৎলকপা হৌবকপনি হায়না লৌনরি। মাসসু অঙকপা অমনি। পৃথিবীগী লিরবা creation অসি recreate তৌবা য়ানবা অনৌবা জ্ঞান অমা ইশ্বরনা তাক্লকপরা হায়না খন্নরি। Recreate তৌবা তারবদি অরিবশিং অসি পুম্নোই লোয়শিনবা তাবনি। Nuclear Bomb অসি পৃথিবী লোয়শিনবা ঙম্বা অচৌবা পাম্বৈ অমনি।

### *Religion অমদি Philosophy*

Science না থোরক্লিঙৈগী মমাঙদা religion অমদি philosophy না মীওইববু ঙাক্লম্মী, rule তৌরম্মী। পৃথিবীদা লৈরিবা মরুওইবা ধর্ম্ম হিন্দু, ইস্লাম, বুদ্ধিজম, খৃষ্টান অসিনচিংবা অসি 500 B.C. অদুরাইদগী হৌবকপনি হায়না থাজনবি। হায়রিবা ধর্ম্মশিং অসিগী মনুংদা হৌদোরকপা মীশক লৈতবা ধর্ম্মদি হিন্দু ধর্ম্মনি। ইস্লামগী হৌদোবকপসু ইব্রাহিম নত্রগা

অব্রাহমনি, বুদ্ধিজমগীনা বুদ্ধনি অদুগা খৃষ্টানগীনা খৃষ্টনি। হিন্দু ধর্ম্মগী হৌবকপা শক তাবিক হায়বা ঙমদে। চহী ২৫০০ গী মমাঙদা ধর্ম্মনা থোবক্তিৈঙদা কবিনা মীওইবগী পুক্লিংবু ঙাক্তুনা অমদি অচুম্বা থিনবা লাক্র বমগদগে? Philosophy না ওইবমগদ্রা? Philosophy না তাকপদি মীওইবনা nature গী, universe কী অমদি মীওইবগী পুন্সি মবমদা খঙননবা থিবিবা জ্ঞান অমদি understanding অদুবুনি। অলেকজেন্দবগী ওজাদি Aristotle নি হায়। অালেকজেন্দবনা কবি ধর্ম্ম চৎলম্বগে? চাওবাক্লা য়েংলুববদি ধর্ম্ম অমদি Science কী যুম্ফমদি Philosophy নি। মবমদি জ্ঞান থিবগী মওং অসি philosophy নি।

ধর্ম্মনা থোবক্তিৈঙদা philosophy না হায়বদি philosopher শিংনা লৈবাক্কী নিংথৌশিংদা লাউতাক পীদুনা লৈঙাক্লমগনি। খৃষ্টান ধর্ম্মগী হৌবকফম্দি যিশু খৃষ্টনি। যিশু খৃষ্ট জিয়ু মচানি। জিয়ুগী ধর্ম্মদি জুদাযজমনি। খৃষ্টবু পাংতিংলগা মীহাৎ থিনা হাৎখিবা কাঙলুপ্তু কনানো? Roman শিংনা নৎপ্রা' যিশু খৃষ্টনা মফম মদুগী প্রজাশিংগী থম্মোয়বু জয় তৌবকখি। মপানগী লৈঙাক্লো নত্রবসু মীগী থম্মোযদাদি মহাক্লা নিংথৌ ওইবকখি। শম্ন। হায়ববদা নিংথৌশিংগীসু নিংথৌ King of Kings হায়বা title ফংলকখি। মতমদুগী নিংথৌদুনা মহাক্কা মান্নবা status অমদা ওইবক্কে খনবদগী খৃষ্টবু তমথিবা মী ওৎকা লোযননা, অমুক মহাকুম্না মীওই অমা থোবক্তনবা, মীয়াম মমাঙদা পাং মথক্তা তিংলগা হাৎখির্বনি।

খৃষ্ট রোমানশিংনা হাৎখ্রে। অচৌবা থাদোকপা ত্যাগ অমা যিশুনা মীওইবদা উৎখ্রে। অসুক চাওবা ত্যাগ অমা অহিংবা মীওইবা অমনা পাঙথোকপা ঙমদবা যাই। ত্যাগতগী ভাগ্য --লাইবক লাকই। ত্যাগ য়াওদনা ভাগ্য লাক্তে। হায়বদি থাদোকপা যাওদনা লাইবক লাক্তে। লাইবক ফবিবশিং অসি শোযদনা ত্যাগ অমদি পাঙথোক্লমগনি। ত্যাগ য়াওদনা ভাগ্য ফংগে হায়না লুপ্লিনশিং অদু opportunist হায়বদি তাঞ্জা লুম্বা, তাঞ্জা হুবানবা হায়না খঙনৈ। খৃষ্টনা শিত্রবা মতুংদা খৃষ্টনা ওইখিবা অমদি খৃষ্টান ধর্ম্ম শগে দাক্লবা লাক্লখিবশিং অসি রোমনশিংনি। হৌজিকসু Roman Catholic হায়না পৃথিবীদা ফাওবি। খৃষ্টগী জাতি জিয়ুশিংনা খৃষ্টান লোযনা ওইখিদে।

শিংনসু খৃষ্টান। ভাগা ফংদুনা পৃথিবীদা খ্বাইদগী চাউবা ধর্ম্ম ওইদুনা লৈরে।

Roman শিংনা Christian ওইরবা মতুংদা ইউরোপকী লৈবাক অমাম্বদা christian ধর্ম্ম শাংদাবকখি। ধর্ম্ম অসিনা মসা, কী মতিক influence তৌখি মর্দুদ লৈঙাক সাসন্দসু ধর্ম্মগী খুৎ যাওবকখি। নিংথৌ অমদি church পুন্না চৎমিন্নবকখি। মতাং অদুদা science কী জ্ঞান মক খুনাসু হৌবকখি।

Science না থোবক্তিকঁদা ধর্ম্ম অমদি philosopny না পানবা মতমদা blood circulation কবিনো thermometer কাবনো, ঘড়ীনা মতম লেপ্প, conduction of heat অমদি laws of motion অসিনচিংবা কয়া অসি খঙলমদে। মবম অদুনা মীওইবগী জ্ঞান, understanding, belief attitude অমসুং approach অসি alchemy, magic, astrology, witch craft অমদি অন্ধবিশ্বাসনা ওইবম্মী।

Revelation কয়ানা ধর্ম্মগী যুগ্মম ওইবম্মী। Christian শিংগী ten commandment সু revelation অমনি। অসুম্না revelation কয়া অমদি enlightement ওইরবা মীওই কয়াগী ৱাখল্লোলনা চত্থবকপা মীওইবগী জ্ঞানগী খোঙজেল অসি science না ককপা হৌরক্লে। sceince না পুথোবকপা অনৌবা জ্ঞান অসিনা অমদি জ্ঞান অসিগী পাম্বৈদগী পুথোবকপা কয়ানা মীওইবদা comfort পীবকপদগী মীওইবগী সমাজদা science না অমুক পানবা হৌরক্লে। science না তশেংনা জ্ঞান ওইবে অদুগা religion না অন্ধবিশ্বাসকী থাক্তা থমদুনা হন্থহনখ্রে। মদুগীসু ফল অমা মীওইবগী মবক্তা উবা ফংলক্লি। ফল অদুদি মীওইবগী মবক্তা মীওইবগী থম্মোয় অসি অমগা অমগা লাপথোক্লবক্তুনা নুংশিনদবা হেনগৎনবক্লিবা অসিনি।

## *Science না খিবি*

পুম্নমক্কী অশেংবা হৌবকফম, কদাইদগীনো, creation না কনাগো হায়বসি খঙদোকপা ভর্ম্মাসমক মীওইবগী মমাঙদা লেপ্লিবা অচৌবা শিংনবা

অমান। মীওইবনা মাগী মাংদা শিংন্দুনা লেপ্পসি যেংদুনা লৈবা হৈনদে, মগৈ চা তৌদ্রিবমখৈ মতাক পেন্দে। খুদম ওইনা ব্রাংলবা হিমালয় চিংজাওগী মচেন মীওইবনা কশাবক কাদুনা দি চৌগে থখবীগী লৈমায কয়া পথোক্লনা মমিং থোনখ্রে। সমুদ্রগী লুববা ... নুং। ... মদুনা থিবগী থবক চৎলি।

Science না মীওইবগী অবোযবা Holy Book ইননবা লাক্লবি। হায়বিবা লাইবিক অদুদা অবোযবা খাখা ultimate explanation তাক্লনা অবোইবা ethic হায়র্বাদি ultimate ethic ফোঙদোক্লবা লাক্লবি।

Realm of being খু কুপাশল্লিবা অসি time-space-consciousness continuum নি হায়বসি science না পুথোক্লি। পুম্নমক থোক্লক্লিবা অসি অহুম অসিগী interplay ননি হায়না sceince না তাক্লি। মসিমসু তাক্ল মদুদি n~ture অসি metric space কী interplay নি নত্রগা geometry না. মঙোন্দগী পুম্নমক শেম্লকই। ঈশ্বরনা মাগী মশক ফোঙলকপা মতমদা metric space শীজিন্নে অদুগা মশক শাংশম্লকপা মতমদনা metric space পু শাগৎলিবা metric properties অহুম অসি unified field দা absoluteness তা লৈ হায়র্বাদি zero degree দা লৈ। Sub-metric plane দা লৈ। অসুম্না চাকপা অসিবু ultimate explanation হায়না খঙনৈ।

অহৌবদা Being অসি dimension অমত্তা যাওদনা লৈবম্মী। লৈ হায়বা খঙলমদে। Metric being অসিনা মহাক্কী metric property গী পাম্বৈনা interplay তৌবগা universe অসিগী মখল মখা মযাম অসি থোক্লকখি।

অসুম্না interpaly তৌবিবা metricdom অসি ফোঙদোকপগী থবক লোযবগা থুপচিনবগী থবক dissolution তৌবকই। Thermodynamic কী 2nd law অদু অমুক ইল্লকই। মতম অদুদা maximum entropy গী point যৌবক্লনা space না universe না লৈবিবা matter-energy পুম্নমকসু চুপশিনখিদুনা মপুং ফানা

absolutely Blank তা লৈখিগনি। অসুম্না Eternal stagnation অসিদা লৈখিগনি। অসুম্না creation অমদি dissolution অসি শান্নদুনা লৈ।

macrocosm গা microcosm গা অনী চাং মান্নবা harmony ওইনা লৈবা অসিবু খ্বাইদগী ফবা ethic নি হায়না সাইন্সনা লৌরি।

মীওইবদা metric properties অহুম্না হায়বদি electricity magnetism অমদি gravitation না Id, ego অমদি.superego ওইনা থবক তৌই। হায়রিবা অহুম অসিবু balance তা [illegible] unified field তম্না পুশিল্লক্লবা লাক্লরবদি macrocosm গা harmony দা লৈবা ঙমগনি। মসিমক ultimate ethic নি হায়না [illegible]ই। মরম অদুনা ethic হায়বসি মপুমগা মচেৎকা harmony ওইনা [illegible]নবা অদুনি।

•ফম অসিদা macrocosm অসি ঈশ্বরনি অদুগা micrososm অসিনা অত্মানি হাযনা লৌবা যাই। মীওইবগী পুক্লিং অসি অত্মাগী শরুকনি হায়না লৌবগা মপুম ওইবা macrocosm ঈশ্বরগী মনাক্তা concentration অমদি meditation তৌবা অসিনা খ্বাইদগী মরুওইবা ultimate ethic নি। Ethic অসি মীওইবা খুদিংনা practice তৌনবকপা, পুন্সিগী শকক অমা ওইনা চৎনবকপা মতমদা শোন্থবন্না আত্মানা মপাঙ্গল লাক্কুনা সংসাব অসি harmony অমদি শান্তি ওইরক্কনি।

# ঈশ্বরগী অঙকপা



মীওইবগী হৌরকফম, ওরিজিন ওফ মেন, খঙবা হায়বসি অরুবা ৱাফম অমনি। মহাক্কী ইহান হানবা মপা, 'ফার্ষ্ট ফাদর' অদু কনা ওইরমগদগে? অসিগুম্বা ৱাহং কয়া অসিনা খঙল খঙলবা মীওইশিংগী জ্ঞানবু চম্মহল্লি। উপাম্বীশিং অসিবু মকম্মা হাল্লমগদ্রা নৎত্রগা পাম্বীনা হাল্লমগদ্রা? য়েনবীগা মরুমগা কনানা হানবগে; য়েনবীনা হাল্লমগদ্রা, মকম্মা হাল্লমগদ্রা? জিব পুম্ন মক কদাইদগী হৌবকপগে? পৃথিবীগী হৌরকফম্মা করিনো? হায়রিবা ৱাহংশিং অসিগী পাউখুম অরাইবা ওইদে। ৱাহংশিং অদুগী পাউখুম লোম্না থুপ্না, ওইথোক্তনা, ঙম্মা লৈ।

ফরবা মীওইবগী বুধিনা ৱাহং খরা অসিগী মঙাল পুথোরকপা ঙমদে। কোজনা হানবরা ইফেক্টনা হানবরা? খ্বাইদগী হানবা Primereal cause অদু করিনো? কোজ যাওদবা কোজ লৈবা য়াবরা? অঙকপা ৱাহংশিং অসিনা মীওইবগী পুক্নিং অসি লাংহন্দুনা এজিটেট তৌদুনা থম্মি।

লাংলবা পুক্নিংবু ইংথহন্নবা ধর্ম্মগী রিলিজিয়স প্রোফেটশিংনা কোজলেস কোজ অদুগী মমিং অমা থোল্লকই। মমিং অদুদি ঈশ্বর থোল্লি। অসুম্না ঈশ্বরবু অহৌবা হাযবদি ওরিজিন নৎত্রগা ছোর্সনি শিংথানবি। হাযবিবা ঈশ্বর অসি কনানা মশক লৈবনি, সাকাবনি অদুগা কনানা মশক নাইদবনি,

নিবাকার্ন হায়না লৌনৈ। ঈশ্বরবু লৈশেম্বনি, অহৌর্বান হায়বসি শুপ্পগী প্রোপোজিসন অর্মনি অমদি intellectual suppositon নি হায়না খোংদোক্নে। ইচম চম্না লৈশেম্বনি, অহৌর্বান হায়না খন্দোব া অসিনদি যাদ্রি। অসুম্না খঙবদনদি অঙকপা অসি কোকপা ঙম্লোয়। লৈশেম্বনি অর্মদি অহৌর্বানি হায়না ঈশ্বরবু থার্জাখবা কাঙবুনা পৃথিবী অসিদা মশিং যাম্লি। মখোয়না থাজবিবা অসিবু থাজদবা কাঙবুবু লাপ্পা ইহোক্নুনা ঈশ্বরবু থাজদবা মীওইনি হায়না থম্লি।

মশক খঙবা ঙমদ্রবা অননোন গোড ঈশ্বরবু মশক খঙবা ঙমদ্রবা টরমিনোলোজিনা তাক্লনবা লাক্লে। খুদম ওইনা ঈশ্বরবু মপাল নাইদ্রবা থৌজাং নি, মপাল নাইদ্রবা নুংশিবনি, শর্বশক্তি মাম্লি, omnipotent নি, লুরিবদি মীওইবগী বুখিনা মপাল নাইদবা পোং অমবু কবিনো হায়না লায়শিনবদা ওইখোক্তবা অমা ওইবি। অয়াম্বা মীওইবদি ইচম চমজবনি ইনোসেন্টনি হায়না কনাগুম্বশিংনা খন্নবি। হায়বিবা ইনোসেন্টসশিং অসিনা মশক খঙবা ঙমদ্রবা টার্ম অমদি টরমিনোলোজি খঙননবা থিবি। মখোয়না থিনা থিনা কান্নফম খঙদনা মপুন্সি লোমখিবা কয়াসু যাওবি। থিকবগা কান্নফম খঙদনা পোম্বাদুনা লৈখোকপসু যাওরি। মতমদি অসুম হৌখি খঙদবা মহাকপু খঙদবদি অসুম মবেহৌই। অদুবু অখঙবা শাবা কাঙবুনদি তেনব্রানা চিনফা পুবগুম ইনোসেন্টশিংগী মবক্তা খঙদবা মহাকপু মশক তাক্লবা লাক্লবি।

মতম অমদা ভুটোনা পাকিস্থানগী প্রসিদেন্ট ওইরম্মী। মহাক্কী প্রাবনা মায়থিবকপা মতমদা মতমদুগী সবকাব পায়বকপা কাঙলুপ্পা মহাকপু ফাদুনা জেলদা থমখি। মহাক্কী মথক্তা বিচার চখখি। বিচার অদুগী অরোয়বা বায়দা মহাকপু ফাঁশি তৌদুনা হাৎনবা হায়খি। মতমদুদা মেংবা ইংলিশ খবব কয়ানা মহাকপু কনবিনবা কয়া ইখি। মতাং অদুগী মরমদসু কয়ামুক ইখি। মরী লৈননা ব্রাবী অসিমসু ইখি। ভুটোনা ফাঁসি তৌগদবা নোংমতা ভায়ববা মতমদা মুস্লিম ধর্মগী মীওই অমনা মখুত্তা ধর্মগী লাইরিক অমা পায়বগা ভুটোগী মনাক জেলদা লাকখি অদুগা হায়খি--"ভুটো নহাক্ত হয়েং ফাঁশি তৌবগনি। নহাক শিবগনি। নহাক্না শিবগা স্বর্গ যৌনবা লম্বেল তাকে, নহাক তাবো। নুপা অদুগী ব্রাতৈ ভাবগা কবিমক্তা থৃকত্তনা ভুটোনা খুম্নকখি, "ঐহাক্না ঐগী

তৌগদবা শেম শাবা লোইবে। স্বৰ্গগী লম্বেল ঐহাক খঙলে। নঙোন্দগী ঐনা স্বৰ্গ যৌবা হানগদৌবে। নহাক্ত স্বৰ্গদা অমুক্তসু চৎলুদ্রি, অদুগা নহাক্ত। ঐঙোন্দা করম্না তাক্কদৌরিবনো ?" ভূটোনা হংলকপা ব্রাহংগী পাউখুম অদু নুপা অদুনা পীবা ঙমখিদ্রে। স্বৰ্গগী লম্বেল তাক্কখদনা নুপা অদু হনখ্রে।

থৌদোক অসিনা ঐখোযদা মঙাল অমা পীরি। হিন্দুদগু গুরু কয়া লৈরি। মখোয় য়াওদনা ঈশ্বর ফংবা ঙমদে হায়। মখোয় মশাগু অরান খুবম থিবিবনি, ফংদ্রিবনি। অদুগা অতোপ্পবু লানথিনবা মখোয়না শেম শাবি। মশিমক অচৌবা পাপ অমা ওইবা য়াই। মতাং অসিদা ঈশ্বরবু থিজবা কনাগুম্বা অমনা হায় মদুদি মীওইবগী মফমদা ঈশ্বরগী মওং অসিবু য়াম্না চমম্মহল্লিবা অসি গুরুশিংননি। খ্বয়দি অমত্তনি। ধৰ্ম্মদি য়াম্মি। ধৰ্ম্ম অমমমগী গুরুনা ঈশ্বর অমমম শেম্মী। মীওইবনা ঈশ্বরগী মফমদা চংজরকপদা গুরুশিংনা থত্তুনা থম্মি। মখোয়না ওইনা ঈশ্বরগী মহুৎ শিল্লগা নিংহল্লি। ঐখোয় পুম্নমক চিলদ্রেন ওফ গোড ঈশ্বরগী মচানি হায়। ঈশ্বরগী মচানিনা ঐখোয় পুম্নমক ইচিন ইনাও ঙাক্তনি। মরম অসিদগীনি ব্রদরহুডকী পাউজেল শন্দোক্নল্লিবা অসি। ঈশ্বরনা মপানি ঐখোয়না মচানি। খৌরাংলবা মচাশিং অদুনা মপাবু নিংশিংজরকপদা অশোইবা য়াওরবসু ঈশ্বরদি ঙাকপীহৈবা মপানি করিগী ঙাকপীরোইদগে?

মশক খঙদ্রবা মহাকপু পুক্লিং অমসুং থম্মোই অনীনা থিশি। হায়বদি জ্ঞান অমদি ভক্তিনা ঈশ্বরগী মশক নক্না লৈবা ঙম্লবদি ঐগী পুক্লিংদা, ঐগী থম্মোয়দা মশক খঙদবা মহাক্না মচাশিংগী মফমদা মহাক্কী অরোনবা জ্ঞান, শক্তিবু তাক্লক্কনি। মতম অদুদা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা, অশেংবা নুংঙাইবা অমা ফাওরক্কনি। করম্না মহাকপু নিংজগনি হায়বদুদি চুম্নগী অঙ্ক ফল খঙবনা য়াদে। হোৎনবা তাই।

মীওইবনা হংলিবা, খংনিংলিবা অথুপ্পা ব্রাহংগী অথুপ্পা পাউখুম ফংদ্রিফা ওবদি লাংতক্লরিবা পুক্লিং ফাথবা ঙম্নবা ঈশ্বরনা পুম্নমক্কী হৌফমনি হায়বসি খন্দুনা, পুক্লিংবু শান্তি পীশি। ☐

# হৌজিক্কী সমাজগী লায়না



হৌজিক্কী সমাজ অসি সমস্যা কয়ানা নাববা অনাবা অমগুম ওইহল্লক্রি। মপা[illegible] মনাপুংবা মনুংদদি তিলনা [illegible] চাশিল্লকপা পান্বিল্গুম হৌ[illegible] [illegible]না মপা[illegible] [illegible] যাম্না দা[illegible] [illegible] অমা[illegible] প্রোগ্রেস ওইবা মা[illegible]বা মনুং[illegible] [illegible] চাথৎলবা ইহৌ হোবা ওইর[illegible]। [illegible]শল্লক্লিবা তিলশিং অদুদি মকওইনা অমনা অম[illegible] [illegible], কল্লক্লবা, শা[illegible]বা অসিনাচিংবা ***negative trail*** শিংনি।

সমস্যাশিং অসিগী মকওইবা নেচরশিংদ -শেল-থুমগী, রাজনীতিগী, সমাজগী, ইকনমিক্কী, জাতিগী, কাঙলুপকী অসিনাচিংবা কয়াগী ওইনা তৌই। নেচরশিং অসি কনম্না থোবকপগী হায়না হংবা মতমদা পাউখুম কয়া থোবকই। অদুবু অশেংবা পাউখুমদি ফংবা ঙম্মদ্রে।

সমস্যাশিং অসি তোঙান তোঙানবা হেডতা কাঙলুপ কাঙলুপ খাযদোক্লুনা যেংবা মতমদা মক ওইবা ফেক্টর মঙাখক ফংবা ঙম্মী, মখোযশিং অদু মখাদা উৎলি।

| ***ফেক্টর*** | ***ক্লাসিফিকেসন*** |
|---|---|
| ১ কাম (পাদোংনিংবগী অপাম্বা) | ক নুপীদা লাক্লবা, |
| | খ নুপীগী ইজৎ মাঙহনবা; |
| | গ নুপী মশা যাদনা চিংববা; |

ঘ নুপী (মতু) বু মৈ থাবিবা; অমসুং

ঙ. অউনপোৎকী মবীদা হাৎপিবা,

ওৎনৈর্ববিবা।

২ অশালবা (ক্রোধ) (**extremism**),

ক. খুত্তা আইন পাযশিনবা;

খ. সমাজগী অৱাংবা; গ. হিংসা;

ঘ. খুৎলাযগী লমজেল;

ঙ মিলিটবিগী মবী লৈনবদা অচৌবা

শেনফম থম্বা।

৩ মী ৎহীবা (লোভ)

ক. ইকোনোমিক এক্সপ্লোইটেসন;

খ. পোলিটিকেল সবজুগেসন্ন;

গ. সম্রাজ্যবাদি,

ঘ. টেক্স ইবাজিযন;

ঙ. পোৎযান তৌশিনবা;

চ. স্মাগ্লিং;

ছ. পোৎ পৈশিনবা;

জ. চোব কববাব;

ঝ. শেঙ্গা-থুমজা;

ঞ. ইকনোমিক ইনজষ্টিস;

ত. লাইববা;

থ. সেলদা শোইবাংহনবা;

ধ ফংবগা পেনবা নাইদবা।

৪ শুমহৎপা (মোহ)

ক. মিচং মিথাই নাইবগী শাজৎ;

খ. মাগী মাগী মবী মতাদমক খুদোংচাবা

পাবা,

গ মাগী মাগী জাতিদমক নুংশিবা;

৫. নাপল (অহঙ্কার) ক. মাযোক্লবা;

খ. তোখাই তোখাই তানবা;

গ. মী খবদগী খুদুমদা থম্বা,

ঘ. ইজ্জৎ লৈবগী ব্লাফম।

অহানবা ফেক্টব অসিনু খোহল্লিবা মবম কয়া লৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা মরুওইবা অমদি সেক্স ইমপলসনা কাইদোংখিদুনা অইবা অযেকপা কয়ানা অকাম্বা লাই য়েক্তুনা, অকাম্বা সাহিত্য ইদুনা, অকাম্বা ফিল্ম উত্তুনা সমাজদা পুথোরকই। মৈনা ঘি শৌদোকহনবগুম মীগী নুংগী কাম্বু মপাল থোকহল্লকই। সমাজদা চৈথেং শিরকই।

কামদা ঈথক হৌরকপদগী মীশীং কা হেন্না মশীং য়ানখৎলকই। মশিং য়ামখৎলকপদগীদি সমস্যা কয়া অমসু থোরকই। কামনা মরম ওইদুনা ওক্তবিগী শিনফম, নুপী লোনবগী থৌদৌ অমদি মদুগী ফলনা মতৈ-মনাও খৎনবগী, খাইনবগী সমস্যা থোরকই। অসিদা নত্তনা ইমুং মনুং কাইবকপদগী মচা-মশু কাংখোং চাইরকই। ফেমিলি ব্রেকঅপ থোরকই।

অনীশুবা ফেক্টব ওইরিবা অশাওবনা সমাজদা ইমু নাইমু তান্নবা কয়া থোকহল্লি। অহুমশুবা ফেক্টব ওইবিবা মীহৌবনা মী কয়াগী অধিকার মাঙহল্লি। মবিশুবা ফেক্টর ওইবিবা শুমহৎপনা অচুম্বা বিচার সমাজদা পুবকপা ঙমহন্দে। মঙাশুবা ফেক্টব ওইরিবা নাপলনা মহাক্কী ইজৎ মাঙহনবা য়াদে খনবদগী অতোপ্পা মীবু মাগী খুদুংদা থম্লবা লাক্লরকই।

মথক্কী ফেক্টর ৫ অসি "নুংশিবা" হায়বসিবু মহুৎশিন্নবা degenerate তৌনবা লাক্লবদগী থোক্লকপনি। নুংশিবা হায়বা পোৎশক অসি মীওইবা খুদিংমক্কী অত্মানা লোইনজবকপা গুণনি। গুণ অসি অশেংবা অমসুং অমোৎপা মওংদা লৈ। অত্মানা মীওইবগী হকচাংদা চংলকপা মতমদা অত্মানা মহাক্কী লোইনবজকপা গুণগা হকচাংদা লৈবম্না গুণগা থেংনরকপা মতমদা গুণ অনী অসি চিংখাইনবকপা লাকই। অত্মানা লোয়নজরকপা অশেংবা নুংশিবা অদু মওং কাযবা অমোৎপা নুংশিবা ওল্লকই। অশেংবা নুংশিবা অদুনা হকচাংগী শক্তমদা চংখিদুনা পাদোংনিংবগী ব্লাখল লাকই। হাযবদি কাম হায়বদু ওল্লকই, নুংশিবনা হকচাংগী মরী লৈনবা কযাদা হেঞ্জিন্না

মিতাখিদুনা শুমহৎখিবা মতমদা "মোহ" ওল্লকই। নুংশিবা লমথুংফমদা, চংখিদুনা পেনবা নাইদনা খৌবাংলকপা মতমদা মীহৌবা হায়বদু ওইরকই।

মীওইবনা কাম লাকপা মতমদা, মীহৌলকপা মতমদা, শুমহল্লকপা মতমদা, নিংবা থুংলক্লবা মতমদা অশাও শ লায়বদু ওইরকই। অদুগা কাম, মীহৌবা, শুমহৎপা মখোয়শিং অসি ফংদুনা নিংবা থুংলকপা মতমদা নাপল পোকলকই। শম্না হায়রবদা মখোয় মঙা অসি নুংশিবগী কাইরকপা মওংনি। নুংশিবনা মওং কাইরকপদগী সমাজনা লায়না চেল্লকপনি। থোক্লক্লিবা সমস্যাশিং অসি লায়নাগী লাইওং ঙাক্তনি।

সমাজগী সমস্যাশিং অসি কোকহনগে হায়রবদি মওং কাইথপ্রবা নুংশিবা অসি মাগী অশেংবা মওংদা হল্লিহনবনি। কাম, মীহৌবা, শুমহৎপা, অশাওবা, নাপলদগী হন্দোহল্লগা মহাক্কী অশেংবা মওংদা থম্বীবনি। মসিবু সেল্ফ পিযুরিফিকেসন অমদি সেল্ফ চেঞ্জ কৌই।

নুংশিবা হায়বসি ঈশ্বরনা পিরকপা গুণনি। চেঞ্জ পুবক্কে হায়রবদি জ্ঞান চংই। অহানবদা ঈশ্বরগী জ্ঞান থিবা চংই। জ্ঞান অদুগী পাম্বৈনা ঈশ্বরদা পুক্নিং থম্না মেডিটেসন তৌবা দরকার ওই। মেডিটেসনগা লোয়ননা ঈশ্বরগী ওইবা গুণশিং নুঙাইবা, শান্তি, নুংশিবা, শক্তি অত্মাদা ফংজনবা, লাক্লবা চংই। কাম মীহৌবা, শুমহৎপা, অশাওবা অমদি নাপলদগী ব্রহ্মচার্য্য অপেনবা ডিটেসমেন্স হায়বা পুন্যগী ওইবা মশক্তা ওন্থোক্লবা লাক্লবগা সমাজবু লায়নাদগী কনবা ঙমগনি। অত্মাদি অত্মানা শেমজবা ঙম্মী।

ঈশ্বরদা মেডিটেদ তৌরিবা মপুং ফাববা যোগী অমনা মতম চুপ্পদা সেল্ফ মোটি ভেটেদ ওইদুনা লৈ। লোয়ননা অতৈ অতোপ্পদসু মোডিভেটেব ওই। মালেম অসিদা ধর্ম্ম হায়বদি শান্তি অমদি নুংশিবা পুরকপা ঙম্বা যোগী ওইবা লিডর সমাজনা দরকার ওই। যোগী ওইরিবশিংগী মায়থোংদি তেনসন য়াওদ্রবা মকা লাল্লবা ওই। মহাক্কী ব্রাহৈদি নুংগুম্না মীঙোল্দা থাদে, নিংথিবা হিবা-মুক্তাগুম্না থোবকই, মফম মতম চানা অচুম্বা ডিসিজন পিবা ঙম্মী। মথৌদা মপুং ফানা মায় ওনশিনবা ঙম্মী। মী পুম্নমক্না নোংমদা শুক্লোই লোইদনা চাক চাবগুম মী অমনা নোংমদা শোইদনা মেডিটেসন তৌদুনা অত্মাবু মচিঞ্জাক পিজববদি নুংঙাইবা ইকুৎ ফাওরক্লুনা সমাজগী অনাবা কোক্লক্কনি। ❒

# মোক্ষগী লম্বেল অনী



অখণ্ড অহৈশিংনা তাকপী মদুদি অরান খুভম ফংনবা লম্বেল অনী লৈ। মখোয়শিং অদুদি চংজবা অমদি জ্ঞাননি। তশি অসি না মনুংদা চঙজবনা খরা লাইনা থোকই, জ্ঞানা লুনা থোকই।

পুম্ব্রি অম . শেমিন্নবা ঙা অনীগী ব্বরী অমখক উৎলি। মখোয় অনীমক অব্রা অনা, য়েক্র তিঙ্খং লৈতনা মতম শাংনা হিংলক্লে। নোংমদি, মখোয় অনীমক ঙা ফাবা অমগী লাংদা থুরম্মী। মখোয়না ফনা য়াম্না হোৎনদুনসু লাংদুদগী নাম্বোকপদি মঙমদ্রে। মখোয়না খঙলম্মী মদুদি নোংঙাল্লবদি ঙাফাবা অদু লাক্লগনি অদুগা মখোয়বু ফাবীররগনি। মখোয়গী অরোইবা পুন্সি ওইবগনি।

লাংদগী নাম্বোক্লবগী পাম্বেগীদমক ঙা অমনা ঈশ্বরদা চপ য়ুংনা চংজরম্মী। ভক্তিগা লোয়নননা অরোইবী থাদুনা শোঞ্জরম্মী। ঙা অদু অসুম অসুম পিকশিল্লক্তুনা অরোয়বদদি লাংদুগী মকুদগী পীকপা ঙাদুনা নাম্বোকখি।

অতোপ্পা ঙা অমদুনা করি তৌরি? মহাক্না আত্মা অমদি পরমাত্মাগী মরমদা খনবা হৌরকখি। খন্না খন্না মহাক্কী মশা অদু অসুম অসুম চাওথোরকখি। অরোয়বদদি চাওমনখিবনা লাং অদুনা মহাক্কী অরুম্বা অদু পুবা ঙম্লক্তে। লাং অদু তৎলে। অসুম তৌদুনা ঙা অদুসু নাম্বোকপা ঙমখি।

ঙা অনীমক মীওইবগী আত্মাগী মহুৎশিনবা ব্বরীনি। চংজবগী শক্তিগী পাম্বেনা হাযবদি ভক্তিগী পাম্বৈনা অমদি আত্মাবু মশক খঙজবা সেল্ফ রিয়েলাইজেসন (আত্মা জ্ঞানগী) পাম্বেনসু অবান খুভম, মোক্ষ নৎত্রগা salvation ফংবা ঙম্মী।

ভাগবতমদা গজেন্দ্রমোক্ষকী ৱারী য়াওরি। ৱারী অসিনা চংজবগী শক্তি অসি কয়া কনবগে হায়বদু উৎখি। গজেন্দ্র শামু নিংথৌ অমগী মমিংনি। মহাক্না ইরুজরিঙৈদা গুম্তির অমনা মখোঙ নামা উমখিরম্মী। গুম্তিব অদু মহাক্না নেৎশিল্লগা হাৎলগে হায়না হোৎনরম্মী। মহাক্না ফনা হোৎনদুনসু গুম্তির অদুগা থেংনবা ঙম্লক্তে।

অরোয়বা ওইনা মহাক্না ঈশ্বরদা চংজরক্লে। নুমিৎ ফনা য়াম্না হৌখ্রে অদুবু ঈশ্বরদি মরাকখিদ্রে. শামু অদু মপাঙ্গল শোম্থরক্লে, মহাক্কী অরোয়বা মতম লাক্লগানি খঞ্জবক্লে। মহাক্কী আশা পুম্না মাঙখ্রে।

ফিভম অসিদা মহাক্না ভক্তিগী অরোয়বা ৱাখলগা লোয়ননা ঈশ্বরদা মহাক্কী মথরায় কনবিনবা হায়জরক্লে। মহাক্না ঈশ্বরদা হায়জরম্না ৱাহৈ ৱাত ওল্লক্লে। চপ চানা আত্মা সমপনগী লমদা চংশিল্লক্লে। অহানবদা, মহাক্না ঈশ্বরবু থওইরুদে, খল্লুদে। মহাক্তি অকন্নবনি হায়না মহাক্কী মপাঙ্গলদমক থাজরম্মী। অনীশুবদা মহাক্না ঈশ্বরবু মহাক্কী মনাক্তা লাক্লগা মহাক্কী মতেং পাংলনবা হায়রম্মী। অরোয়বদদি মহাক্না ৱাখল পুম্নমক থাদোক্লগা ঈশ্বরদা পুমচং চংজখি।

শামু অদুনা চংজরকপা মতম অদুদা ভগবান বিষ্ণুদি বৈকুন্ঠদা নিংঙাইদনা মহাক্কী লোয়নবিগা শান্নদুনা লৈরি। মহাক্কী ভক্তনা ফনা চংজরকপা অদুদা খাংবা ঙমদ্রদুনা য়াম্না থুনা শামু অদুগী মনাক্তা লাকখি। মহাক্কী ভক্ত অদুনা তারম্লিবা দশা অদু উখি। শামু অদুগী মতেং পাংদুনা গুম্তিব অদুবু হাৎখি। গুম্তিব অদুসু বিষ্ণুগী শাপ্তগী ওনখিবা ওইরম্লে। মহাকপুসু লানবিরে। মুক্তি পিনবিরে।

ৱারী অসিনা তাক্লি মদুদি টোটেল অমদি এবসুলুট সরেন্দর তৌরবা মতমদতা ঈশ্ববগী থম্মোয় অসি মফম অদুদা চিংশিল্লকপা ঙম্মী । ভক্ত অদুগী মনাক্তা য়ৌরকই। হায়রিবা টোটেল সরেন্দব অসিগী মমাংদা ঈশ্ববনা কুইনা খাংদুনা লৈবা ঙমদে। ঈশ্বরগী থৌজাল অদু থিন্দনা য়ৌবকই। মবম অদুনা অৱাংবা জ্ঞানগী পাম্বে থিদনা ভক্তিনসু ঈশ্বরগী মনাক য়ৌবা ঙম্মী। হায়ববদি ঈশ্ববগী থম্মোয়না ভক্ত অদুগী মনাক য়ৌবকই। জ্ঞান হায়বসিদি কোক চংই। খণ্ডননবা লাক্লবিঙৈদা মতম মাঙই। ঈশ্ববগী খনগদবা মতম অদুদা জ্ঞান থিদুনা লৈববদি তেল্লবা

পুন্সিগী মতম মাঙখিনি হায়দুনা ধর্ম্মগী গুরুশিংনা ভক্তিগী লম্বেলবু হেন্না মক ওইনা তশ্বিবন্মী। মন্ত্রনা, জপনা ঈশ্বর ফংনবা তাক্লম্মী।

অসুম তৌদুনা চৈতন্য মহাপ্রভুনা মহাক্কী তুংইনবশিংদা শুপ্নগী প্রেম পোক্নবদা তাকপিবন্মী। মীতগী পী তারকপনা ঈশ্বরগী কৃষ্ণগী মনাক য়ৌবা ঙম্মী হায়না তাকপীবন্মী। মরম অদুনা ভক্তশিংনা থবো থরো ওন্দুনা মিত্তগী পী তানা কৃষ্ণতবু খুরুমজে। মহাভারত পুরাননসু ভক্তিবু য়াম্না শৌগৎনা তাকপী। মসিমসু তাকপী মদুদি ভক্তি অমদি জ্ঞান পুল্লগা অরান খুবম ফংবা ঙম্মি।

ভক্তি ঙাক্তা চৎপ্রবসু অন্ধবিস্বাস ওইরকই, জ্ঞান ঙাক্তদা চৎপ্রবসু নাপল লাকই। অনী অসি খল অমদা থম্বা চংই।

মহাভাবত্তা যাওবা ভিস্মগী ব্রারীনা ভক্তি অমদি জ্ঞান পুনবগী খুদম উৎলি। এবসোলুট সরেন্দরগা জ্ঞানগা পুনবা য়াই। শাথিনা শোক্লবা ভিস্মনা তেন মচিন কয়াগী মথক্তে মুং ওইনা হিপ্লন্মী। মহাক্না অফবা মতম উত্তরায়ন চংলকপা মতমদা শিননবা ঙায়দুনা লৈখি। মহাক্না অশিবগী মতম্ম য়েথোক্তুনা থমখি। মহাক্না সংসারগী নুংঙাইবা পুম্নমকপু থাদোকখি অদুগা ঈশ্বরগী নুংশিবা মগুনবু অহিং নুংথিল অনীমক্তা শোন্দুনা লেনখি। মহাক্না পামজবা উত্তরায়নগী মতম লাক্লবা মতমদা মহাক্কী থব্রাযনা মহাক্কী হকচাং থাদোক্তুনা চৎখি।

অন্ধবিস্বাস ঙাক্তনা ঈশ্ববরু থিদবা জ্ঞানগী নাপল ঙাক্তনসু ঈশ্বর ফংনবা লাক্নদবা হায়বসি ভিস্মনা উৎখি।

অরোয়বদা ঈশ্বরবু নিংঙজবা অমনা চপ চানা নিংঙকপা মতমদা ঈশ্বর মশানা মহাক অদুগী অচুম্বা লম্বেল অদু উৎপিরকই, কৃপা পীনরকই। ☐

# ঈশ্বর অমুক হিংগৎলক্লে

ঙসিগী সমাজগী পুন্সিদা অমগা অমগা লাম্বা তৌনবগী গাং অসি অসুম অসুম হেনগৎলক্লি। সমাজদা থোক্লিবা থৌদোক অমননা থৌদোক অসিগী মমিসু শিক্ষাগী এজুকেসনেল সিষ্টেমদা তারকই। স্কুল কলেজদা মিং চনবদা কম্পিটিসন কয়া তৌনবি। কম্পিটিসন তৌবগা খনবনিনা মানা মানা পামজবা স্কু. কলেজ অমদি মানা মানা পামজবা সবজেক্ট, কোর্স খনবা ফংদনা তোক্লবসু যাওরি।

মীওইবনা মতম চুপ্পদা ফংগে হায়না তানবা নোলেজ অহুম লৈ। মখোয়শিং অদুদি শক্তি, ইজ্জৎ অমদি ললনি। হায়রিবা Power, Prestige, Wealth অহুম অসি ফংনবা তান্নরকপদা লাম্বা কযা তৌনবকই। হায়রিবা মীওইবনা পাম্লিবা অহুম অসি নহা ওইবিবা, ছাত্রগী অপাম্বদু ওইবকই। মরম অদুনা অহুম অসি ফংনবা নৌরিঙৈদগী খ্বাইদগী ফবা career opportunities থিরকই। অফবা কেরিয়র হায়বদি নুংঙাইবা পুন্সি কম্ফোর্টেবল লাইফ ফংনবা পাম্বে অদুবুনি।

Career Counsellor শিংনা ছাত্রশিংগী মশা মশাগী aptitudes অমদি inclinatives য়েংলগা মখোয়গী অচুম্বা চোইস খনবদা মতেং পাংই। Counsellor শিংনা তাকপীরবসু মখোয়দা ব্রাইথ ফিযুচর ওইগদবা কোর্সশিংতবু পাম্মি। মখোযগী ultimate goal দি অফবা পুন্সিনি।

হৌজিক্কী মতমদদি মহৈ তম্ফমশঙ কেম্পাসশিংদগী ছাত্রগী শক্তিসু হৌগৎলকই। লোন্না রাজনীতিগী শক্তিশিংগা খুৎলশম্নবকই। তোঙান

তোঙানবা রাজনীতিগী পার্টিনা তোংবা তোংঙান তোংঙানবা ছাত্রগী সংস্থানশিং লিংখৎলকই। মখোয় লোইনমক্কী টার্গেটতি Power, Prestige অমদি Wealth তা ওইরকই। মরম অদুনা মখোয় মশেল মরক্তসু কম্পিটিসন থোরকই। মদুগী ফল ওইনা ষ্ট্রাইক, বন্দনা খুৎলাই ওইদুনা সমাজগী পুক্নিংদা শান্তি মাঙকপসু য়াওই। ছাত্র খুদিংমক্কী মাঙলান্দি তুংদা নুংঙাইবা ফংবনি এ হেপ্পি ফিয়ুচরনি। মখোয়না ফংনিংঙিবা ফিয়ুচর অদু ফংনবা লাক্লবদা অফবা কোর্স খন্নবা লাক্লবি। কোর্স অদু ফংবা ঙমদ্রে তারবদি মশানা মখোযদা নিংবা কাইবশিং থোরকই। মঙলান্দশিং অদু মঙফাওনররোই খনবদগী ওন্ন-তৈনবা রাখল পোক্লকপা হৌরকই। রাখল অদুনা লমজিংখিদুনা ... রাজবু শিংনবা ওইনা এন্টি সোসিয়েলগী মওংদা extremism অমদি terrorism গী মায়কৈদা ... থাঙজিল্লকপসু য়াওই। নিংবা কাইবকপা মতমদা খলহৌবা য়াবদি ডোক্টরগী থবক ঙাক্তনা ইঞ্জিনিয়ার ঙাক্তনা সমাজগী থবক লোইদে। অতোপ অতোপ্পা থবক কয় সু লৈরি : ডোক্টর পাস তৌরগা ডোক্টরগী থবক তৌদবা ইঞ্জিনিয়ার তপ্পা লোইরগা ইঞ্জিনিযর ওইদবা কযাসু লৈরি।

ঐখোয়না এ হেপ্পি ফিয়ুচর অমা ফংনবা ঐনা ঐনা পায়রিবা শিনফম অদুদা পুক্নিং চঙশিনবা অমা চংই। ওইনিংবা শিনফম অমা ওইসনু শিনফম অদুদা ইন্টরেষ্ট লৈবা, ঐগী ঙমজবী থাদুনা শিনফম অদু ডিলিজেন্ট ওইনা হায়বদি চেকশিন্না শু-নোমদুনা শিনফম অদুদা মায় ওনশিনবা ঙম্লোই। অদুগা য়াম্না মরুওইবা অমনা ঐনা পায়রিবা শিনফম অদুদা চাওথোকচবা অমা পোকচবা। ঐনা ঐগী শিনফম অদুদা পাঙথোক্লিবা অদু উবগা অতৈগী অপাম্বসু পোকহনবা। হায়রিবশিং অসি পাঙথোক্লবদি নিংবা কায়ববু মাযথিবা পিবগা ঐগী পম্বুং অদু যৌবা ঙম্নবা নুংঙাইনা চৎপা ঙমগনি। রাখলনা মীওইববু স্বর্গ যৌহল্লি, রাখলনা মীওইববু ঙকশমদা থৌবি যৌহনবা ঙম্মী। হাযবদি অফবা রাখলনা মীওববু অফবা তৌহল্লি নিংবা কাযবা হায়দু মশক খঙহন্দে অদুগা অমবোমদনা রাখলবু অফবা মাযকৈদা শেন্নবা ঙমহৌদ্রগনা নিংবা কাযবনা হৌঙনখিদুনা অঙাওবা ওইবকই নৎত্রগা খাঙবা ঙম্মাক্রদুনা

মতোমতা থৌরি য়ান্দুনা নৎত্রগা হু চাদুনা শিজে।

ব্রাখলনা মওইবগী ব্রেনদা কয়া য়াম্না শান্নবগে হায়বদু Neurotheology না য়াম্না কন্না নৈনরি। মসিগী নৈনবা অসি সাইন্সকী অনৌবা খুদোলনি। কনাগুম্বা অমনা হিংচাবগী ব্রাখল চেন্দুনা হিচাবগুম তমথিবা য়াই অদুগা কনাগুম্বা অমনা ধর্মগী ব্রাখল চেন্দুনা য়াম্না অতপ্পা, মীঙোন্দা কায়জদবা মী ওইবা য়াই। মসি পুন্নমক অসি ঙসিগী সংসার অসিদা থোক্লিবা থৌদোক ব্রাথোক ময়াম অসিগী চৈনাগী ব্রাখলনা ব্রেনগী তোংঙান তোঙানবা মফমদা ফুরকপা শাফুননি।

ধর্মগী ব্রাখল চেনবা মতমদা মী অমদা করম্না ইংথহনবগে হায়বদু ব্রেনগী Neurotheology নৈনবা কাঙবুনা খঙি। ঙসিগী চরাংনরবা মতমঅসিদা টেক্নোলজি চাহত্তুনা হাৎকদৌরিবা মীওইববু কন্ননবগীদমক ধর্মগী পাঙ্গলবু থাজহন্নবগীদমক অসিগুম্বা সাইন্সকী নৈনবা অসি মীওইবদা পাকচাওনা খঙহনবা য়ানবা শেন্বা মতম ওইরে। মতম অমদা কম্যুনিজমনা, Darwin না Nietzsche না মীওইববু মতম চুপ্পগী ওইনা ঈশ্বরদগী বিদায় লৌনবা হোৎনখি। মখোয়না ব্রাখল্লোলনা মী কয়াবু ঈশ্বর থাজদবা ওইহনখি। করি অমুক হায়গনি ঈশ্বর অসি লৈত্রে, শিত্রবনি হায়নফাওবা লাওথোক্লত্রবনি। মদুগী ফলনা মীওইবনা মফম কয়াদা পুন্সিগী শান্তি মাঙশিল্লকুনা হা কার লাউবক্লি। অদুবু তম্না তপ্না ঈশ্বর অমুক হিংগৎলক্লে। মদুগী শাক্কিদি ২০০১ গী সেপ্তেম্বর ১১ দা আমেরিকাদা ফজরবা টৱার অনী থুগাইখিবদুদা থোবকখিবা ব্রাখলনা শাক্কিনি। ময়াম পুন্নমক্না, অমেরিকাগী প্রজাশিংনা গোড ব্লেস অমেরিকা হায়না লাউরকখি, লাইশোল কয়া পাঙথোকখি। মসিমক ঈশ্বরনা অমুক হিঙ্গৎলকপগী প্রমান্নি। □

# রাখী পুনবা নুমিৎ



'রক্ষা বন্ধন' থৱানগী পুর্নিমা নুমিৎতা পাঙথোকপা ভারতকী অ-চৌবা মরু ওইবা কুশ্মৈ অমনি। নুমিৎ অসিদা মচননুপীনা মবুংগী খুদাংদা লংনা পুল্লি। পুনবগী থবকপু 'বন্ধন' হায়না খঙনৈ। পুল্লিবা অসি মবুং অদুবু খুদোংথিবদগী, অৱা অনাদগী ঙাকথোক্লবনি, 'রক্ষা' তৌনবনি। মরম অসিনা কুশ্মৈ পাঙথোক্লিবা নুমিৎ অসিদু রক্ষা বন্ধনগী নুমিৎ হায়না খঙনৈ। নুমিৎ অসিদা খুদাংদা লংনা পুনবগী থবক অসি মচননা মবুংদা পুনবদা নত্তে, ব্রাহ্মনশিংনা মাগী য়জমানদশু পুল্লি। পুল্লিবা লং অসিগী মমিং 'রাখী' হায়না কৌই। রাখী, লংজা কযানা তারগা শাবা লংবুন অমনি।

রক্ষা বন্ধন করম্বা মতমদগী হৌখিবগে হায়বা ৱাহংগী পাউখুম চপ চানা ফংবা ঙমদে। নুমিৎ অসিগা মরী লৈনবা ৱারী কয়া লৈ। যমনা মহাক্কী মচননুপী যমুনাদা রক্ষা বন্ধন পুলহনখি। যমনা তাকখি মদুদি অসুম্না মচননুপীনা মবুংগী খুদাংদা পুল্লম্লবদি যমগী দুতকী অকিবদগী ঙাকথোকপা ঙমগনি। অতোপ্পা ৱারী অমদনা লাইশিংগা হিচাবশিংগা লাল শোক্লবদা লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রনা মায়থিখি। মহাক্কী মরৈবাক মাঙখি। ইন্দ্রনা মহাক্কী নুপী ইন্দ্রানীদা রাখী পুলহনখি। শ্রাবন থাগী পুর্নিমা নুমিত্তা লাইগী গুরু বৃহস্পতিনা অফবা পুংফমদা মন্ত্র থিখি অদুগা ইন্দ্রানীনা ইন্দ্রগী মখুৎ য়েৎকী খুদাংদা রাখী পুনখি। মদুগী মতুংদা হিচাবশিংগা অকনবা লাম্থেংনবদা ইন্দ্রনা জয় ওইখি। অসুম্না রাখী পুনবগী কান্নবা মগুন কযাবু লাইবিক লাইশু কয়াদা শিংথানদুনা ইর্নবি।

ইন্দ্রানীনা ইন্দ্রগী খুদাংদা রাখী পুনখি। নুপীনা মহাক্কী নুপাগী খুদাংদা রাখী পুনবগী চৎনবী অমা লাকখি। অদুবু চৎনবী অসি তোক্তুনা মচননুপীনা মবুংগী খুদাংদা পুনবগী চৎনবী লাকখি। চৎনবী অসি হোংলকপগী মরম অমা লৈ হায়নৈ। মদুদি নুপানা মহাক্কী নুপীদা দান তৌবা হায়বসি চৎনদে। দান তৌবগী চৎনবী য়েংদুনা ওম্বোকখিবা ওইরম্বা য়াই। রানী কর্নবতিনা বাদশাহ হুমায়ুনদা রাখী থাদুনা লুরবা তাঞ্জা অমদা মহাক্কী মবুং ওইখি। চহী কয়াদগী রাক্ষা বন্ধন পুন্দুনা লাক্লি। অদুবু মচন কয়াগী পুন্সিদি অব্রাবদগী কনবা ঙমদ্রি। খুদোংথিবগী চাংদি অসুম অসুম হেনগৎলক্লি। মরমদি মবুংশিংগী পাঙ্গল হন্থরক্লি। কনবা ঙম্বগী শক্তি ব্রাংলক্লি। রক্ষা বন্ধন শুপ্ন তগী মমিংতা ঙাইরক্লে। ঈরাংগী মওংদা হেঙ্গৎলক্লে। রাখীগী মচুদি ফজবা হেনগৎলক্লি। পুক্রিংগী মচুদি মোৎশিল্লক্লি।

ঈরাংনা নমহৎপ্রবা রক্ষা বন্ধনবু অমুক ইনৌ নৌনা কুম্মৈ অসিগী পাম দম মীওইবদা উৎপদা য়াম্না কান্নব। অমা লাকপা ঙমগনি। মবমদি কুম্মৈ অসি পুন্সিগী মমলগা য়াম্না নক্লনা মরী লৈনবা কুম্মৈ অমনি। মরমদি কুম্মৈ অসিগী মনুংদা আত্মা অমদি পরমাত্মাগা লৈনবা মরী অমা লোত্তুনা লৈরি। মবী অসি করিনো খঙদোকপনা ইশা ইশাগী য়াইফবা অমা ওইগনি।

বাখী পুনবা মতমদা খুদাংদা কবিগী পুল্লি? ঙকশমদা, থবাক্তা, খ্বাংদা কারৈগী পুন্দ্রিবনো? ব্রাহংশিং অসিগী পাউখুম থিবা মতমদা রাখীগী অর্থ থোক্লকপা য়াই। মীওইবনা মশাগী নত্তগা অতোপ্পগী ঙাকথোক্লবা শক্তি অসি খুৎতা খোঙদা লৈ। গুরুশিংনা শক্তি অসি মরু ওইনা খোঙদা থাদোকই হায়নৈ। মরম অদুনা মীশিংনা গুরুগী মখোঙ শোক্লবা লাক্লে। ব্রাহ্মনশিংগী খোঙবীগী মচুম থক্লবা লাক্লে। অদুবু রক্ষা বন্ধনগী ওইনদি মচনশিংনা মবুংগী খুৎকী শক্তি দবকার লৈ মরম অদুনা খুৎ য়েৎকী খুদাংদা রাখী পুল্লি।

মীওইবদি মহৌশানা মনিং মখা তন্না পাম্মী। নমথবা, অপূনবদগী নম্বোক্ল বা লাক্লে। অপূনবা বন্ধনগী থবকপু পামজদবা মীওইবনা খুদাংদা পুনশিল্লবা বন্ধনবু করিগী অশুক পাম্লুরিবনো? মরমদি রক্ষা বন্ধনদি নুংশিবগী, মশেংবগী অপুনবনি, বন্ধননি।

অপুনবা বন্ধন মখল অনীনি। অমনা ইশ্বরগী অদুগা অতোপ্পা অমনা সংসারগী নৎত্রগা কর্ম্মগী বন্ধন। অনী অসিগী খেন্নবদি ইশ্বরগী বন্ধননা মীওইবদা নুংঙাইবাপী। অদুগা কর্ম্মগী বন্ধননা অ‌বা পী।

মীওইবনা মখল মঙাবু কনবা পাম্মী। হকচাং, ধর্ম্ম, সতীত্ব অমদি পবিত্রতা (অশেংবা), মতমদগী, মাযাগী অৱাবদগী। হায়রিবা মঙা অসি কন্নবা মীওইবগী পাঙ্গল লৈরব্রা? হকচাংবু অশিবদগী ঙাকথোকপা য়াগদ্রা অতোপ্পা লৈবাক অমনা অতোপ্পা লৈবাক অমবু মায়থিবা পীবা লৈবাক অদুগী ধর্ম্ম অমদি নুপীশিংগী ঈজ্জৎ কনবা ঙমদে। বা কয়া মতমদগী নাম্থোকপা ঙমখিদে। মতমনা য়ারক্লবদা মহাক্কী ঈ, পুন্সি লোয়ন মাঙখি। মায়ানা শুমহৎলবা অৱাবা তা মীওইবদি ইশ্বরতনা কনবীবা ঙম্মী। ৱাবী কয়ানা শাক্ষিনি।

অৱাবদগী কনবীনবা ইশ্বর লৈরি। অদু ওইরবদি মচন্না মবুংদা মহা ঙাকপীনবা করিগী রাখী পুল্লি। ব্রাহ্মননা করিগী পুল্লি? মসিগী মরমদি মবু মচনগী মরী অসি অশেংবনি, পবিত্রনি। মচন্না মবুং অদুগী পুক্লিং ৱাহৈ অমদি কর্ম্মবু অশেংবা অমা ওইহল্লি। মরম অদুনা অতোপ্পা নুপী অমদসু মহাক্কী মীৎয়েং নায়েং লমচৎতা অহোংবা লাকহন্দনা অশেংবা অমা ওইহল্লি। মচন্না শোল্লি, মবুংনা কল্লি হায়দুনা হকচাংগী পাঙ্গল য়েংদুনা পুনবা রাখী নত্তে। মবুং অদুনা নত্তবা থবক তৌদুনা মপুন্সিদু অৱাবা তাদনবা মশাগী পুন্সিবু ঙাকচনবা নীংশিংবা অমা ওইনবা পুনবা রাখীনি হায়না খনবসু য়াই। নুপীনা নুপাদা রাখী পুল্লি অদুগা নুপানদি পুন্দে। রক্ষা তৌবা হায়বসি শক্তি লৈবনা শক্তি ৱাৎপদা তৌবি। মায়কৈ অশোমদা য়েংলুবা মতমদা অসুম্না খনবা য়াই মদুদি নুপী হায়বসি শক্তিগী তুংনফমনি। নুপীনা নুপাদগী শক্তি লৈ হায়বসি উৎলি। মরম অদুনা ইনন্দ্রনাা ইন্দ্রানীদা রাখী পুলহনবনি।

রাক্ষা বন্ধন ধর্ম্মগা মরী লৈনৈ। ধর্ম্ম হায়বসি ধারনা নত্তগা তুংবা হায়বা ৱাহৈদগী থোক্লকপনি। মশাদা তুংগদৌরিবা, ঙাক্লনা থমগদবা অসি করিনো? অশেংবনি, পবিত্রনি, Purity নি। পবিত্র য়াওদ্রবা ধর্ম্ম অদু ধর্ম্ম কৌবা য়াদে। Purity হায়বসি ধর্ম্মগী য়ুম্ফনি। য়ুম্ফম য়াওদনা ধর্ম্ম করম্না শাগৎকনি।

Purity হায়বগা ঐখোয়না মপালগী হকচাং অমদি নুংগী ওইবা পুক্রিংগী, অনীমক্কী ওইনা খঙনে। গঙ্গাগী শেংলবা ঈশিংদা ইরুপ্লদা পাপ কোকই হায়দুনা মী কয়ানা তির্থ চৎপদা গঙ্গা স্নান তৌই। গঙ্গাজল পুবত্তুনা শিরবা মতমদসু মকোক্ত হাপ্পি। অদুবু ৱাহং অমা থোরকই, গঙ্গা হায়বসি তুরেলগী ঈশিংলা নত্ত্রা জলনগী ইচেল্রা? মুক্তা থত্তুকবদি ঈশিংগী ইচেলদুনত্তে, জলনগী ইচেলনি হায়না থাজবা লাক্কনি। ঈশিংগী ইচেল অদুনা ইশ্বর ওইরব্রবা অদুগা পাপ কোল্লরবা অদু ওইরবদি গঙ্গা মপান্দা অবা খুদিংমক পাপ কোল্লবশিং ওইরমগনি। মদুদি ওইব্রা? অদুগা অমরোমদা গঙ্গাদা চেংথদুনা মথাই থাবা কয়াসু য়াওনরি। ইশ্বরনা করিগী মীগী মথৱাই লৌগনি। মচগী মথাই মপানা লৌদে। অদুবু গঙ্গা পল্লকপা মতমদা পবিত্রবু নিংশিংই। পবিত্র, Purity অশেংবা হায়বসি কয়াদা মগুন চাউপ্রবনো? পবিত্র লৈবা মফমদা পুন্নমক্কী মকোক নোল্লি। রক্ষা বন্ধন নুংশিবা অমদি পবিত্র অনীগী মগুনবু নিংশিংনবা পাঙথোকপা কুম্মৈনি। গুন অনী অসিনা শক্তি ওইনা মীগী মশাদা লাকপা মতমদা মত্রেমতনা রক্ষা তৌজরক্কনি। কুম্মৈ অ-ি পৃথিবীদা শান্তি লাক্ৰবা মীপুম খুদিংমক্ক পাঙথোকপা য়াবা কুম্মৈনি।

প্রজাপীতা ব্রহ্মকুমারীজ ইশ্ববিয় বিশ্ববিদ্যালয়গী ব্রহ্মকুমার অমদি ব্রহ্মকুমরীশিংনা রক্ষা বন্ধনগী অশেংবা অর্থদা রক্ষা বন্ধন পাঙথোকই, রাখী পুল্লি। মখোয়গী ৱাখল্লোন্দা রাখী পুনবা হকচাংগী কান্ননবা ঙাক্তা নত্তে। মচনগী মরুংগা ঙাক্তগী নত্তে। মীওইবগী অত্মা খুদিংমক পরমত্মানা ঙাকপী শেনবীগনি। অশেংবা ওইরবী নুপীশিংনা ব্রাহ্মনগী মগুন ফংদুনা মী খুদিংমক্কী খুদাংদা রাখী পুনবীদুনা নুংশিবা অমদি পবিত্রবু নুমিৎ অসিদা নিংশিংবা য়াই।

ব্রহ্মকুমরীশিংনা রাখী পুল্লমদাইদা থৌরম অহুম পাঙথোকই। ৱাশকপা (সংকল্প তৌবা) রাখী পুনবা, চন্দন নম্বা। অহানবদা পবিত্র ওইনবা মহাক্কী মশাদা লৈরিবা পাপশিং হায়বদি অপাম্বা, অশাওবা, কল্লকপা, মীহৌবা, নাপল ---মগ্র অসি থাদোকপা, ইশ্বরদা দান ওইনা কখোকহনবা। শেলগী দান নত্তে। মগ্র অসিগী দাননি। পাপশিং অসিগী মনুংদা মগ্রেন্দা লাক্রবা ৱাজবা থরা দান তৌরকপা য়াই। মগ্র অসি য়াওদ্রবা মতমদা পবিত্র হায়বদু ওই। মতমদুদা মহাকপু ইশ্বরনা ঙবকপী শেংবীনবা নুংশিবগা লোয়ননা রাখী পুনবীগনি। মথংদা লাইবক্ত চন্দন নম্বীগনি। চন্দন নম্রিবা মফম অসি থৱাইনা, আত্মানা লৈফমনি। অশেংবদি পরমত্মানা অত্মাবু পবিত্র ওইহনবনি। আত্মানা পাপকী বন্ধনদগী কনানবা ইশ্বরগী বন্ধনদা লাক্রবা রক্ষা বন্ধনগী কুম্মৈ পাঙথোকপনি। ☐

# অফবা পুন্সি ওইনবা লমতাক ১



খৃষ্টনা পোক্কদবা চহী ৬০০ অমদি ৭০০ কী মমাংদা পৃথিবীগী চাউরবা ধর্ম্ম কয়া পোক্লকখি। মখোয়শিং অদু চহী চাম্মা চাম্মবোম খেন্ননা পোক্লকখিবনি। ধর্ম্মশিং অদুদি: ১. জৈনিজম, ২. বুদ্ধিজম, ৩. তাউইজম, ৪. কনফ্যুস্যানিজম (Confucianism), ৫ জোরোসত্রিয়ানিজম (Zoroastrianism).

জোবোসত্রিয়ানিজমগী মতাংদা পনবা তারবদি ধর্ম্ম অসি Zarathustra নৎত্রগা Zoroaster অসি মতম পুন্নমক্কী ওইনা অচৌবা Prophet নি, লাইগী পাউ শন্দোকপনি হায়না লৌনৈ। প্রকৃতিশিং হায়বদি নুমিৎ, থা, থৱানমিচাক, পৃথিবী, মৈ অমদি ঈশিংবু লাইনি হায়না লাৎলি। Zoroaster না পুন্নমক অসিবু য়ানিংদে। মহাক্না মুর্ত্তি লাত্তবা, অচুম্বা ধর্ম্ম অমা পুথোকপা পাল্লম্মী। লাইবু মীওইবগী মওং, human nature দা উৎপা অসি পাল্লমদে।

বুদ্ধনা মঙাল ফংখিবগুম Zarathustra সু খঙহৌদনা ফংলম্মী। মহাক্কী আত্মা অদুদা ঈশ্বরগী পাউজেল লাক্লবা মতুংদা, পাউজেলশিং অদুবু সংসারদা য়েন্থোক্লিম্মখৈ মঙোন্দা পোত্থাফম খঙলমদে। মহাক্না খল্লম্মী ঈশ্বরগী পাউজেল অসিবু ময়ামগা য়েন্নদুনা খঙমিন্নদ্রবদি ঐঙোন্দা থমজিনবনা করি কান্নগনি ? ৱাখল অসি লাকপদগী মহাক্না শন্দোক্লবা থোরকখি। মহাক্না নুমিৎলোমদা ওনখৎলগা অসুম্না হায়বকখি--"চাউরবা থৱানমিচাক, নহাক্না ঙমজরিবা অদু অতোপ্পশিংনা ফংবা ঙানদ্রবদি নহাক্না কদাইদা নুংঙাইবা ফংগনি।"

"পাউজেল অসিবু লৌননবা খুৎ কয়া তিংথোরকপা ঐনা দরকার ওই।"

Zarathustra গী জ্ঞান, wisdom অসি Zend-Avesta কৌবা লাইরিক্তা থনশ্মী। Zoroastrian শিংগী হোলি বুক্তি। হোলি বুক অসিদা ... ২৫০,০০০ য়াওই হায়। লাইরিক অসিগী শরুক অহুম থোকপগী ... গ্রীক, মুসলিম অমদি মোগোল... কপদা মাঙহনবিখ্রে। ...বা শরুক অহুম ...কপগী অমাদ Yasna কৌবা লাইরিক্তা ...থম্মী। Yasana গী লাইরিক মখল মঙানি, মখোয়শিং অদুদি Gathas, Vispered, Vendidad, Yashts (থাগৎপগী ঈশৈ) অমদি Kordah নৎত্রগা Litte Avestha নি। হায়রিবা লাইরিকশিং অসি আরবা ...দা ইবনি, বেদিক সংস্কৃতকা য়াম্না মান্নে হায়নৈ।

Zend Avesta অসি Zorostrian শিংগী মফমদদি হিন্দুশিংগী ভগবদ গীতাগুম্বনি, মুসলিমশিংগী কুরানগুম্বনি, জিয়ুশিংগী Old Testament ...নি অদুগা খৃষ্টানশিংগীনা New Testament কুম্বনি।

Zend Avesta দা য়াওরিবা মকওইবা জ্ঞান wisdom দি অসিনি:

পৃথিবী পুম্নমক অসিবু মৈহৌরোলগী শক্তি অনী হায়বদি অফবা অমদি ...বা, গুড অমসুং ইভিলনা ঙাকই, রুল তৌদুনা থাম্মা।

অফবা শক্তিবু Ahura Mazda নৎত্রগা Ormzud না অদুগা ফত্তবা শক্তিবু Angra Mainyu নৎত্রগা Ahriman না মহুৎ শিল্লি।

Ahura Mazda তা য়াওরিবা পুন্যগী শরুক Virtues দি

১. অফবা ৱাখল; গুড থোথ;

২. অচুম্বা আইন; রাইট লো;

৩. পুকচেল চাউবা সরকার; নোবল গভর্নমেন্ট;

৪. অশেংবা লমচৎ; হোলি করেক্টর;

৫. হকচাং ফবা; হেল্থ;

৬. শিবা নাইদবা; ইম্মোরটেলিটি;

Ahriman না অরিবা প্রকৃতিগী লাইশিংবু থাজবগী মহুৎ শিল্লি।

অফবা অমসুং ফত্তবগী কারক্তা মীওইবনা লেপ্পুনা লৈ। অফবগী মায়কৈ

পাম্লগা অফবদা চত্তুনা স্বর্গ য়ৌই। ফত্তবা পান্বা কাঙবুনা ফত্তবগী মাযকৈদ চত্তুনা নরক য়ৌই। থাজবা অমদি লৈ। অচুম্বনা মমৈদদি জয় ওই।

অনৌবা য়াম্না নুংঙাইবা অমনা অসুম্না হায়রি মদুদি অফবা লম্বেল খনবা হায়বসি লাইশোল তিনশোলনা, প্রেয়রনা য়াদে; থবক্লা, কর্মনা, ব্রার্কিংনা চৎকদবনি। অফবা তৌগদবা থবক খবা তাক্লি:

১. লান্দারকপশিংগা লাল শোক্লগদবনি; ফাইটিং দি ইনভেদর্স।

২. লাক্লবা য়াদবা পোৎশিং (ব্রাইন্ড থিংস) দি মাঙহনগদবনি, ডিস্ট্রা ব্রাইন্ড থিংস।

৩. লবুক কোকথোক , শেমদোক্কদবনি; ক্লিয়ারিং দি ...ডস।

৪. লান্নবা থোংশিং শাগদবনি; বিল্ডিং ব্রিজে ।

৫. অকংবা লবুক্তা ঈশিং পীগদবনি; irreigating barren;

৬. সভ্যতা পূবকপা ঙম্বা থবকশিং য়োকখৎকদবনি।

অদুগা অতোপ্পা নুংঙাইববা ব্রাফম অমনা ফত্তবা ইভিলবু কৈদৌইঙদ্ য়োকখৎলোইদবনি হায়রি। Ahura Mazda না অচুম্বা ব্রায়েল জষ্টিক্কীদমক লেপ্লী, থৌজাল mercy গীদমক লেপ্তে। ইমোসনগী মফম লৈতে। মী অমনা অফবা ব্রাখল চেনগদবনি, ফজবা ব্রাঙাং ঙাংগদবনি, অফবা থবক তৌথোবক্কদবনি। নিয়ম অসি ঙাক্কদবনি, থুগায়বা য়াদে; অফবা, গুডপু শৌগৎলম্মু । ফত্তবা, ইভিলবু মাঙহল্লম্মু। ইভিলবু মাঙহনবদা থৌজাল, mercy থম্বা যাদে। অফবা শা হায়বদি ষনগুম্বা, য়াওগুম্ববুদি য়োকপীয়ু অদুগা ফজনা শেনবীয়ু অদুগা তমথিরবা জীবা ফৎত্রবা উচিগুম্বা অমদি লিলগুম্বা হাত্তোক্কদবনি, লোয়শিনগদবনি। Zarathustra গী মরুওইবা জ্ঞান, wisdm দি শু-নোম্বনি। শু-নোমদবা যাদে। 'মহৈ মবোং থাবিবা, থোকহল্লিবা মহাক অদু ধর্ম্মগী মক হুল্লিবা মীওইনি।'' অসুম্না পৃথিবীগী মফম কয়াদা মী অমনা মাগী মাগী লেন্নবা পুন্সি কয়া তাক্লি। পুম্নমক অফবা ওইববদি ধর্ম্মগী শম্বল লাম্থোক্লবসু নৈনবা যাই, খঙ্জিনবা য়াই।

# অহিংসাগী য়ুম্ফম



মালেম অসিদা অহিংসানা য়ুম্ফম ওইবা সমাজ অমা লিংখৎনবা মীওই কয়া পোকখি। মীওইশিং অদুগী মনুংদা মহাবীরসু অমনি। মহাবীর নিংথৌ মচানি মমিংনা সিদ্ধার্থ কৌবশ্মী। অবাৎ-অপা লৈতবা লন-থুম মবক্তা য়োক্লকপনি, চাউরকপনি। অদুবু অদুগুম্বা লন-থুমশিং অদুদা মহাক্না কৈদৌনুংদা খোয়দাখিদে। মশা গী চহী কুন্থ্রা শুপকপা মতমদা মহাক্না পুম্নমক থাদোকখি। আত্মাজ্ঞান থিরকপদা মহাক্না লম্বোইবা ওইদুনা কোয়চৎ চৎখি। পুন্সিগী চঙদবা য়াদবা খবদমক মহাক্কী মনাক্তা থমখি। অযাম্বা মতমদা চাবা হেনখি। ককঙাওনববা পুন্সি অসিদা মহাক্না অকনবা তপস্যা তৌদুনা দিগম্বর লম্বোইবা ওইখি।

মহাক্না চহী ১২ অকনবা তপস্যা তৌরবা মতুংদা কেবলজ্ঞান হায়বদি আত্মাজ্ঞান ফংখি। আত্মাজ্ঞান অসি ফংলবা মতুংদা মহাক তির্থাঙ্কর ওইখি। তির্থঙ্কবগী অর্থদি faith শব্দোকপা হায়বনি। তির্থাঙ্কর ওইরবা মতুংদগীদি ধর্ম্মবু অমুক শেমগৎপা অমসুং মদুবু শব্দোক্লুনা মীয়ামদা মুক্তিগী লম্বেল তাকখি।

তির্থাঙ্কর মহাবীরনা করি তাকখি? মহাবীরনা কাস্যা মরি হায়বদি পাপ মরি মীওইবগী মশাদগী মাঙহন্নবা হায়খি। পাপ মরি অদুদি--ক্রোধ, মোহ, মদ, লোভনি; অশাওবা, অপাম্বা, চাওথোকপা, মীহৌবনি। পাপ মরি অসি মাঙহন্নবা ধর্ম্ম মঙা হায়বদি--পুন্য মঙা তৌনবা খঙহনখি। মখোয়শিং অদুদি--অহিংসা, সত্যা, অচৌব্যা, ব্রহ্মচার্য্য অমদি তাপরিগ্রহনি। মহাক্না হায়খি মদুদি আত্মাবু কাস্যাদগী নাম্বোকহনবা অসিমক অচৌবা মায়পাকপনি।

মথক্তা পীরিবা ধর্ম্ম মঙা অসিগী পাম্বৈনা আত্মাবু মশক খঙবা ঙমগনি অমসুং আনন্দ ফংগনি। মহাবীরনা শান্তি, অহিংসা, মান্নবা অমসুং অনেকান্তগী লম্বৈল শন্দোকখি। লন্নাই অমদি সমাজ অনীমক চাওখৎপা হায়বসি মহাক্কী ফিলোজোফিনি। জৈনিজমদদি পুম্নমক চপ মান্নে। লন্নাইগী করেক্টর অমদি বিহেবিয়র অনী অসি শেংদোক্লবা খ্বাইদগী কন্না লাক্লহল্লি। অনী অসি শেংদোক্লবা মতুংদা আত্মাজ্ঞান ফংবা ঙম্মী।

ধর্ম্ম অমদি সমাজগী থবক্তা নুপীবু মান্ননা শরুক য়াহল্লম্মী। নুপীশিংদু নুপাগা মান্ননা লাইবিক তম্বিরম্মী। নুপীদা শক্তি পীবগী থবক অসি মহাবীরগী মতমদগী হোৎনরল্লবনি।

জৈন ধর্ম্মগী খ্বাইদগী মরুওইবা সে অহিংসানি। অহিংসানা তাকপদি অহিংবা খুদিংমক্তা নুংশিযু হায়বনি। "হিংউ অমদি হিংহল্লু" হায়বা প্রিন্সিপল অসি য়াম্না তাজরম্মী অমদি ঙাক্লম্মী। মহাবীরনা হায়রম্মী মদুদি attachment অমদি aversion, শুমহৎপা অমদি তুক্কচবা, রাগ অমদি দ্বেসানা হিংসা পোকহল্লি। অহিংসা পুরক্কে হায়রবদি মপুংফানা Worldly possession অমদি Vanity থাদোক্কদবনি। অহিংসা অসি ক্রুথ অমদি লবকী মওংদা মহাত্মা গান্ধি অমদি নেলসন মন্দেলানা চৎখি। মহাবীরনা আনেকান্তবাদবু ডোক্ট্রিন অমা ওইনা থনমখি। অর্থদি মায়কৈ য়াম্বা, many Sidedness হায়বনি। মহাবীরনা মহাক্কী খোঙলোইশিংদা মতমচুপ্পদা তাক্লম্মী মদুদি নাকল অমতনা য়েংগনু মায়কৈ কয়াগী এসপেক্টসু য়েংউ। মসিনা আউট লুকপু চাওথোকহল্লক্কনি অদুগা অতোপ্পা থাজবা কয়াগী বাখল্লোনসু ব্যবহার তৌবা ঙম্লক্কনি।

অনেকান্তন্না খাঙবা কনবগী শক্তি হেনগৎহন্দুনা মী অমগা অমগগী মরক্তা, কম্যুনিটিদা হারমোনি পুরকপা ঙম্মী। শম্না হায়রবদা অনেকান্ত অসি ধর্ম্মগী অমদি সমাজগী যুম্বিনি। মহাবীরনা লৌরম্মী মদুদি লন্নাই মীওই অমসি সমাজগী দাযত্ব অসি লন্নাই মীওইগী অমদি সমাজগী চাওখৎনবা শোজৈনি। 'জৈন' হায়বসি সংস্কৃত বাহৈনি, 'জিন' হায়বা বাহৈদগী লাকপনি হায়নৈ, অর্থদি জয় তৌববা হায়বনি। জৈনগী লাইশঙদা লাইখুরুম্বা লাকপশিংনা মাযখুম উপ্পি। অশেংবা বাহৈদমক শোনবা ঙম্নবনি লোয়ননা

কবিগুম্বদা খঙহৌদনা তিল ক্যাং শ্বর হোনবদা পায়শিল্লক্তনবনি। পুজাগী মরুওইবা পান্দমদি আত্মাবু শেংদোকপনি।

পুজাগী পোৎলমসু অচম্বা ঙাক্তনি। শুপ্নগী শিং, চেং, লৈ অমদি saffron নি। পোৎ অমত্তা মাঙহন্দে। লায়শঙ মনুংদা ব্রা অমত্তা ঙাংনদে। নিংঙাই শংদানদে। অব্রা পোত্থনিংঙাইনি। করিগুমবা মওংগী greed অমদি violence উবা ফংদে। পুজা কৎপা লোয়রগা জৈননা ময়ুমদা হল্লকই। মহাক্না লাকখিবা লম্বেল অদুদা অদুম হল্লি। মহাক্না সংসারগী ওইবা থবক থানাদা হনজিন্দুনা মাগী মাগী মথৌ পায়খৎলি।

মন্দিরগী মনুংদা পাঙথোক্লুবনা অমনি। মপানগী সংসারনা অমনি। অনী অসি অমুক্তদা ঙাক্তুনা চৎপা ঙম্বা হায়বসি অরুবা অমনি। অদুবু অমনা মদি দব মনুংদা মহাক্কী আত্মানা মপুংফানা শেংদোক্লুরে। মদুগী নুংঙাইবদু মহাক্ন ।পুদুনা লাকই। অউবা মীনা মহাক্কী শাজৎ-শাওং উরগা অপেনবা, নুঙাইবা পোকই।

থাজনবা লৈ মদুদি ঐখোয়না নোংমগী থবক পাঙথোকপা মতমদা পুজাগা লোয়ননা হৌব্রবদি থবক খুদিংমক্তা পুজাগী মওংদা লাকই। নুংশিবা, খাঙবা কনবা অমদি ব্যবহারনা ভেল্যু ওইনা পুন্সিদা তোংঙকই। মরমদি পুন্সিদা লাকপা খুদোংথিবা খুদিংমক পুকচেল শেংনা থেংনবা ঙম্মী। ব্রাখল্লোল অসি মহাবীর অমদি মহাক্কী তুইনবা জৈনশিংগী অকনবা থাজবনি। ☐

# অমগা অমগা মুন্নবা কোক্নবা



চাইনিজশিংগী ৱাখলগী লম্বেল অ· লৈ। লম্বেল অদুনা মী অমগা মী অম·· ·· ববু হুৎহুনবা ঙম্মি। লম্বেল অদুগা মরীরু Tao হায়না কৌই, খোংদ Dow হা·

Tao ·· ক অমবু তাকই; শক্তি অদুদি অহিং·, হিংদবা পোৎ খুদিংমক শন্দোক্নুনা লৈ। Tao না ·ফবা, ক অনীমকপু থাগোল্লি। ·চম চম্না তা· মদুদি, নুংশিদবা তুক্কচবা য়াওদনা নুংশি· লৈবা য়ারোই; অমম্বা য়াওদনা অঙান· লৈবা য়ারোই; নুপী য়াওদনা নুপা লৈ· যারোয়। Taoist অমনা মহাক্কী পুন্সিদা হাবমোনি অমদি বেলেন্সপু থিরকই।

সংসার অসি opposite অমদি complementaries অনীগী মরক্তা শান্নবা অমনি। শুর অনী অসিদা খোংবা পুন্সিগী ঈশৈনি। তাম্থা চানা খোংবা শুর চুম্বা পুন্সি অদু নুংঙাইবা অমনি।

চাইনিজশিংগী ৱাখল্লোন্দা খুদিংমক্না তাম্থা অনীদা চোংদুনা শান্নে। মখোয় অদুদি Yin অমসুং Yang কৌই। Yin না উরুম, অমম্বা, অসংবা, অনৌবা ৱাখল লৌশিনবা ঙম্বা, নুপী (Shade, darkness, cold, receptive, female) বু খঙনৈ। Yang না অরংবা, মৈশা, খিংখিং লাওবা, নুপা (brighteness, heat, active, male) বু খঙনৈ।

Yin অমসুং Yang অনী অসি খল মান্নরক্নবা মতমদা conflict হাযর্দি

অমগা অমগা মুক্রবা অসি থোরকই। Tao না ওন্ন-তৈননা চৎনবা ওলটর্নেটিবশিংবু মশক মুন্না খঙদোক্রবা লাক্লে। মসি conflict থোক্তনবা অচৌবা পাম্বে অমনি।

নোংচুপলোমগী লৈবাকশিংনা খল্লি মদুদি conflict লৈতবা সমাজ অমা শেম্মু , মদুদা অপনবা পীরক্লবদি ফাইট তৌ চেলেঞ্জ তৌ; অদুবু Taoist অমনদি খল্লি মদুদি করিগুম্বা অমত্তনা চপ চানা লেঙদনা অসুম লৈতে, অওনবা নাই। নাম্মতগী ওইব: ব্রাখল অমদা থবক ওইনা চখরকপা মতমদা conflict অসি থোরকই। কা হেন্না ফবসু য়াদে, কা হেন্না ফত্তবসু য়াদে। মরক অসিদা বেলেন্স ওইবা অমা চংই। conflict হায়বসি ইভিল নত্তে ঐখোয়বু পারা তম্বিংবা teaching call অমনি।

অমগা অমগা মুক্রবা conflict থোক্তনবা ব্রাহে খরা হায়বদি ওপোজিটস ওলটরনেটিবসকনফ্রন্টেসন অসিনচিংবগী ভাব অসি মুন্না খঙনবা লাক্লবা য়াই। opoosites ওইবশিং অদুনা ওলটর্নেটিব কয়াগী পাম্বেনা কনফ্রন্টেসন দগী কনবা য়াই।

Situation অমবু analyse তৌবা, categorise তৌবা , evaluate তৌবা এক্সপ্লেন তৌবা অমসুং এক্ট তৌবা অসিনচিংবশিং অসিবু ওলটর্নেটিবস থিবগী লম্বেল হায়না খঙনৈ। করিগুম্বা মতমদা নন-এক্সননা এক্সনদগী মরুওইবসু লাকই। Taoist কী ব্রাখল্লোলদা non-action বু Wu-Wei হায়না খঙনৈ। Wu-Wei গী অর্থ অসি-অসুম্বা হন্নে মদুদি তৌরবসু তৌদবা "to do without doing" or to act without action" অতোপ্পা মী অমদা অপনবা hindrance থোকহন্দবা এক্সনবু নন এক্সন হায়না খঙনৈ।

Taoism গী মতুংইন্না behaviour অমবু শোম্বহনগে হায়রবদি behaviour অমা কনখৎহনবা তাবনি। চপশিল্লকপা, শুংজিল্লক্লবদি মদু হান্না এক্সপান্দ তৌগদবনি, চাওথোকহনগদবনি, তুথবক্লদি মদু য়ুংখৎলমগদবনি। অশোনবা রিকনেস হায়বসি Tao না তোইনা শীজিন্নবা ব্রাহৈনি। খুদম ওইনা ঈশিংদা প্রমান তৌই। ঈশিং হায়বসি শোল্লি, মঙোন্দা অথিংবা লৈতে,

মঙোন্দা লুপশিল্লবদা অপনবা পীদে, কনাদসু থিংদে। মবম অদুনা ঈশিংবু শোল্লি হাযবনি। অদুবু ঐখোযনা ঈশিংগী মচিন্দি খোই হাযনৈ। ফনা যাম্না অথিংবা পীববসু ঈশিংনা মহাক্কী পম্বুং অদুম যৌনবা চৎখি। থিংবা ঙমদে হুভুনা অদুম চৎখিনি। ঈশিংবু অশোনবনি হাযবা লানগনি।

গান্ধিজিনা ঈশিংগী প্রমান অসি ভাব তাবা ঙমখি। মহাক্কী পুন্সিদা ভাব অসি শিজিন্নদুনা কান্নবা যাম্না ফংখি। কনানসু গান্ধিবু মীকিথিনি হাযবা ঙমদে। মবর্মাদ মপান্দা ঈশিংগুম থোৎনা উববসু মাগী পম্বুংদা যৌনব, চৎপদা কনানসু অথিংবা পীবা ঙমখিদে। Tao না তম্বিবি মর্দুদি conflict থেংননবা technique অসি যাম্না মকওই অদুবু মর্সিদি সেকেন্দবিনি। অহানবদা খঙদবা যাদবদি ঐখোয ই' াবুনি, ঐখোযগী মোটিবশিংনি। কনাগুম্বা অমনা মতোপ্পা কনাগুম্বা অমগী এক্সন অমদি perceptions বু ওনহনগে, মহাকপু influence তৌগে হাযববদি ঐহাক ইশানা ইশাদা কবি ওপবেট তৌবিবগে হাযবদু হান্ননা খঙখিবা তাবনি।

অদুগী মতুংদা দবকাব লৈবা অতৈ ওলটবনেটিব ফেক্টবস হাস সোসিযেল, নেচবেল এক্সটর্নেল, ফিসোলোজিকেল ময়না অমদা ইন্টবেক্ট তৌবিবশিং অদু থিবক্কদননি।

Tao না হুমেন ইন্টববেক্সনদা শিজিন্নগদবা খবা পীবি মখোর্যাশিং অর্দুদি:

1. মহৈ পামদনা থবক শুবা, Working yet not taking credit

2. লুচিংবা ওইবগা দোমিনেট তৌদবা: Leading yet not dominating.

3. শেমগৎপা অদুগা মদুগী মপু ওইগে খন্দবা: creating without claiming ownership.

4. লমতাকপা অদুগা ইন্টরফিযাব তৌগে খন্দবা ; guiding wighout interfaring.

হাযবিবশিং অসি পুন্সিদা পানবা ঙম্নবদি conflict যাওদনা মীওইবনা হিংমিন্নবা ঙমগনি। ☐

# খন্থক্রুরবদি নুংঙাইবা য়াই



ঐখোয়না থাজে মদুদি মালেম অসি ওলহন্‌বা য়াই। অওনবা অমা পুরকপগী অচৌবা চীংজাও অসি ফুক্লকপা মতমদা মালেম অসিদা অচৌবা অৱাবা, নুংঙাইতবা অমা থোকহন্‌বস য়াই। অমুক্তদা ফুকপগী মহুত্তা মচা মচাদগী হৌরকপনা অফবা ওইবা য়াই।

নুপ:মচা অমনা গুরু অমগী মনাক্তা চৎলগা মহাক্লা মতৌ করম্না ঈশ্বর ফংগদগে হায়না হংলম্মী। গুরু অদুনা অঙাং অদুগী মফমদা আধ্যাত্মিক্কী খঙনিংবা অমা য়াওরে হায়বসি খঙলম্মী। অদুবু, অঙাং অদুগী চহী অদুদা অধ্যাত্মিক্কী ৱাফম ত্রাকপা হায়বসি অরাইবা ওইরমদে। গুরু অদুনা নুপামচা অদুদা, মহাক্রা খ্বাইদগী পামজবা করিনো হায়না হংলম্মী। নুপামচা অদুনা খুমক্লম্মী, "ঐগী ষন্নাও অমা লৈ, ঐনা মহাক্কা লোয়ননা মতম পুম্নমক্তা লৈমিন্নে।" গুরু অদুনা ষন্নাও অদুদা অসুম খন্দুনা লৈয়ু, মেডিটেট তৌদুনা লৈয়ু তাকপীরম্মী।

থা খরা লৈরগা গুরু অদুনা নুপামচা অদুগী মনাক্তা চৎলুবা মতমদদি নুপামচা অদু কপ্পুনা লৈরম্মী। নুপামচা অদুনা হায়রক্লম্মী, " ঐগী পুক্রিং মাঙখ্রে। ষন্নাও অদু অসুক্কী মতিক পিকশনখ্রে মদুদি ঐগী খুবাক্তা কুন্দুনা লৈরে।" গুরু অদুনা মেডিটেসন অদু অদুম চথখো তাকপীরম্মী।

মতম খরা লৈরগা গুরু অদুনা অমুক নুপা মচা অদু উনবা চৎলম্মী। মতমদুদসু নুপামচা অদুনা কপ্পুনা লৈরম্বা থেংনখি। মহাক্লা হায়রম্মী, "ষন্নাও

অদু অসুক্কী মতিক চাউখ্রে মদুদি অকাশ পকপ্রে।" গুরু অদুনা অমুক্কসু তাকপীরম্মী মদুদি মহাক্কী মেডিটেসন অদু লেপকনু।

চহী খরা হৌখ্রবগী মতুংদা গুরু অদু নুপামচা অদু অমুক থেংনরম্মী। মতম অদুদি নুপা মচা অদু কপ্পমদ্রে, নুঙাইনা লৈবা থেংনরে। মহাক্কী যোগগী থাক সমাধিদা, মীনা কৌবা তাদবা মওংদা লৈরম্লে। মহাক্কী পম্বুং অদু ফংলম্লে। গুরু অদুনা য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা মহাকপু সমাধিদগী মিকপ থোকহল্লে, ধ্যান্দগী থোরক্লে। মিকপ থোরক্লবা নুপা অদুনা গুরু অদুদা হায়রম্মী, "অদোম, ঐহাক, ষন্নাও, অতিয়া অমসুং ঈশ্বর চম মান্নরক্লে।"

মেডিটেসনগী পাঙ্গলদি অঙকপনি। ঐগী নুংদগী থো..চরকপা পাউখুম্না অপেনবা অশেংবা পাউখুম ওইরকই। ধারন.. '..ক্লিং থিংজিনবা, কন্সেন্ট্রেসন হায়নসু খঙনবা অসি যোগগী মরুওইব.. পাম্বৈনি। ৱাখলবু তাশিন খোমজিনবা অসিনা নুংঙাইবা হায়বদু ফংবা ঙম্মী। ধর্ম্মনা, পাউতাক শকে দাকপশিংনা--গুরুশিংনা নুংঙাইবা করম হায়না ফংগদগে হায়বদু তাকপী। ধর্ম্ম অয়াম্বনা অপাম্ববু থাদোক্লবা, মুক্তি ফংনবা তাকপী। কনাগুম্বনা হায় নুংঙাইবা হায়বদুদি শিরবা মতুংদা ফংই। শিরগা নুংঙাইবা ফংই হায়বসি ওইথোকপা য়াব্রা হায়না হংনিংবা কযাসু লৈরি। কনাগুম্বনা হায়বসু য়াওবি অপাম্বা হায়বসিদি চাওখৎপগী, প্রোগ্রেসকী ইঞ্জিননি। মরম অদুনা অপাম্ববু নমশিল্লোইদবনি, নুঙাইবা ফংনবা পাম্বৈ ওইনা ওম্মোক্কদবনি।

অখণ্ড অহৈশিংনা তাকপীরি মদুদি ৱাখল অমখক্তদা ফোকস তৌদুনা থম্লবদি Pituitary gland দা খিং খিং লাউহল্লি, ষ্টিমুলেট তৌই। পাম্বৈ অদুনা নুংঙাইবা ফাওহল্লি। ষ্টিমুলেট তৌবা ঙমদ্রবদি পুক্লিং অসি লৈতাদে, ফিকল ওইহল্লি। নুংগী ওইবা শান্তি অমদি সেক্যুরিটি অসি পুক্লিং ইংথরবা মতমদা ফংই। ঐখোয়না অফবা ৱাখলদা পোজেটিব থোটতা ব্রেন তৌবা দরকার ওই। নুংঙাইবা হায়বসি পুক্লিংগী মওং অদুনি, ষ্টেট ওফ মাইন্দনি। শেল য়াম্না পায়রবসু ষ্টেট ওফ মাইন্দ চুমদ্রবদি নুংঙাইবা ফংবা ঙমদে। পৈশা পাযজদ্রবসু মাবথোং মকা লাম্না নুংঙাইনা লৈবা মীওই কযা লৈবি। ঐখোযবু নুংঙাইহন্দ্রিবা, অৱাবা পীবিবা অসিদি মীহৌবনি, গ্রীডনি। শক্তিবু, পৈশাবু অমদি অতোপ্পা কযাবু মীহৌবা মীনা অৱাবা ফংগল্লি।

ঐখোয়না ঈশ্বরগী মত্রৈ তম্না পাম্মী। মহাক্না পাঙথোক্লিবনি খল্লিবা পুম্নমক ঐখোয়সু পাঙথোকপা পাম্মী। প্রকৃতিবুসু মথক মখা ওনহন্নবা লাক্রে। ঐখোয়গী নাপলনা ঐখোয়না হিংলিঙৈ মতম অসিদা পুম্নমক পাঙথোক্নম্না পাম্মী।

প্রকৃতিনসু অওনবা পুবকই। প্রকৃতিনা অওনবা পুবকপদি মতম চানা থোকহল্লি। খঙহৌদনা শাহন্দে খঙহৌদনা ইংহন্দে। Geological time Scale অমদা থোকহল্লি। খল অমদা চাং মান্নানা চত্না মাগী নাকয়েক্ত লৈবিবা সবাউদ্দিংদা অন্নাবা পীদে। মীওইবন পুবকপা অহোংবদি খল মান্নানা থম্না ঙমদে। কনাগুম্না কয়াবু হেন্না নুংঙাইহল্লি, কনাগুম্না কয়াবুনা অথিনা ব্রাহল্লি। মবম অদুনা ঐখোযগী ইনভাইবোমেন্টপু মচেং মচেং তহল্লি। মসিগী হৌবকফমদি মীহৌবা হায়বা অদুসু অমনি। গ্রীডনা পূজা মবক্ত মুক্নবা, কনপ্লিক্ট থোকহল্লি।

ঐখোয অয়াম্বনা ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইবা ব্রাখলদমক খল্লি। ব্রাখল লুথনা ডিপ থিঙ্কিং তৌগে হায়ববদি শক্তি, ইনর্জি চংই, ব্রিল পব্রাব চংই। ঙাইহাক্কী ওইবা পুক্লিং চংবা এটেন্সনদি লো কন্সেন্ট্রেসন ওই। ঐখোয়না অঙাংশিংবু পাহনবা অমদি মদুদা খন্থুবা তম্বিবদি মখোযগী ইমার্জিনেসন হেনগৎহল্লি অদুগা ওবিজিনেল্লি খন্থুহনবা ঙম্নবা মোটিভেট তৌই। মবম অদুনা পুক্লিংবু ব্রাকল অমদা মতম কুইনা থম্না ঙম্না মীওইনা নুংঙাইবা ফংবা ঙম্মি। ঐখোয়না ঐখোয়গী ব্রাখল খনবগী মওং এটিচ্যুড অমদি মবমদি খঙদনা অতোপ্পদা শাওনিংলিবা Prejudice অসি মুন্না খন্থুবা তৌদনা পৃথিবীবু অওনবা পুবক্কে হায়না খনবা অফবা অমা নত্তে। ঐখোযনা অতোপ্পবু ওলহন্নিংই, ইশাবুদি খন্থুকদে। ঐদি নিয়ম চুম্না চংলি, মী অতৈনা লান্না চংলি হায়না খল্লি। মীদমক খুদোম্বীনা থিল্লি। মীঙোন্দা খুদোম্বী থিল্লুবা মতমদা খুংশা অহুম অমদি ঐঙোন্দা ওনশিল্লি হায়বসি ঐখোয়না খন্থুকদে। মীঙোন্দা ফত্তে হাযকব্বা অদুগুম্না শকক অহুম ঐঙোন্দা ফত্তবা ওইবি হাযবসি ঐখোযনা খঙজদে।

অদুনা, ঐখোযনা নিংশিংগদবদি অহানবা ওনগদবসি ঐহাক ইশানি। ঐ ঐনা অফবা মীওইবা অমা ওইবা ঙম্নবা মতমদা সংসাব অসি ফবক্কনি। মতম অদুদা পৃথিবী অসি মীওইবনা লৈবদা নুংঙাইবা মফম অমা ওইবক্কনি। ☐

# ত্যাগ, তপস্যা অমদি সেবা



মী অয়াম্বনা থাজনৈ মদুদি লায়নিংবা হায়বসি ময়াম্না হিংনরিবা পুন্সিবু থাদোক্লবনি অমদি সংসারদগী নাম্থোক্তুনা চেল্লবনি। অব্রা অনানা থল্লবা সংসার অসিদা মহাক্ন। ঈশৈ শকপা ওমদে, জগোই শাবা ওমদে হায়নসু হায়নরি।

ব্রাহং অমসু হং কই হরাও তয়াম্বনা থল্লবা, নুংঙাই য়াইফরবা কনানা সন্যাসি ওইখিবগে? অয়াম্না মতমদা মহাক্কীনা নুপীনা শিথ্রবা, মহাক্কী পুন্সিনা অব্রাবা তারক্লবা মতমদা মহাক্না সংসারদগী চেম্থোরক্লগা সন্যাস ওইরকই। মরল মথুম মাঙ তাকপ্রবা, খাঙবা ঙম্লক্ত্রবা মতমদা, নিংবা কায়রক্তুনা সন্যাস ওইরকপসু য়াওই। অদুনদি; সন্যাস হায়বসি নুংঙাইতবা অমদি নিংবা কায়বদগী চোংখৎলকপা ময়োল্লা? মহৌশানা মাগী থম্মোয়দা নুংঙাইবগী ঈশৈ লৈরিবা মহাক অদুনা সন্যাস কয়া ওইনদে।

অদুবু, অশেংবা সন্যাসতি অব্রাবদগী চোংখৎলকপা ময়োল নত্তে, তশেংনা নুংঙাইবা আনন্দগী চোংখৎলকপা ওইগদবনি। চোংখৎলকফম খেন্নবগী হায়বদি অব্রাবদগী খাঙবা ঙমদ্রদুনা লায়নিংগী লম্বেলদা লাকখিবনা অয়াম্বা ওইখিবদগী মীয়াম্না মীচেল ওইনা উবিবসি চুম্মবোই খনখিবনি। তুংদা ওইরক্কদবা ধর্ম্মদি অব্রাবদগী লাক্লোই, নুংঙাইবদগী লাকনি হায়না অখঙ অহৈশিংনা তাক্লি। মহাক্কী মীশিং য়াম্লবা ইমুং, হিংমিন্নবদা ব্রাববা, অমনা অমবু ওৎ নৈনবগী ফলনা সংসাবদগী নাম্থোক্লবা লাক্লবদা লায়নিংবোমদা ওনশিন্নরম্বা অদু তোকখিগনি।

মরমদি মীশিং য়াম্বা হন্থরক্লগনি, মপুক ফাওবদি হাপ্লরোই, নুংঙাইবগী ঈশৈ ঙংনরক্লগনি, মীশিং য়াম্নক্তবদগী পৃথিবী অসি শাগে অমত্তা ওইনা খন্নরক্কনি। মহাক্না নুংশিগদবা মীগী মশিং হন্থরকপদগী সংসার পুম্বদা মহাক্কী নুংশিবা য়েম্থোরক্কনি।

অব্রা অনাদগী নাম্থোক্রবা লাক্লবদগী সন্যাস ওইরক:: মহাক অদুনা ঐখোয়দা নুংঙাইবা, অনন্দ পীবা ঙম্লোই। নুংঙাইবদগী ওইরকপা সন্যাসনা অতোপ্পা মীদা নুংঙাইবা পীবা ঙমগনি, পুক্লিংবু থম্মোয়বু নুংঙাইবা জগোই শাহনবা ঙমগনি। ধর্ম্মবু তাথিবা কয়ানা ধর্ম্মবু তমথিনা য়েংই। French materialist Philosopher Baron d'Holbach না হায়রম্মি মদুদি ধর্ম্ম পুম্নমক লান্না থাজবা, জ্ঞান য়াওদবা অমদি তমথিবগী অরিবা মুর্ত্তিশিংনি। মহাক্না হায়রম্মী মদুদি মীওইবগী misery অমদি conflict অসি থম্মশিংনা লোকহনবনি, ধর্ম্মগী মিংদা হাংনখিবা মী মশিংনা অতে মরমদগী হাংনখিবদগী হেল্লি।

ইউরোপকী চহী ১৩০০ অমদি ১৯০০ গী দৃশ্য য়েংলুরগা খঙবা ঙমগনি মদুদি চর্চনা সাইন্সকী দিস্কোভরি কয়াবু নমথখি, মরমদি, সাইন্সনা বাইবলগী ভু কয়াবু ওন্ন তৈনহনখি। মতম অদুদা Copernicus অমদি Galileo না কয়াদা অৱাবা নঙখিবা। অদুবু ধর্ম্মনা অচুম্ববু নমথবা ঙমখিদে। হৌজিক্তি নোংচুপলোমগী মীওইশিংনা সাইন্সনা তাকপবু অচুম্বনি হায়না লৌনরক্লে। সাইন্সনা অশেংবা ওইনা ঙানখৎলক্লে, ধর্ম্মনা অন্ধবিশ্বাস অমদি superstition ওইনা লৈহৌরে। ধর্ম্মনা চহী লিশিং অনী হেন্না মীওইববু নুংঙাইবা পীবা ঙম্মক্তবা অদু সাইন্সনা চহী ১০০ গী মনুংদা পীবা ঙম্মী হায়না মীওই কয়ানা মত ফোঙদোক্লরক্লি।

ইউরোপকী ৱাখল খনবা ফিলোসোফরশিং হায়বদি Voltaire, Roussean, Lessing অমদি Diderot না শতাব্দি ১৭ শুবগী অদুৱাইদা রোমান কেথোলিক চর্চকা থেংননবা থোক্লক্লম্মী। অসিমসু লাইরিকশিংদা ইবা থেংনরি মদুদি ধর্ম্মগী শক্তি শিজিন্নদুনা মরাল লৈজদ্রবা নুপী কয়া উচুক্তা পুল্লগা মৈ থাখি, St. Bartholomew's Day দা Christian Protestants ২৫,০০০ হাৎখি। ঙসিসু ধর্ম্মগী মীংদা হাৎনা শুনবগী থবক লেপত্রি। মরম অদুনা হৌখিবা অমদি চৎলিবা থৌদোক কয়া নিংশিংলুরগা ধর্ম্মগী মীং তাবদা পেন্দবা পোক্ল

রি। অদুবু মীয়াম্না চিংনরবদি মেটরিয়েলিজমলোমদা খন্থিবা ফিলোসোফরশিংনা মীওইববু অপুনবগী শক্তি ফাজিনবা ঙম্বা ইঠিক অমা পুথোকপা ঙমগদ্রা? মদু পুথোকপা ঙমদ্রবদি cohesive force নপশিন্নবা, পুনশিন্নবা শক্তি হন্থরক্লবদি অমগা অমগা মুকখায়নবা কনফ্লিক্ট গ্রুপ থোরক্লুনা মালেম অসিদা শান্তি মাঙঙকপা য়াই।

ঐখোয়গী এক্সন অমদি রিয়েক্সনগী কালিটি অসি ঐখোয়না পুন্সিদা য়েংলিবা মিৎয়েং vision শিংগী মখা পোল্লি। vision না খুরবা নেরো ওইরবদি কাঙলুপ কাঙলুপ divisive ওইরকই। অপাকপা vision ওইরগনা থাক চাউথোরকই। অদুগা অথোইবা supreme vision ওইরবদি পুম্নমক মঙোল দা য়াওদুনা লৈ। vision না ব্রাংখৎলক্লিবদি খৈ, mission না চাওখলকই।

পুন্সি হায়বসি perceptions অমদি responses কী সার্ভিস অমনি। ঐখোয় ঐখোয়গী পোৎশক অমা উবদা তোঙান তোঙানবা ভ্যু উরকই। পার্সেপসন হায়বসি পোৎ অমবু কুপথনা জ্ঞান তানা খঙবা ঙম্বা অদুনি, অদুগা রেস্পোন্দ হায়বনা এক্সন অমগী পাউখুম পীবা অদুনি। জ্ঞান খেন্নবগী মতুংইন্না পাউখুমসু খৈন্নে। মরম অদুনা পুন্সি অসি জ্ঞান অমসুং পাউখুম অনীগী তিন্নবা চেন্থরিবা ঈচেল অমনি।

করম্বা মখলগী পুন্সিনো খঙগে হায়রবদি ব্রাহং অনীগী পাউখুম থিবা চংই--মহাক অদু inspired তৌখিব্রা? মহাক অদুনা অতৈ অতোপ্পদা inspire তৌব্রব্রা? Inspiration না তাকপদি মী অমবু থবক অমা পাঙথোক্লি ংবগী ইহুল অমা পীবা অদুনি। মহাক্না ইহুল অমা ফংদুনা পাঙথোকখ্রবা মতুংদা অতৈ অতোপ্পা অমবু অমুক ইহুল পীদুনা থবক পাঙথোকহনবা হায়বা অসিমক মী অমগী গুণনি হায়বা য়াই। পৃথিবীদা ফাওখিবা খুদিংমক অনীমক পাঙথোকখিবা ঙাক্তনি। শন্না হায়রবদা পুন্সি মখল অনী লৈ--অমনা ভেলুগী পুন্সি অদুগা অমনা, ভেলুয়েবলগী পুন্সি। ভেল্যুনা তাকপদি নোরমেল অমদি প্রিন্সিপল লৈবা পুন্সি শেম্বা অদুগা ভেল্যুয়েবলগী পুন্সি হায়বগনা মমল তাংবা পোৎচৈ ময়ামগী মপু ওইনবা লাক্লবা হায়বনি।

স্প্রিচুয়েলগী লোমদা ব্রাহ্মে অহুম শিজিন্নৈ। মখোয অদুদি ত্যাগ, তমপস্যা

অমদি সেবা। অহুম অসি খ্বাইদগী বাংলবা ভাবনি হায়নৈ। ঐগী ঐগী পুন্সিদসু ভাবশিং অসি চেন্ননবা লাক্লগাদবনি। পাপ পুন্নমক্কী হৌরকফমদি হকচাংগী ওইবা নাপল অসিনি। নাপল অসি ইশাগী ব্রাখলদগী মুথৎকে হায়রবদি Soul conscious "ঐ থবায়সিনি" হায়বা খঙবা চঙই। ঐখোয়না body conscious তা মতম শাংনা শাংনা লৈবনা পাপনা তক্তনা কায়দোংদুনা লৈবনি। Soul Conscious তা লৈরবদি পুন্যগী অফবা থবক তৌনিংবগী ব্রাখল লাকই। Soul Conscious তা লৈনবা লাক্লবা অসিবু "যোগভ্যাস" হায়না খঙনৈ। মসিবু আত্মাগী মওংদা লৈবা হায়বদি আত্মা শ্বরুপ স্ত্রিতি তা লৈনবা লাক্লবা হায়নসু খঙনৈ।

অখঙ অহৈশিংনা তাকপী মদুদি ত্যাগ হায়বদি থাদোকপদগী ভাগ্য হায়বদি াইবক লাকই, কর্ম্মদগী হায়বদগী থবক্তগী লাইবক লাক্তে। অদুবু অমং ামদা খল্লগদি ত্যাগসু কর্ম্মনি মরম অদুনা ত্যাগীগী ব্রাখলগা লোইননা তৌখিবা থবক অদু লাইবক ওইনা থোরকই হায়বসু য়াই। খ্বাইদগী চাউবা ত্যাগ তি হকচাংগী নাপল থাদোকপনি, মসিমক খ্বাইদগী বাংবা অরুবা অমনি। থাদোকপগী অব্রাবা খাঙলিবা অসিবু তপস্যা হায়না খঙনৈ। ত্যাগকা তপস্যাগা মরী লৈনৈ। ত্যাগ অমদি তপস্যা অনী লোইনরকপা ওল্লবা মতমদা সেবাগী লম্বেলদা লাক্কনি। অনী অসি য়াওদনা সেবা তৌরিবা সোসিয়েল ব্রার্করশিংগী সেবাদি মহৈ য়ানবা সেবা নত্তে। সেবা হায়বসি অতোপ্পগী পুন্সিদা নুংঙাইবা ফংহনবা অদুনি, ঐগী নুংঙাইনবা অদু নত্তে।

অশেংবা লৈবাক্কী, সমাজগী সেবা তৌবা তারবদি ত্যাগ, তপস্যা, সেবা অহুম অসি করিনো খঙবা চংই। নৎত্রবদি সেবাদা চোংশিল্লুবা মতমদা মায়থিদুনা তোক্কনি। □

# আধ্যাত্মিক্কী য়াওল

## (The Spiritual Revolution)



হৌজিক পাকিস্থান্দা লৈরুবা সিন্ধগী মনুংদা লৈবা হায়দ্রবাদ কৌবা মফমদা ইং শক ১৯৩৭ দা তোপ তোপ্পা ময়ামগা খেন্নবা স্প্রিচুয়াল ইন্সটিট্যু‌শন অমগী য়ুম্ফম থোনখি। য়ুম্ফম থোনখিবা মীশক অদুদি হিরা-মুক্তা লল্লোনবা মীয়াম্না মশক খঙনরবা নুপা অমনি। মমিংনা লেখরাজ কৌই, ময়াম্না নুংশিবিদুনা 'দাদা' হায়নসু কৌবি। দাদাগী অর্থদি ইয়াম্বা হায়বনি।

লেখবাজ ইং শক ১৮৭৬ তা অপীকপা খুঙ্গং অমদা পোকখি। মহাক্কী অপোকপদু লম অদুগী স্কুল অমগী হেড মাষ্টর ওইরম্মী। ইচম চম্বা পুন্সি ওইনা হৌরকখিনি অদুবু, মতুংদদি মমিং চৎপা হিরা মুক্তা লল্লোনবা অমা ওইখি। মহাক্কী মপুকচেল শেংবা শাজৎনা মহাক্কী কারবারদা মহৈ য়ানবা ওইহনখি। ভারতকী মমিং চৎলবা নিংথৌ কয়াগা ফম্নাইবা কয়াগা তিন্নবা ফংখি। শেল পায়বা ইনাকখুনবা ওইরবসু মহাক্না তোল্ল তারবা মীওইশিংবুদি হন্থনা খক য়েংখিদে, মখোয়বু মতম চুপ্পদা মতেং পাংনবা শেম শাদুনা লৈখি। মহাক মীওইববু নুংশিবা Philanthropist অমনি।

মশাগী চহী ৬০ শুরকপা অদুৱাইদা মহাক্না আত্মাগী অমদি ঈশ্বরগী মরমদা পুক্কিং কন্না থিংজিনবা হৌরকখি। মহৌশানা হিন্দুগী চৎনবিদা চহী

৬৫ ওইরক্লবদি পুন্সি অসিদা থাদোকপগী সন্যাসকী ওইবা ব্রাখল চেন্নরকই। নোংমদি মহাক্কী নুপীগা লোয়ননা বানারসকী সহর য়েংবা চৎখি। মহাক্লা মহাক্কী নোংমগী পুন্সি অসি মেডিটেসন অমদি ভগবদ গীতা পাবনা হৌই। সহর অসিদা লৈরিঙৈদা, নোংমদি মেডিটেসন তৌরিঙৈদা, অঙকপা vision খরা মথং মথং উরকপা হৌরকখি।

মহাক্কী অহানবা vision দা পৃথিবী অসিদা প্রকৃতিগী খুদোংথিবা কয়া লাকপা উখি, সিভিল ব্রাবশিং অমদি কল্ল-কল্লবা শক্তি লৈরবা নিযুক্তিশিংগী খুৎলাইশিংনা পৃথিবী অসিবু পুমতুম তুমহনখিবা উখি। মহাক অকীবনা থুরুৎখি। vision অসিগী হেক মতুংদা অঙকপা vision অমসু উখি, অসুম্না উখি মদুদি পৃথিবী অসিদগী অঃ য়াশিংনা জগত অসিগী ব্রাংমদা মঙালগী ওইবা সংসার অমদা পায়খৎখি। মফম অদুদগী অমুক আত্মা কয়ানা পৃথিবী অসিদা অপীকপা থরাম্নিচাক্কুম্না পায়থরকখি। মতম অদু মপুং ফারবা শান্তিনা, নুংঙাইবনা অমদি অশেংবনা (পবিত্র) থল্লবা সংসার অমা ওইখি। হিংসা হায়বদু মশক উবা ফংখিদে। হৌজিক ওইরিবা হিংসানা থল্লবা সংসার অসিনা মতৌ করম্না অসিগুম্বা অইংবা সংসার অমা করম্না ওল্লক্কদৌরিবনো খনবদা মহাক পুমঙক ঙক্লম্মী।

মথংদা vision অমসু লাকখি, কোয়রপ কোয়বা মঙালগী মওংনি, মদু হেক উরুবদা মহাক ব্রাখল অমদা পুমতাও তাওখি। জ্ঞান তারকপা মতমদা মহাক্লা মচিন্দা শোল্লকখি, "মহাক্ক কনানো? কয়াদা ঙানখিবা, কয়াদা শক্তি লৈখিবা?" খোঞ্জেল অমনা পাউখুম পীবকখি "নহাক অসিগুম্বা সংসাব অমা শেমগদবনি।" মসিগী মতুংদা vision অমসু উৎখি, মখুৎ মবি পানবা বিষ্ণুগী মুর্ত্তিনি। মহাক্লা হায়বকখি "ঐহাকসি নহাক্লি।" vision মথাম অসিনা দাদাগী পুক্লিংবু পুম্নিক নিকহনখি অমদি ওম্থোকখি। মহাক্লা মহাক্কী গুরুদা তমজখি, অদুবু গুরুদুদি মদুগী মবমদা করিমতা খঙলমদে।

vision শিং অদুনা পীবকপা ইহলনা মহাক্লা মহাক্কী কারবার পুম্ন মক থুপচিনখি অমদি স্পিরচ্যুলগী লম্বেলদা খোঙদাবা হৌখি। নুপা-নুপী, জাৎ-বিজাৎ খাযদনা মহাক্লা মহাক্কী য়ুমদা স্পিরচ্যুল মিটিং হৌখি।

মফম অদুদা "ওম" গী মন্ত্রবু শোনখি অদুগা ভগবদ গীতাবু নৈনখি। মহাক্না গীতাবু নুমিৎ খুদিংগী পাজখি, নোংমগী অনৌ অনৌবা ৱাখল থোরকখি। মমাগী অমৃত থক্লগা মচানা নোংমা নোংমগী চাওখৎচরকপগুম গীতা মাতানা লেখরাজগী জ্ঞানবু মপুং ফাহল্লকখি।মহাক্না পূজাগী মহুত্তা পবিত্র (অশেংবা) না মহুৎ শিন্নবা লাক্লখি। পবিত্রদগী পুন্য চেনবা ওইবা ঙম্মী হায়বসি মহাক্না কন্না উৎনৰ্ম লাক্লরম্মী। মহাক্কী মনাক্তা লাকপা খুদিংমক্লা মহাক্কী vision অ... experience (অনুভব) শিং অদুগা মান্ননা ফংনখি। মরম অদুনা মহাক্কী মনাক্তা তিল্লবা অপীকপা কম্যুনিটি অদুনা নো...মা নোংমগী মপুং মরৈ ফানা চাউখৎচরকখি। ভারতদি অসিগুম্ব মখলগী সতসঙ্গ অসিদা নুপীশিং য়াওনরমদে। নুপীবু গীতা পাহল্লমদে, ওম শোলহল্লমদে। নুপীবু মখা থাবা অতোনবা অমা ওইনা লৌনরম্মী অমদি মরুওইনা সন;...সিশিংনা নুপীবু "নরক্কী থোংনি" হায়না লৌনরম্মী। নুপাশিং... মাগী মাগী নুপীগী ঈশ্বরনি হায়না খলহল্লম্মী। নুপীশিংগী অৱাববু লেখরাজনা মুন্না খঙখি, মখোয়বু অৱাংবা থাক্তা থাঙ্গৎনবা লাক্লখি। মরম অসিদগী নহা-অহল খাক্তনা নুপীশিংনা মহাক্কী মনাক্তা তিল্লখি।

দাদানা করি থোক্লক্কদৌরিবনো খঙখিদে। সতসঙ্গ অদুদা তিল্লকপা মীগী মশিং অসুম অসুম হেনগৎলকপদগী অতোপ্পা মফম অমদা ওল্লকপা তারকখি। মহাক্কী কাঙবু অদুনা মশিং য়ামখৎলকপগী মতিক মহাকপু য়াদবা মীগী মশিংসু হেনগৎলকখি। মহাকপু য়াদবা মীগী মশিং হেনগৎলকপগী মরম অমদি মহাক্কী সতসঙ্গদা য়াওরুবা তারবদি ব্রহ্মচার্য্য, Chastity ঙাকপা তারকখি। দাদাবু য়াদবা কাঙলুপ্পা দাদাগী ময়ুম মৈ থাদোকপীখি, হাৎননবসু হোৎনরকখি। মখোয়না ফন্না হোৎনরবসু দাদাগী থবক্তি লেপহনবা ঙমখিদে। সরকারদা মহাক্কী মথক্তা ৱাকৎখি। ৱাকৎ অদুগী মতুংইন্না দাদাগী পাঙথোক্লিবা থবক্কী মরমদা থিগৎপা হৌবকখি। থিগৎলুবা মতমদদি দাদানা পাঙথোক্লিবা থবক অসিদি হৌজিক্কী মতমদা সমাজ খুদিংনা পাঙথোক্কদবা থৌদাং ঙাক্তা ওইনা থেংনখি। মঙোন্দা মরাল পীবা ঙমখিদ্রে। অদুবু, ময়াম্ন া য়াদবা হেনবানিনা য়াওনিংবা মী মখৈ খল্লগা কারাচী তান্না চৎখি। মতমদুদা

নুপা, নুপী, অঙাং পুম্নগা মী ৩৫০ গী আশ্রমগী মওংদা কম্যুনিটি অমা লিংখৎখি। মফমদুদা জ্ঞানবু কুপ্না নৈনখি লোয়ননা স্পিপ্রচ্যুল যোগাগী তপস্যা তৌহনখি।

দাদাগী মনাক্তা হেক চংলুবা খুদিংমক তুমিন্না লৈনিংবগী অমদি হকচাং অসি কাওথোকপগী অনুভব অমা হেক হেক ফাওরম্মী। মসিসু অঙকপা অমা ওইনরম্মী। নহা ওইরিবী লৈশাবী, মগুণ কয়ানা তিল্লবী অমখক দাদাগী মনাক্তা লাকখি। দাদানা আশ্রমগী থবক খুদিংমক মঙোম্দা শিন্নখি। নৌজরবসু দাদানা মঙোম্দা "মমা" হায়না কৌখি। মদুদগী ময়াম্না মাবু মমা হায়না অদুম কৌনম্রে। মফম অদুদা ঈশৈ, শান্নবা, ধ্যান তৌবা লোইনা তম্বিখি। অঙকপা থৌদোক অমমুক থোবকখি। ঈশ্বর শিবন নুপীমচা অদুগী হকচাংদা তোংলখি অদুগা দাদাদা হায়রকখি "থোরক্কদৌরিবা অসি নহাক খঙলব্রা?" দাদানা মহাক্তি খঙদে হায়রকখি। শিব বাবানা পুং ৫ চুপ্না দাদাদা ব্যাখা তৌদুনা তাকখি। বাধানা শিবা কনানো, করিগীদমক মহাক্না থবক অসি পাঙথোক্লিবনো, থবক অসিদা দাদানা শরুক য়াগদবা অসি করিনো। পাঙথোক্কদৌরিবা থবক অসিমক্তি অনৌবা সংসার অমা শেমগৎপনি। দাদাগী মমিং প্রজাপিতা ব্রহ্মা থোনখি অদুগা নুপীমচা অদুগী মমিংনা জগদম্বা সরস্বতি হায়না শিবনা থোনখি। শিবনা জ্ঞান অমদি রাজ যোগগী পাম্বৈনা মীওইববু অরাংবা থাক্তা থাঙ্গৎলু হায়না ব্রহ্মা বাবাদা শম্দোক্না জ্ঞান তাক্কুনা খঙহনখি। লিরবা যোগগী মওং অদুদা ব্রহ্মা বাবাগী মফমদা মিকপ থোকহনখি। নুমিৎ অদুগী মতুংদগীদি শিবা বাবানা ব্রহ্মা বাবাগী হকচাংদা নুমিৎ খুদিংগী লাক্কুনা জ্ঞান রত্ন পীবা হৌরকখি। জ্ঞান অসিগী মমিং "মুরলি" নৎত্রগা "বাসি" হায়না কৌনৈ । ব্রহ্মা বাবানা মুরলি অসি খোংদুনা তাহন্দুনা মী পুম্নমক পুন্যগী ওইবা পুন্সি ফংহনখি। অসুম্না মীযামদা তাহনবা বাবাগী বাসিনা ইং শক ১৯৬৯ দা লেপখি।

শক ১৯৬৯ গী জানুৱারি তাং ১৮ দা ব্রহ্মা বাবানা কর্মাতিতগী থাক ফংখি। কর্মাতীত হায়বদি কর্মগী লমজ শিংবা লোযশিল্লম্লবা, মপুং ফাগ্রবা, পর্ফেক্ট ওইখ্রবা হাযবনি। অসুম্না কর্মগী লমন শিংদোক্লম্লগা হকচাং থাদোকখি। মহাক্কী আত্মানা subtle world অমদা লৈদুনা শিব বাবাগী

খুৎলায় অদুম ওইদুনা অনৌবা সংসার অমা শেম্বগী. থবক চথদুনা লৈরি শক ১৯৬৯ দগীনা শিব বাবা অমদি ব্রহ্মা বাবা অনীনা "বাপদাদা" ওইন মরক মরক্তা পৃথিবী অসিদা কুমথরক্লুনা মচাশিংবু লমতাকপীবা লাকই 'বাপদাদা" গী অর্থদি বাপ হায়বনি মপা, অদুগা দাদা হায়বনা ইয়াম্ব হায়বনি। শক ১৯৩৭ তগী ব্রহ্মা বাবাগা লোয়নরকপা বহন অমদ হৌজিকসু জগতকী অরোনবা কয়া পীরকপগী থবক চথরি।

শিব বাবাবু মশক তাক্লিবা, শিবনা পামজবা অনৌবা সংসার অমা শেম্বদা মতেং পাংলিবা ব্রহ্মা বাবানা লিংখৎলম্বা সংস্থান অদুগী মমিং প্রজাপিতা ব্রহ্মাকুমারিজ ঈশ্বরিয়া বিশ্ববিদ্যালয় হায়না পৃথিবীদা মশক খঙনরি। ☐

# মণিপুর কায়হনগুমসি



ইতিহাসকা রাজনীতিগা মরী য়াম্না লৈনৈ। অমরোমদা থল্লগদি ইতিহাসকী লামায়শিং অসি রাজনীতিদগী থোক্লকখিবা ৱারীনা অয়াম্বনি। রাজনীতি লৈবাক্কী শাসন পায়নবা থৌরাং অমনি। শাসন পায়শে হায়রবদি শক্তি চংই। রাজনীতিনা শক্তি পায়নবা লাক্লবদা লৈবাক অদুগী ইতিহাস, কলচর, ধর্ম্ম, শেল অমদি সিফাইগী মতেং লৌঃকই।

খুদম ওইনা পল্লবদা ভারতা কংগ্রেসনা মপুং ওইনা লৈবাক ঙাক্লম্মী। অতোপ্পা পার্টি কয়ানা কংগ্রেসপু ইস্তুনবা লাক্লখি। কংগ্রেসকী কল্লবা পার্টি লিডর কয়ানা মায়োক্লনবা লাক্লখি। ২০শুবা শতাব্দিগী লোয়রমদাইদদি বি জে পি কৌবা রাজনীতি পার্টি অমা হৌগৎলকখি। হায়রিবা পার্টি অসিনা ভারতকী ইতিহাস, কলচর অমদি ধর্ম্মবু খোমজিল্লগা ভারতকী মশক তাক্লবা লাক্লরকখি। অহুম অসিদা তোংলগা রথ যাত্রানচিংবা কয়া পাঙথোক্লুনা প্রজাশিংগী পুক্লিং চাউনা চিংশিনখি। হিন্দুশিংগী থম্মোয়বু রাম জন্ম ভুমিগী ৱাহৌদা খোয়শাওনবা পোকহন্দুনা হিন্দুশিংগী শক্তি শাগৎপদা মহে য়ানখি। মদুগী ফলনা মতমদুগী নই দিল্লিগী সরকারবু ইস্তুখি।

রসিয়ানা শেল-থুমগী চাওখৎপগী ঈহৌনা প্রজাগী মাঙদা থল্লগা মরু ওইবা প্রোগ্রাম লৌখৎলকখি। মতম অমদা কম্যুনিজমগী শক্তিনা রসিয়াগী

কল্লবা শক্তি ওইরম্মী। অদুগা অমরোমদা অমেরিকানা দোল্লার অমদি আর্মিগী শক্তি পায়রগা পৃথিবীদা অচৌবা অকনবা রাজনীতি শান্নখি। পৃথিবীগী কাচিন কোয়া পুম্নমক্তা অমেরিকাগী শক্তিবু থিংবা ঙমদনা শং দাকখি। শম্মা হায়রবদা অমেরিকাবু ৱার্ল্ড পুলিস হায়রগা খঙনরি।

মণিপুরদশু হৌজিক নাৎকী, লোলগী ৱাখল্লোল প্রজা মরক্তা মীকপ থোক্লবা লাক্লরি। ৱাখল্লোল অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা লৈবাক্কী শক্তি পায়বদা খুদোংচানবা মীওই কয়া হোৎনবগী মমি কয়াসু উবা ফংলি। হোৎনফমসু থোকই রাজনীতিগী শক্তি পায়গে হায়রবদি পৃথিবী অসিদা megalo-mania ওইবা রাজনীতিৱালা কয়া পোকখি, লৈবাক্কী মকোক ওইবসু ঙমখি। মখোয়গী মনুংদা হিটলর, ইদি আমিন মীশ মশিংথানরি। অনৌবা যুগ অসিদনা সাদাম হুসেন, বিন লাদেনগী মমিংসু পল্লরি। চাইনিজ প্রোভার্বতা হায়রি মদুদি লুচিংবা অমনা ফাওগৎলকপদা লৈবাক অদুগী প্রজাশিংনা অৱাবা নংই, মহাক্পু ফওগৎনবা লাক্লবদা ইমুনাইমু তানৈ। মাওসে তুংনা ফাওগৎলকপদা, মহাক্না লৈবাক্কী মকোক ওইরক্লবা মতমদা ৱাহৈ অসি শিজিন্নহনখিদে হায়নরি।

প্রোভার্ব অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা নৈনদুনা য়েংবা মতমদা নাগাগী লুচিংবশিং ফিজো, মুইভাবু খন্নবা য়াই। মখোয়না ফাওগৎনবা নৎত্রগা ফাওহন্নবা লাক্লবদা নাগা কয়াগী, মীচম কয়াগী থৱায় মাঙনখ্রবনি। Global thinking local acting হায়বা য়ু এনগী স্লোগানবু কাওথোক্তুনা নাগা ঙাক্তুনা পুনশিন্দুনা তাজরগে, লৈঙাক শাসন তৌজরগে হায়বা ৱাখল্লোল অমা পুথোরক্তুনা নাগা কয়াগী পুক্নিং চিংশিন্নবা লাক্লরি। চুম্মি, মণিপুরদা মৈতৈনা মশিং য়াম্মী। মশিং য়াম্বগী মতিক দায়ত্বসু চাওই। মৈতৈনা মপাঙ্গল লৈনা হিংবদগী চীংগী ইচিল ইনাওশিং অমনা অমবু তুহৎনবা ঙমদনা হিংলকখিবনি। মখোয়না খৎনরকপা মতমদা মৈতৈ নিংথৌনা চৎ-চত্তুনা ৱায়েন্দুনা তেমশল্লুবনি। নিংথৌগী ৱায়েন বিচারদা পেনজদুনা চীংগী নিংথৌ খুল্লকপশিংনা মৈতৈ নিংথৌদা লোয়পোৎ কাদুনা ময়ামগী লুচিংবা ওইবা অমগী ইজ্জৎ অদু পীখিবা ঙাক্তনি। মতম শাংনা চীংগী খুলদা চত্তবা মতমদা

মখোয়বু কাওবিগ্রে হায়বগী নুংঙাইতবা ফাওজখিবনি। অসিগুম্বা পোজেটিব ওইবা ভেল্যু কয়া কাওখ্রে। লম্মল খুম্নিংবগী, hatred কী, হিংসাগী ব্রাখলনা নাগাশিংগী থম্মোয়দা হুমখ্রমাল্লে।

চহী তরেৎ খুন্তাকপা মতমদা অব্রাগী মখুত্তা মৈতৈনা কয়াদা ব্রাখিবা। মৈতৈ কয়া য়াইরিনা মখুবাক্তা লেং লেংদুনা অব্রাগী লৈবাক তম্মা পুখিবা। হৌজিক ফাওবা মরৈবাক্তা হল্লকপা ঙমদনা খুন্দাদুনা লৈখ্রে। অদুবু, মৈতৈনা মরিল লৈবা জাতি অমা ওইবনা অব্রাবু মায়থিবা পীদুনা মণিপুরদগী তাম্থোকখিবনি। মতম শাংনা অব্রাশিংনা লৈরম্বা তারবদি মৈতৈদা নত্তে, তাংখুলশিংসু লৈফম ফংঙমদবা য়াই। অব্রাগী শাফু অসি আসাম ফাওবা য়ৌখিবনি। মৈতৈশিংগী মখৌনা য়েংলগা বৃটিশনা মৈতৈ নুপাশিংদা 'সিংহ' হায়বা টাইটল পীদুনা ইকাই খুম্নখি হায়দুনা অহল লম্মনশিংনা তাকপীরম্মী। মতম অদুদা বৃটিশনা পীবা টাইটল অসি মমল য়াম্নরম্মী, ব্যবহার ফংলম্মী। চীংগী নিংথৌশিংদা ফিঙাং ইলহন্দুনা, ফিঙাং কুপ্পিবগা মখোয়দা ব্যবহার থন্নম্মী। মতমদুদা নিংথৌশিংনা পেঙ্গখি। অদুবু, মতমদি, মতমনি। অদুগুম্বা ইজ্জৎ অদু ইকাইবা পীবনি হায়না খনবা, তাকপীবা য়াওরক্লে। বৃটিশনা পীরম্বা 'সিংহ' গী টাইটল অদু শিজিন্নফম খণ্ডনা লাকখি। শুপুগী চুরাচান্দ মহারাজগী মতমদা নোংচুপলোমগী শিক্ষাগী মমি মণিপুরদা তারক্রবা মতমদা ছাত্র খুদিংগী মমিংগী মমৈদা 'সিংহ' তাখি, অদুগা ছাত্রীশিংগী মমিংগী মমৈদনা দেবী তাহনখি হায়না অহল লমনশিংনা ব্রারী তাকপীরি। টাইটল ঙাক্না চৎপা ঙল্লিঙৈ মতমদদি সিংহ হায়বসি অরেম্বা ফজবনি খন্নরম্মী। 'সিংহ' গী অর্থসি নোংশাগুম্না থৌনা ফবা হায়বনি, কৈগুম্বা নত্তে। থৌনা অসি হল্পরকপা মতমদদি 'সিংহ' নোংশাকা হায়বসি করেম্না বা মাল্লক্লে। জাতি অমগী লোলনা চঙশিল্লক্নুনা জাতি অমগী মনাক্তা অশোকপা অমা ওইরে হায়না ওন্ন-তৈনবা অমগী ব্রাখলদা অমুক লাক্লে। মরম অদুনা মৈতৈশিংগী মিংগী মমৈদা সিংহ হাপ্পা লৌথোক্লবা হৌরক্লে।

খৃষ্টান হায়বসি নোংচুপলোমগী ধর্ম্ম ওইনা লৌনরি। বৃটিশ, রোমাল, জর্ম্মন, অমেরিকা, ফ্রেন্স অসিনচিংবা কয়ানা য়াম্না পাম্না ধর্ম্ম অসি চ্চরি। ধর্ম্ম অসিমক্তি ইউরোপকী নত্তে, অমেরিকাগী নত্তে, মিদল ইষ্টতগী লাকখিবা

ধর্ম্মনি। ব্রাখল্লোন অসিদা য়েংলবদি মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম চংপা থোইনা ইকাইনিংঙাই লৈতে হায়না মত ফোঙদোকপীবসু য়াওরি। হিন্দু ধর্ম্ম চংলুবা মৈতৌশিংদা ইকাইবা পীবা তারবদি পৃথিবীগী জাতি অতৈমুসু ইকাইবা পীবা ওইনা থোক্লোইদ্রা?

মীওইবগী আউটলুক্তা ত্রেদিল্লেল ওইবা পান্নবসু পুক্নিংদি মোদর্ন ওই, চেঞ্জ পাম্মী। হিটলরগী মতমদা জর্ম্মনা প্যুরিফিকেসন ওফ ব্লড, ঈ শেংদোকপা হায়বা ব্রাখল্লোন অমা পুথোরকখি। পৃথিবী অসিগী জাতি পুম্নমক্কী ঈগী মকোক অসি আর্য্যনি। জর্ম্মন আর্য্য অশেংবনি, জর্ম্মন্না অশেংবা ঈ ওইরবা মতমদতা পৃথিবী অসি অন্নাংবা থাক্তা চাওখৎলক্কনি হায়না খল্লম্মী। মরম অসিদগী জর্ম্মন ফিলোজোফরশিংনা জর্ম্মনগী নুপীশিংনা অশেংবা জর্ম্মন মচা পোক্কদবনি হায়না লাউরম্মী। জর্ম্মন্না অথোইবা আর্য্যনি ভারতকী আর্য্যদি হন্থবা থাক্কীনি হায়না হিটলরনা মহাক্কী লাইরিক্তা ইরম্মী। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মতমদা নেতাজি সুভাস চন্দ্র বোসনা ভারতকী মনিংতম্বগী লানফমদা খুংলায়না লাল শোক্লবগী ব্রারেপ লৌখি। মরম অদুনা হিটলরগী মতেং লৌনবা হোংনখি। অদুবু হিটলরনা মহাক্কী লাইরিক্তা তাখিবা মুক ভারত্তি হন্থবা আর্য্যনি হায়বা ব্রাহৈশিং অসি ভারতবাসিগী থম্মোয়দা নিংহন্নবা পোকখি। মদুগীদমক নেতাজিনা ব্রাহৈদু খরা হোংদোকপীয়ু হায়না হিটলরদা চিঠি থাখি। অদুবু হিটলরদি ইথোকখিবা ব্রাহৈ কৈদৌঙেদসু ওন্দে হায়রকপদগী নেতাজিনা হায়জবা তোকখি হায়না খবর কয়াদা ইদুনা ফোঙনখি।

মৈতৈশু প্যুরিফিকেসন ওফ ব্লদ কী নমুনা অসিগুম্না চত্থখি, অমাং অশেং কয়াগী থৌরম্না চীংমীশিংবু মাংই হায়না খন্নীরম্মী। মৈতৈনা য়াম্না পামজনা হিন্দুধর্ম্মবু থাগোম্নজখি। হিন্দুদি পোকপদগী ওইগদবনি ওনবা য়াদে হায়নৈ। মৈতৈদি পোকপদগী হিন্দু ওইরক্তে, করম্না ওনখি? তির্থ কয়াদা মৈতৈবু হিন্দুনি হায়বা তাক্লবা লাক্লরম্মী। পণ্ডিত কয়ানা আর্জুনগী ব্রারী পুশিল্লক্কুনা মহাভারতকী ব্রারীগা শম্নহল্লগা অর্জ্জনুগী ঈনি, মহাক্কী শাগৈনি হায়না তাক্লবা মতমদা নিংথৌশিংনা নবদ্বিপ, বৃন্দাবন্দা য়াম্না ব্রানা লম কনবিদুনা মৈতৈসু হিন্দুনি হায়না শক্তাকখি। প্যুরিফিকেসন

ওফ ব্রদ, ঈ শেংদোকপা হায়বসি জাতি অসিগী মথৌ ওইরম্মী। মৈতৈদু মদুগী থোঙথাংদা য়াওরুবনা চীংমীশিংনা য়াম্না শাওখিবনি হায়নরি। অদুবু, মদুপু স্বা ইতিহাস ওনখ্রে , museum গী মওং ওইখ্রে, কাওথোকপগী মতম ওইরে। লম্মল খুম্নিংবগী ব্রাখলন৷ ... চে ... শা জাতিনা কন্না খুমাং চাওশিনবা ঙমদে হায়না অথ % অহৈ কয়ানা লাউরিবনি।

গনতন্ত্র চংপা লমদা খুংলায় পায়বগী লালহৌনা মায় পাকপা ঙমদে হায়বসি পোলিটিকেল সোসিয়েলিষ্টশিংনা ইরি। মদুগী ব্রাফম্ব পরিক্ষাগী ... হং ওইনা হংনরি। মিংজোরায়া শাক্কিনি। মুইভাসু অদু মঙাই। গান্ধিবু য়ারমদবা, গান্ধিগী মায়োক্তা ঙাংলম্বা কয়া নাগাশিংনা তারম্বা য়াই। অদুবু নিউ দিল্লিদা লাক্লুনা গান্ধিগী মোংফমদা লৈ কংখি।

মণিপুর অরিবা লমনি, চীংমী তম্মীগী মনিংতম্না হিংজরম্বা মফমনি। অতোপ্পা লগনা ইনশিন্দুনা, মণিপুরগী অচেংবা ফিভমদা খুদোংচবা লৌদুনা মচেং তানবা হোংনরকপদা মৈতৈশিংনা হরাওফম থোক্তে। নিংথৌ পাল্লিঙৈ মনিংতম্বা লৈবাক অমা ওইরিঙৈ মতমদু ওইরম্রবদি ইতিহাসকী মরু ওইবা তাংকক ওইরম্বা য়াই। পুন্নমক কাউথোক্লগা মণিপুর কায়হনগুমসি। □

# মশাগী নীংতমজবা

## (স্বরাজ্য অধিকারি)



হায়নবা লৈ মদুদি মশানা মশাগী মপু ওইজবা ঙমদ্রবদি ... নিং ... স্বসু ফংজদে। সমাজ ... সমাজ অদুদা লৈরিবা মী খুদি ... মনিংতম্না হিংনিংই; মনিংতমজবা কাওবুতনা মখোয়গী মংলান অদু মংফাওনা ... ঙম্মী। মনিংতম্বা লৈবাক অমা হায়বদু করিনো? নত্রগা, মনিংতম্বা মীওই অমা হায়বদু করিনো? মনিংতম্বা হায়বসি করিনো তাকপদা অরুবা অমনি।

মনিংতম্বা হায়বসি মরুওইনা মানা মানা পাম্বা খঙবা ঙম্বগী মতাংদনি। মী অমগী মশক তাকপাগী অধিকার অদুবুনি। অপাম্বা খঙবা য়াদ্রবা পুন্সি অদু অধিকার লৈত্রবা পুন্সিনি। অদুগুম্বা পুন্সি অদুদি মীওইবনা পাম্নদে। মনিংতম্বা হায়বসি মীওইবা পুন্সিগী লেনবা নুংঙাইনবা শিদ হিদাক্নি।

মফম অসিদা মশাগী নিংতমজবা হায়বনা তাকপদি Self Sovereignty হায়বনি। লৈবাক কয়া লৈবা মফমদা নিংথৌ কয়া পাল্লি, নিংথৌশিং অদুগী মথক্তা নিংথৌরেল হায়দুনা অমসু লৈ। নিংথৌরেল ওইবগী থবক অদুবু sovereign ওইবা হায়না খঙনৈ। নিংথৌরেল অমগী মখাদা নিংথৌ কয়ানা মাগী মাগী প্রজাশিং অদুবু ঙাকশেল্লি।

Human being হায়বসিদা ৱাহে অনী য়াওরি 'human' হায়বা অমা অদুগা 'being' হায়বা অমা। মতৌ অসুম্না মৈতৈলোন্দগী মীওইবা হায়বা ৱাহৈ অসি অনী থোক্লা থুগায়বা য়াই 'মী' হায়বা অমা 'ওইবা' হায়বা অমা। মী হায়বসিনা human নি, ওইবা হায়বসিনা 'being' নি। মীগী হকচাং অসিদি মথৱায় য়াওদবা ইলিমেন্ট মঙা (পঞ্চভূত) না শাই হায়নরি। ব্রেন য়াওনা মীওইবগী হকচাং কয়াৎ পুম্নমক অসিদি মথৱায় পান্দবনি। মখোয়দি খুৎলাইনি। পঞ্চ ভূত অসি নত্তবা ওইবা (being) কৌবা জ্ঞানগা লোয়নবা অমা য়াওরি। মদুনি থৱায় (আত্মা) হায়নরিবা অসি। হকচাং অসি মহাক্কী খুৎলায়নি। খুৎলাই অসিগী পাম্বৈনা থৱায়না ৱাখল, ৱাঙাং অমদি থবকপু ফোংদোকই। মহাক্না ফোংদোক্লুবা অদুগী মহৈ অদু অনুভব তৌই, এক্সপরিয়েন্স তৌই। এক্সপ্রেসন অমসুং এক্সপরিয়েন্স অনী অসি থৱায়না হকচাংগী পাম্বৈ লৌরগা শান্নৈ।

কনাগুম্বা অমনা থাংনা থিন্দুনা মী হাৎলুবা মতমদা থাং অদুদি করিমত্তা খঙজদে, ঈশিংনা চামথোক্লবা মতমদা পক্লম্বা ঈ অদু কোকখিদুনা হান্নগী থাংগী থাং অদুম ওইদুনা লৈ। মতৌ অসিগুম্না কনাগুম্বা অমনা ফত্তবা পাপ নৎত্রগা অফবা পুন্যগী থবক অমা তৌরুবা মতমদা খুৎলাই ওইরুরিবা হকচাংগী শরুক খুৎ, খোঙ, মীৎ, নাকোংনা মদুগী দায় পুদে। অফ-ফত্ত মখোয়দি খঙদে। অফবা তৌরুবগী নুংঙাইবা ফত্তবা তৌরুবগী অনুতাপ অদুদি থৱায়না ফংই। অফ-ফত্তগী দায় থৱায়না লৌজে।

ঐখোয়না ঈশ্বরবু লাই হায়নসু খঙনৈ। থৱায় অসিসু লাইগী শরুক্কি হায়না লৌনৈ। মীওইবগী হকচাংদা লাইবক কৌবা শরুক অমা লৈ; মায়গী মথক থংবা শরুক অমনি। মায়গী ময়াই মথক থংবা পিশুম অনীগী কারক মপাদা থৱায়গী লৈফম্নি তাক্নি। মরম অদুমক্না লাইবক হায়না হায়নখিবা ওইরম্বা য়াই। লাইবক হায়বা ৱাহৈ অমা শিজিন্নদুনা থৱায়গী লৈফম তাকপীরন্নিবা লাই-গুরুশিং অদু কয়াদা খঙ হৈখ্রবা মীশিংনো। পিশুম অনীগী কারক, লাইবক্কী শরুক অসিদা ঐ (থৱায়)গী লৈফম্নি। হকচাং কয়াৎ কয়াবু শাসন তৌরিবা ঐগী সিংহাসননি। মফম অসিবু অতোপ্পা লোল অমদা 'অকাল তক্ত' হায়নসু খঙনরি। হকচাংগী ইন্দ্রিশিং অসিদি ইলিমেন্টশিংনা শাবনি।

অমরোমদা মেটরনি, এটোমশিংনা শাবনি। এটোম হায়বসি ইনর্জিগী হৌরকফম্মি হায়নরি। ইনর্জিগী ব্রেভ পেতর্ন অমদি ভইব্রেসনগী মতুংইমা ইন্দ্রিশিং অসিনা আম্বাদা উবগী, তাবগী, মহাও তংবগী, মনম নম্বগী অসিনচিংবা কয়াগী মওংবু খঙহল্লি। অখঙবা অসি য়াওদ্রবদি মিৎনা পিখিবা, নাকোংনা পিখিবা পাউ অদু লৌবিনবা যাওদনা মীওইবনা করিমত্তা খঙদনা লৈগনি। এটোম অমসুং আত্মা অনীনা পুম্না হার্মোনি ওইরবা মতমদা মরা তপা পানবা লৈবাক্লুম মীওইবনা পানবা ঙমগনি।

ঐ (থরায়) গী শক্তি অহুম লৈ, পুক্লিং, বুদ্ধি, সংস্কার। পুক্লিংনা লৈবাক (সম্রাজ্য) নি, বুদ্ধিনা নিংথৌরেলনি। অদুগা সংস্কারশিংনা প্রজানি। সংস্কার হায়বসি করিসু নত্তে, থরায়না তৌজখিবা থবক্কী মমিশিং অদুনি। মমিশিং অদুগী রেকোর্ড তৌফম, ফল থম্ফম অদু সংস্কার হায়না খঙনৈ। সংস্কার অসি ঐগী লমচৎ শাজৎ ওইনা মপান্দা উথোরকই। মসিবু পার্সনেলিটি হায়নসু খঙনৈ। প্রজা ওইরিবা সংস্কারশিংবু লাকপা ঙমদ্রবা মতমদা মদুদা পাম্লিবা নিংথৌ অদু লোই থাই। প্রজাশিং অদুগী মরক্তা অনৈবনা ময়াইদা অরুবনা মতাইদা চেল্লবা মতমদা ইরাং থোরকই, dis-harmony, disorder অমসুং Chaos হায়বসি ওইরকই। অকীবা, অরাবা, হিংসা অসিনচিংবা কয়াগী এটমোসফিয়র ওইরকই। মতম অদুদা body-consciousness গী চাংনা হেনখিদুনা কাম, নাপল, অশাওবা, শুমহৎপা অমদি মিহৌবনা খুদুম চনশিনখিদুনা মীওইবা অদুগী থরায়গী সম্রাজ্য অদু মাঙখিদুনা মায়থিরবা নিংথৌরেল অমা ওইরকই।

ঐখোয় হৌজিক মায়থিরবা নিংথৌ, বন্দি ওইরবা লোইথারবা নিংথৌরেল অদু ওইরে। ঐখোয়গী ইরৈবাক মাঙপ্রে। থরায়গী অধিকার লৈত্রে। হৌজিক ঐখোয়না খঙগদবদি self sovereignty করিনো? sovereignty অদু করম্না অমুক ফঙ্গদগে হায়বদুনি।

মাঙখ্রবা শক্তি অদু অমুক ফংনবা ঐখোয়না ঈশ্বরগী মফমদা মেডিটেসন তৌদুনা হোৎনবগী মতম ওইরে। body consciousness থাদোক্লগা Soul consciousness ওইনবা লাক্লবনা ঐখোয়গী অচৌবা পাম্বৈ ওইগনি। ☐

# পুন্সিগা লৈনবা মরী



আধ্যাত্মিকী লম্বৈলদা চৎখিবা অখঙ অহৈশিংনা তাকপীখি মদুদি মীওইবনা সংসার অসিদা পোক্লক্লিবা অসি অর্থ য়াম্না চাওনা লৈ। অর্থ অদু খঙনা চৎপা ঙম্বা মীনা অফাওবা অফবা মী ওই। পৃথিবীদা শিংথানরিবা মীওইশিং অদু অর্থ অসি খঙনা চৎখিবা ঙাক্তনি। মী অমবু মশক খঙগে হায়রবদি মহাক্কী ব্রাখল, ব্রাঙাং অমসুং থবক অহুম অসিদা য়েংলগা খঙই। ব্রাখলনা অমা, ব্রাঙাংনা, তৌথোরকপা থবক্তা অমা অসুম তৌদুনা অহুম অসি অমত্তা মান্নরবদি অশেংবা প্যারিটি হায়বদু ওইদ্রে। অশেংবা প্যারিটি কদাইবু কৌবগে হায়না হংবদা খুম্বা তারবদি ব্রাখল, ব্রাঙাং অমদি থবক অহুম্মক মান্ননা চৎলিবা অদুবনি।

থবক অমা পাঙথোকপা হায়বসি হান্ননা ব্রাখলদা শেম্বা লোয়রগা থোরকপনি। ব্রাখল অদু কাপথোরকপনি। থবক্কী মরুদি ব্রাখলনি। মরুদগী পাম্বী হৌরকই। হৌরিবা পাম্বী অদুদি মশক উবা ফংই অদুগা মরু অদুদি মশক উবা ফংদে। মরুগী মতুংইন্না পাম্বীগী মওং ওই। হঙ্গাম মরু অমগা খোংনাং পাম্বীগী মরু অমগা চাওবদা কয়া খেন্নদে। অদুবু মরুদগী হৌগৎলকপা মতমদা হঙ্গাম পাম্বীদি ফুট খরদগী ব্রাংবা হেন্দে অদুগা খোংনাং পাম্বীদি চাওসু চাওই ফুট কয়াসু ব্রাংই। মরম অদুনা খল্লিবা ব্রাখলগী শক্তি খেন্নবা মতুংইন্না থবক্কী শক্তিসু খেন্নে। অকনবা শক্তিগা লোইনবা ব্রাখলদগী থবক অমা পাঙথোকপা তারবদি থবক অদু মহৈ

য়ানবা ঙমগনি। ব্রাখলবু শক্তি লৈহনগে হায়রবদি ঐখোয়গী থেটি অমসুং ফিলিংবু শেমগৎপা চংই। হিন্দিদা ব্রাহে অনীখক শিজিন্নে শুভ ভাবনা অমদি শুভ কামনা হায়না কৌই। অতোপ্পা মীশিংবু অফবনি হায়না খনববু শুভ ভাবনা হায়না খঙনৈ· অদুগা অতোপ্পা মীবু য়াইফহনিংবা ব্রাখলবুনা শুভ কামনা হায়না খঙনৈ। মরম অদুনা ভাবনা অমনা কামনা অনী অসিগী পোজেটিব ওইবা ব্রাখলবু অফবা ব্রাখল শেম্বা হায়না খঙনৈ। অনী অসিবু অথোইবা ওইনবা য়োকখৎপা ঙম্নবা লাক্লবনা মীওইবনা মহাক্কী পুন্সিগী মরু ওইবা থৌদাং ওইফম থোকই।

ধর্ম্মগী লুচিংবা অমনা Compassion অদুগা love কী অর্থ তাকখি। মী অমগী ফিভমদা অ..বা থেংনক্ন.. মতমদা থ.. ..মায়দা মিনুংশি ত.. পোক্লকপা অদু compassion নি অদুগা মি.. ..া অদুগী মথক্তা মতেং পাংবা অমা য়াওশিল্লগনা নুংশিবা হাযবদুনি। মরম অদুনা মিনুংশিগা নুংশিবগা খেন্নবা। অদু লৈরম্লে। মিনুংশিনা থম্মোয়দদা ..লজবা পোৎনি অদুগা নুংশিবনা থবক্কা লোয়নবা পোৎ অমনি। থবক্কা লোয়নদবা নুংশিবদু নুংশিবা নত্তে, মিনুংশিনি।

থম্মোয়দা, পুক্লিংদা লৈরিবা ব্রাখল অদু ব্রাহৈনা ফোঙদোরকই। মীওইবগী ব্রাহৈনা লাল থোকহল্লি; ব্রাহৈনা শান্তিসু পুরকই। মী অমগী রোযেলিটি অসি ব্রাহৈনা ফোঙদোকই। তপ্পা ঙাংবা, খোয়থুম্নবা ঙাংবা, ব্রা য়াম্না ঙাংদবা অহুম অসি ব্রাহৈগী শান্তি শেম্নবা নিয়ম অমনি মীগী পার্সেনেলিটিনি। মীওইবনা মাগী মরৈ অদু জয় তৌবা ঙম্নবদি পৃথিবী তম্মায় অমা জয় তৌরবনি হায়নরিবনি। শরু পান্দবা লৈনা মীগী মখ্বাং থুদেকপা ঙম্মী হায়নৈ। থাংনা শোকপগী চৈনাদি অশোকপদু তাইশিনম্লগা কৈ অদুগা মী অমনা থিনা হাযখিবগী চৈনাদি মী অমনা পুন্সি চুপ্পা কাওদনা চৈনাদু ফাওদুনা লৈ। মরম অদুনা ব্রাহৈগী শক্তি অসি শেমগত্তুনা শিজিন্নবা ঙম্নবদি ইশাবু, সমাজনু, লৈবাকপু নুংঙাইবা, শান্তি লৈবা মফম অমা শেমগৎপা ঙমগনি।

লৈগী লৈনম লৈ। লৈনম্মা লৈগী মঙুন্নি। লৈনম মশক উবা ফংদে। মরম অদুনা মগুণ হাযবসি মশক উদে। লৈগী লৈনম্মা মায়কৈ কয়াদা

শন্দোকই। মতৌ অসিগুম্না মীওই অমনা মাগী মগুণ অদু মায়কৈ কয়াদা শন্দোকই। মশানা চৎপা ঙমদবা মফমদসু মগুন্না য়ৌবা ঙম্মি। লৈগী লৈনমদি নুংশিৎনা হুন্বা মায়কৈ অমদা হুমদুনা পুই; নুংশিত্তুগী মায়োক্তা চৎপা ঙমদে অদুবু মীওইবগী মগুন্দি মফম খুদিংদা য়ৌবা ঙম্মি। মগুন হায়বসি মানা মানা পাঙথোক্লিবা থবক কর্মদগী থোরকই। থবক্কী মতুংইন্না মমিং লাকইগা হান্না কৌরম্বা মমিং অদু তোক্লগা অনৌবা মমিং লাকই।

মহাত্মা গান্ধিগী মমিং অহানবদা মোহন্দাস করমচান্দ গান্ধি কৌরম্মী। মহাক্না পাঙথোক্লকপা থবক্না "মহাত্মাজী" হায়না কৌনরকই। মহাত্মাদং হায়রগা মোহন্দাস করমচান্দ গান্ধিবু অদুম খঙনৈ। মগী অশেংবা মমিং মোহন্দাস করমচান্দ হায়রবদি কনানো খঙবা ৱাই। মতৌ অসিগুম্বা পন্ দতজি, নেতাজি হায়রগা কনা কনাবু খঙনবগে হায়বদুময়ান্না খঙনরিবনি।

মীওইবনা পৃথিবীদা শান্তি, নুংশিবা পুরক্কে হায়রবদি ইশা ইশাগী ৱাখল, ৱাঙাং থবক অহুম অসি পোজেটিব ওইবা মওংদা অওনবা পুরকপা ঙম্রবা প্যুরিটি ওইবা মওংদা অওনবা পুরকপা ঙম্মবা প্যুরিটি পবিত্রতাদা য়ুম্ফম ওইনবা লাক্লরবা মতমদতা ঙম্লক্লনি। অহুম অসি পুন্সিগা লৈনবা মরী ওইহনবা তঙাইফদে। ☐

# শক্তিবু খৌরাংবা অমদি লাল



ভগৱান রজনীশবু Osho হায়রগা খঙনৈ। নোংমা মহাক্কী ছাত্র অমনা হংখি, "খ্বাইদগী ফবা সরকার অমা হায়বসি করিনো?'

Osho না খুমখি, "সরকার অমা ফাওবা লৈতে। কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বা অমবু গভর্ন তৌবা হায়বসি ইনহ্যুমেননি। গভর্নমেন্ট হায়বসি গেম অমনি, সংসার অসিদা খ্বাইদগী থিবা, খ্বাইদগী মোৎপা গেমনি। অদুবু খ্বাইদগী অনেম্বা Conciousness কী থাক্তা লৈবা মীওই খরদি মসিদা নুংঙাইজে; মখোয়শিং . অদুদি রাজনীতিৱালাশিং, পোলিটিসিয়াননি।" শুপ্নগী পোলিটিসিয়ান্না নুংঙাইবসি গভর্ন তৌবনি, শক্তি পায়বনি, প্রজাবু মীনাই ওইহনবনি।

Consciousness কী খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্তা লৈরবা মীওইশিংনা নোংমদি গভর্নমেন্টশিংগী ৱাংমদা লৈগনি হায়বা মংলান অমা লৈজে। করিগুম্বা ফংজবা তারবদি নুমিৎ অদু খ্বাইদগী লায়বক ফরবা নুমিৎ ওইগনি। ইতিহাসতা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা মোৎলবা রাজনীতিৱালাশিংগী খুদুমদগী নাম্থোকচরবা নুংঙাইরবা তাঞ্জা অমা ওইগনি।

মখোয়না মীওইবা জাতিবু ছত্রংগী খোংমি ওইহল্লি। মখোয়না মীওইববু

অসুপ্পী মতিক কিহল্লি মদুদি গভর্নমেন্ট লৈত্রবদি anarchy, disorder অমদি Chaos লৈগনি পুম্নমক পুম্মাং মাঙনি। মীওইবসু মখোয়না হায়রিবদু চুম্বোই নিংদুনা অদুম থাজনরি।

ব্রাখল লৈবা কয়ানা হংলি মদুদি গ ৰ্নমেন্ট.শিংনা প্রজাগী করিবু তৌগ্রবগে? মখোয়না পাউখুমসু পীরি মদুদি মখোয়না হায়ববু প্রজাবু এক্সপ্লোইট তৌবনি, মখোয়বু কিহল্লগা এক্সপ্লোইট তৌই, প্রজা মশেল থৌজিল্লগা খৎনহল্লি। পৃথিবীগী মফম অমা নৎত্রগা অমদা লাল থোকহনবা হায়বসি পোলিটিসিয়ান্না পাম্মী। Adolf Hitler কৌবা অমা লৈরম্মী। মহাক্কা তাক্লম্মী মদুদি শক্তি পায়দুনা লৈনিংলবদি ব্রার হায়বসি দরকার লৈ। নহাক্কা লালগী থৌরাং চথদুনা লৈত্রবদি নহাকপু কনাসু মী ওইনা খল্লোই। লালগী মতমদতা হেরোশিং পোক্লকপনি। মহাক্কা হায়রম্বসি চুম্মী। খ্বাইদগী ফাওখিবা হিরোশিং-- 'Alexender the great, Napolean Bonaparte, Winston Churchill, Bevito Mussolini, Joseph Stalin অমদি Adolf Hitler মশামক লাল থোক্লমদ্রবদি করিসু শিংথাবা য়াদ্রবা মী ওইনা লৈরমগনি। লালদুনা চাউবগী মতিক অটৌবা হিরো থোক্কনি।

হিটলরনা হায়খি মদুদি নহাক্কা লাল অমা শাগৎপা ঙমদ্রবদি লাল অমা থোক্লক্কনি হায়বগী আইদিয়া অসি প্রজা মরক্তা শন্দোকউ। প্রজাশিং অসি শান্তি ওইনা হিংহনগনু, মখোয়না শান্তি ওইনা লৈখ্রবদি নহাকপু মী অমা ওইনা খক উরক্লোই। মরমদি নহাক্কী দরকার লাক্তবননি। খুদোংথিবা তারবা মতমদতা নহাকপু নিংশিংলক্কনি। খুদোংথিহল্লু। অশেংবা খুদোংথিবা থোকহনবা ঙমদ্রগনা শাজিন্নবা খুদোংথিবা থোকহল্লু।

Osho না হায়খি মদুদি লৈবাক অমনা লৈবাক অমবু কী। কীহনবসু পাম্নে। মসিননি ডর্টিএষ্ট গেম হায়রিবসি। প্রজাশিংনদি লালদা শিনিংদে, মীসু হাৎনিংদে। অদুবু পোলিটিসিয়ানশিংনদি লাল য়াওদ্রবদি অর্থ থোক্তে হায়না লৌই। মখোয়না মীওইবগী 'ঈ'দা তোংঙগা শান্নবা পাম্মী, মরাল লৈববা innocent ওইবা কয়াগী 'ঈ' শিন্থহন্নিংই। মরম অদুননি ডর্টিএষ্ট

গেম হায়রিবসি। অব্রাংবা থাক্তা লৈরবা কান্সিয়সনেস্না পামজবদি ব্যুটি এন্দ লভনি। পোলিসিশিংনা গভর্নমেন্টশিংগী অপাম্বগদি য়াম্না তায়োন্নবা অমনি। ব্যুটি এন্দ লভকী ব্রাখপ্লোলদা মীওইবনা নকশিল্লক্লবদি নোংমদি অমখক্তা ওইবা গভর্নমেন্টকী সংসার অমা ওইরক্কনি। মদুবু ব্রান ব্রার্ল্ড হায়না খঙনরকপা য়াই। মতমদুদা 'নো গভর্নমেন্ট' কী ওইথোকপদু ওইরকপা য়াই। মতম অদুদা সতযুগ নৎত্রগা স্বর্গ হায়বদু ওইরক্কনি।

পৃথিবী অসিদা প্রসিদেন্ট কয়া, প্রাইম মিনিষ্টর কয়া, নিংথৌ কয়া, মহারানী কয়া কয়ানা মখোয় খুদিংমক খ্বাইদগী চাউবা গ্রেটেষ্ট হায়দু ওইনিংই। মদুগী প্রমান তৌনবা লাক্লরকই, মতম কাদা গেম অমা ওইরকই। পৃথিবী অসিনা গভর্নমেন্ট অমখক্তা ওইরক্লবদি মদুগী গেম অদু মাঙখিগনি, functional ওইদুনা লৈগনি, অগেনষ্টতা খক লাক্ল ররোই।

পোলিটিক্সকী নুঙাইজবসি "দি এনিমি" য়েক্লবদা লৈরে। য়েক্লবা লৈত্রবদি রেড ক্রোস সোসাইটিদা থবক তৌবগা চপ মান্নরে নৎত্রগা পোষ্ট ওফিসতা, রেলব্রেজদা অমদি এরোপ্লেনদা থবক তৌবগা চপ মান্নরে। ঐখোয়না পোষ্ট ওফিসকী মকোক কনানা ওইরি, রেলব্রেগী মকোক কনানো হায়বসি কনানসু থিগৎলুদে। মরমদি মখোয়দি চুম্নগী ফঙ্কস্নেল হেড ওইনা লৈজবনি। মদুমক্তি পোলিটিসিয়ানশিংগী অপাম্বা নত্তে।

Power Crrupts, absolute Power absolute হায়বা মীয়াম্না খঙনরবা ব্রাহে লৈরি, শক্তিবু পায়রুরবা করপসন হৌরকই অদুক্কী মতিক শক্তি লৈরগা অদুক্কী মতিক অচৌবা করপসন তৌরকই। পব্রারবু খৌরাংলুবনা অচৌবা লাঙ্গাও পুরক্কনি হায়বসি মীয়াম্না খঙনবা মতম ওইরে।

# জিয়ুগী ব্রাখল্লোল



জিয়ুশিংনা Kabbala কৌবা ব্রাহৈ অমা শিজিন্নৈ। ব্রাহৈ অসিনা তাকপদি লৌশিনবা (reception) হায়বনি। ব্রাহৈ অসি শুথাং অমদগী শুথাং অমদা শিন্নদুনা অসুম লাক্লি। Kabbala না মীওইবগী ঈশ্বরগা য়াম্না মনুং হন্জিন্না লৈনবা অমদি লৈনগদবা অদু তাক্লি। ব্রাহৈ অসিগী ব্রাখল্লোলনা তাক্লি মদুদি মীওইবনা মহাক্কী negative inclinations হায়বদি ফত্তবা, অচুম্বগী ওন্ন তৈনবা ব্রাখলশিংবু নমহৎলগা ঈশ্বরগা মরী লৈনবা অদুবুনি। মতম অদুদা মীওইবনা মহাক্কী নুংগী শক্তি শাগৎচবা (Spiritual regeneration) ঙমগনি। লাইশোলগী পাম্বৈনা, মেডিটেসনগী পাম্বৈনা, শাস্ত্রদা য়াওরিবা কয়াবু ব্যাখা তৌদুনা খঞ্জরগা নুংগী শক্তিবু কনখৎপা ঙমহল্লি হায়না থাজৈ। মরুওইনা Kabbala না তাকপদি লাইশোলবু অচুম্বা ফোর্মুলা অমদা থিবা অদুবুনি। অসিগুম্বা ফোর্মুলা অমদি Torah কৌবা অমদা লোৎনা থম্মি।

Torah না মেডিটেসন তৌবগী কান্নবসু তাক্লি। মেডিটেসন্না থম্মোয়গী অপনবা (Obstruction) কয়াবু কোকহল্লি। অশেংবা থম্মোয়দা নুংগী অরোয়বা অচুম্বা (Ultimate reality) বু তাক্লকই। Jewish mystics না Torah দা য়াওরিবা Verse তা মেডিটেট তৌই লোয়নবা অরোনবা পাউখোং কয়াবু ফোংবা ঙমহল্লি। Silent meditation অসি জিয়ুশিংনা লাইশোলদসু শিজিন্নৈ। পুক্লিং অসিনা চিক্না (Silent) লৈরবা মতমদতা ঈশ্বরগা শম্নবা ঙম্মী। অরাংবা ঈশৈনচিংবা খোঞ্জেল মরক্তা পুক্লিংনা

অচিকপা মাঙলবা মতমদা লাইশোল তৌরবদি, পুক্রিংগা ঈশ্বরগা শম্নবদা অপনবা ওই। জিয়ুশিংনা ধর্মগী Value বু mystical value ওইনা ব্যাখ্যা তৌই। Mysticism গী মওং কয়াদা ফোঙদোকই।

Kabbala গী মরুওইবা classical text তি Zohar হায়না কৌই। Kabbala না জিয়ুশিংগী Mystical tradition ওইনা লেপ্পি। Old Testament কী অহানবা লাইরিক মঙা Pentatench পু Zohar না ব্যাখ্যা তৌদুনা তাকই। Divine mysteries বু লোন্তুনা, ফুমদুনা থম্লিবা Toraha না জিয়ুশিংবু পাম্মু কীহন্দুনা, Purity গী মায়কৈদা লমজিংদুনা অর্কাবা কয়া কোকহল্লি, লোয়নন holy spirit পু মপান নাইদ্রবা পুন্সি life eternal তম্না লমজিংবি।

লৈগী লৈনম্ন: নুংশিংবী ইপোমগী মায়োক্তা থকচত্তে, শুপ্নগী ইপোম অদুনা হুন্না মায়কৈদা চংলি, অদুবু পুন্য চেনবা মীগী মনমদি মায়কৈ খুদিংদা শিঙ্কুনা চয়থোরকই। দান তৌবা, নুংশি হৈবা অমদি পুকচেল তিংবা অসি মীগী নুংগী থাজবা interior faith অদু মপান্দা উংথোকচরকপনি। থাজবা অমসুং ভক্তিদগী spiritual life অসি হৌরকই।

Spiritual অমদি Physical না থাক অমদগী থাক অমদা কাখৎলকপা অসি পুন্সি ইচেলনি। অচুম্বগী ঙাম্না ইহান হানবা ওইনা মুক্তিগী খুদোল অমা ফংজে। মুক্তি অদুনা অসুম অসুম ৱাংখৎলকপা মতমদা পুন্যগী থাক ৱাংখৎলকই, ইশানা ইশাবু খুদুমদা থম্বগী শক্তি হেনগৎলকই। শক্তি অসিনা অসুম অসুম হেনগৎলকপা মতমদা মপুং ফারবা realisation হায়বদি perfection ফংলকই। জিয়ুশিংনা মেডিটেসনগী পাম্বৈনা ইন্নর স্পিরিটপু অনুভব তৌই। অনুভব অসিনা অসুম অসুম ৱাংখৎলক্কবা মতমদা আত্মানা খৌরাংলিবা মফমদু তান্না য়ৌখিদুনা ইখৌ লাংলম্বা অদু কোকখি। হায়রিবা খৌরাংবা অসিদি মেটরিয়েল অমদি সোসিওলোজিকেল প্লানদা ফংলিবা ময়াম অসিনা কোকহনবা ঙমদে। Abraham, Moses অমদি Daniel না মেডিটেসনগী অনুভব তৌরম্বা অদু বাইবলদা য়াওই হায়নরি। Prophet Elijah, King Solomon, King David নচিংবা কয়ানা মেডিটেসনগী

প্রেক্টিস তৌরম্মী হায়না শোন্নরি।

চুম্না চিন্না মন্ত্রদা থিংনা থম্মোয়নদি য়াওদবা অদুগুম্বা লায়শোলদু অরেম্বা লাইশোলনি হায়না অখঙ অহৈ কয়ানা লাউরি। পাগনদগী চৎনরকপা অর্থদি খঙদবা মন্ত্র কয়া শোন্নরি। মদুগী মন্ত্র অ়ু শিদ্ধ ওইবা ঙন্নমগদ্রা? ব্রাহৈনদি ফোঙদোকপা ঙমদ্রবা থম্মোয়দদি লৈজরবা হায়বদি থম্মোয়নদি ফোঙদোকচরবা, চিন্দা, ব্রাহৈনা য়ৌবা ঙমদ্রবা অদুগুম্বা লাইশোলদি ঈশ্বরনা তাররোইদ্রা? ব্রাহং কয়া পুক্লিংদা থোরকই। অসিগুম্বা মখলগী মফোংদোকপু জিয়ুশিংনা Amidha হায়নৈ। Amidha হায়বসি Silent Prayer নি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু Silence তা থাগৎপা য়াই, হায়জবা য়াই, লাইশোল তৌবা য়াই।

সাইলেন্স হায়বসি তুমিন্না ব্রা ভাংদনা ফমদুনা লৈবা অদু ভাক নত্তে। নুংদা ঈথক হৌরিবা ব্রাখলগী খোঙজেলবু মশিং য়ামহন্দনা থম্বা অদুমক মখল অমগী সাইলেন্সনি। মসিমক্লি ঐখোয়না নুমিৎ খুদিংগী হোৎনবা য়াবা সাইলেন্সকী এক্সরসাইজ। ☐

# শিবরাত্রি



পুং ২৪ খুদিংদা অহিং অমমম লৈ। চহী অমদদি অহিং কয়ামুক লৈরি। অ[illegible] ভারতদি অহিং অহুমখক্তংবু [illegible] য়াম্না মরুওইনা লৈনৈ। [illegible]যশি[illegible] অদুদি শিবরাত্রি, [illegible] অমসুং দিপাবলিনি। শিবরাত্রি নুমি[illegible] অ[illegible] অসিদা মীশিংনা অহিং মিশেং খাগদৌরিবনো? মরমদি অহিং অসিদা শিবগী ব[illegible] ফংগনি হায়না খঞ্জে। অহিং মিৎশেং খাঙবগী অথদি হকচাংদগী অওনবা মাঙখিনবনি। মিকপ থোক্লবনি, জ্ঞান তানা লৈনবনি।

শিবা কনানো অমসুং শিবরাত্রিনা কনাবু নিংশিংহনবগে? শিব কনানো অদুগা শিবরাত্রিগী মগুন্না করিনো হায়বসি জ্ঞানিশিংনা কম্না নৈনৈ। শিব হায়বসি শঙ্করগা মান্নদে হায়না ঈশ্বরিয় বিদ্যালয়দা তম্বি। শঙ্করদি ব্রহ্মা অমদি বিষ্ণুগুম্না দেবতানি। শিবদি পরমাত্মানি অদুগা শঙ্করনা দেবতানি। করিগুম্বা মতমদা অসুম্না হায়নৈ; শিব পরমাত্মায় নম: বিষ্ণু দেবতায় নম: শঙ্কর দেবতায় নম; বহ্মা দেবতায় নম:। শিবদা পরমাত্মা হায় অদুগা অতৈ লাইদনা দেবতা হায়। পরমাত্মাগা দেবতাগদি খৈন্নে।

শিববু জ্যোতিস্বরুপ, মঙালগী শক্তমনি তাকই। মহাক্কী হকচাংগী মওং লৈতে, অদুবু, মহাক্কী মূর্ত্তিদি শিবলিঙ্গ (লিঙ্গ =খুদম) ওইনা মফম মফমদা ফংই। ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শঙ্কর অহুম্বু শেম্মি হায়বগীদমক শিববু এয়ম্বকেস্বর

নৎত্রগা ত্রিমূর্ত্তি হায়না খঙনৈ।

শিবদি অথন্নবা সম্প্রাদায় অমগী ঙাক নত্তে, মীওইবা আত্মাশিংগী মপানি হায়। মরম অদুনা মহাক্কী মমিংবু অমরনাথসু হায়। মক্কাদনা সঙ্গে অসবদ, জিয়ুশিংনা জিহোবা হায়না খঙনৈ। ফীজীদনা "শিউন", বেবিলোন্দনা "সিব্র" নৎত্রগা "শিবু", রোমদনা "প্রিয়পস" অসুম্ন। পৃথিবীগী মফম কয়াদা শিববু নিংজবগী খুদম কয়া ফংলি। ভারতনা শিববু মফম কয়াদা রামেশ্বর, গোপেশ্বর অমরনাথ, বিশ্বনাথ অসিনচিংবা কয়াগী মিং থোন্দুনা মন্দির কয়াদা শিববু পূজা তৌনরি। ভারতদি শিববু মুক্তেশ্বর, পাপকন্তেশ্বর, আশুতোষ, গঙ্গাধর, সুধাকর, বিশেশ্বর, পশুপতিনাথ অসিনচিংবা মীং কয়া থোন্দুনা খুরুম্নরি, নিংনরি।

ফালগুন থাগী কৃষ্ণ পক্ষগী অরোইবা অহিং অমাবস্যাগী হেক মমাং ওইবা অহিং ১৪ নি পানবা নুংগিৎপু 'মহারাত্রি' হায়না খঙনৈ। হায়রিবা মহারাত্রি অসিদা শিবরাত্রি পাঙথোক্কই। অয়াম্বা লাইশিংগী নিংশিংবগী সেলেব্রেসন অসি অয়ুক নুংথিলদা পাঙথোক্লে। অদুবু, শিবগীদি নুমিদাং ওইনা পাঙথোক্লে। মরম অমদি লৈরমগনি। কনাগুম্বনা হায়নৈ শিবদি তমোগুনগী মপুনি মরম অদুনা অহিংদা পূজা তৌবনি। অহিং হায়বসি তমোগুনগী মওংনি। মসিমদি লানবা য়াই। শিবদি মুক্তেশ্বর, মুক্তি পীনবিবা ঈশ্বরনি হায়, অমগুনগী মপু ওইরবদি করম্না মুক্তি পীনবা ঙমগনি। শিবগী অর্থ অমনা কল্যানকারী হায়বদি জগৎকী য়াইফনবা তৌবিবা হায়বনি। অৱাবা তারবা মতমদা য়াইফনবা তৌবা দরকার ওই। অমম্বদা মঙাল দরকার ওই। অহিং ওইরকপা মতমদা থাওমৈ থাঙৎলে। ঙাল্লিঙেদা থাওমৈ থান্নদে। হৌজিক অসি অমম্বগা পাংথক্লি, কলি যুগনি। ধর্ম্ম ভ্রষ্ট অমদি কর্ম্ম ভ্রষ্ট হয়বদি ধর্ম্মগী ওইবদসু লমঙাওনরবা কর্ম্মদা য়েংলুরবসু লমঙাওনরবা মতম্নি। হাৎনে শুনবগী, অমগা অমগা হন্না য়েংনদবগী, মপানা মচাবু নুংশিদবা, মচানা মপাবু হন্না য়েংনিংদবগী মতম য়ৌরক্লবনি। হৌজিক অসি অমম্বা অহিংগা চপ মান্নরবনি। অহিংবু রাত্রি হায়না কৌই। শিবরাত্রিগী অর্থ হনবা তারবদি শিব অমদি রাত্রি অনীগী অর্থ চঙই। শিবনা তাকপদি য়াইফনবা তৌবা অদুগা রাত্রিনা তাকপদি অৱাবা/অৱাববু য়াইফনবা মাঙহল্লি। ৱারবা মতমসিদা পরমাত্মা ওইবা পরমপিতা

ওইবা শিববু ঈশ্বর ওইনা থৌজাল পীননবা নিংশিংলকই। অসুম্না অন্নাবা মতমদা নিংশিংলকপগী থৌরম্বু শিবরাত্রি হায়না খোল্লি। শিবদি নিরাকারনি, জ্যোতি বিন্দুনি। মরম অদুনা শিবলিঙ্গগী মওংদা পুজা তৌনয়ম্মী। মতমগী মতুংইন্না অসুম শেমথরকপদগী শিববু ত্রিশুল পায়বা শঙ্কর ওইনা পুজা তৌবগী চংনবী লাকখি। ঈশ্বর অসি হ্যমেন নেচরদা পুশিল্লকুনা মহাক্কী মগুন অশেংবা মাঙথহনবা হৌরকখি। শিবদি যোগেশ্বরনি অদুগা শঙ্করনা যোগগী মুর্তিনি। শিবদি ত্রিমুর্তিনি। ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শঙ্কর অহুম্বু পুথোক্লুনা লিলা শান্নবনি। শিবনা শঙ্করবু শেম্বনি। শিবনা মপুনি শঙ্করনা খুৎলাইনি। খুৎলাইবু মপুনি য়ায়না নিংবা অচুম্বা নত্তে হায়না অখণ্ড অহৈনা তাকপীরি।

শিবরাত্রি নুমিত্তা পুজা তৌবা মতমদা শিবদা শিবলিঙ্গ ওইনা তৌবা অমা নৎত্রগা শঙ্করগী অয়েকপা লাইদা তৌবা অমা। শঙ্করগী মুর্ত্তিদি জটা তাই, তপস্বিগী শক্তম্নি, মথৌরিদা লিলনা য়েৎহল্লি, ত্রিশুলশু পায়হল্লি। পুজা তৌরিবা মখল অসিনা শিবগা শঙ্করগা খেন্নৈ হায়বসি উৎলি। অমনা মপুদা পুজা কৎপনি অমনা খুৎশেম্বু খুরুম্বনি।

শিবরাত্রি নুমিত্তা শিবদা ঈশিংগা শঙ্গোমগা চিনিগা য়াম্নরগা শেম্বা লসি, হরিখাগোক মনা শগোলহিদাক মপাল অমদি গঙ্গানচিংবা কৎলগা পুজা তৌই। লোয়ননা অহিং মিৎশেং খাঙই, ব্রত তৌদুনা (চন্না হেন্দুনা) শিববু নিংশিংজে। অচৌবা শিবলিঙ্গ শারগা মথক্তা ঈশিংনা অসুম হৈথরগা চামথোকই, শঙ্গোমনা হৈবসু য়াওই। অসুম্না ভক্তিগী লম্বেলদা শিবরাত্রি অসি পাঙথোক্লদুনা লাকই।

অদুবু শিবরাত্রিগী মগুন অমদি নুংগী অর্থ কুপ্না থিবা অমা চংই। নৎত্রবদি অরানবা লম্বেলদা চৎখিদুনা মীওইবগী মাঙনবা লম্বেলদা চঙশিল্লকই। শিবরাত্রিবু অর'নবা অর্থ ওইনা লৌরক্লবদি ঈশ্বরবু মীওইবগী থম্মোয়দগী অসুম অসুম তান্নক্কনি। শিবরাত্রি নুমিত্তা ভাঙবু য়াম্না মরুওইনা লৌনৈ। ভাঙ থকচিল্লগা নুমিত্তুমা ঙাওদুনা লৈথোকই। মদুমক্তি শিবরাত্রিগী অর্থ ওইরম্লোই।

অখণ্ড অহৈনা তাকপীরি মদুদি শিবদা লসিনা চাইথবনা তাকপদি শিববু ইরুজবিবা নত্তে। ঈশ্বরদি মীনা ইরুজবিবা দরকার ওইদে, ঈশ্বরনদুম

মীবু ইকুজবিবনি। শঙ্গোমনা নিংশিংবা ঙমদদুনা শঙ্গোম ওইনা হৈরুবনি। হরিখাগোক মনা কৎপগী অর্থদি হরিখাগোক মনা অসি অহুম অহুম লোংই, অহুম অসিনা তাকপদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শঙ্কর লাই অহুম্বু তাকপনি। শিবদি ত্রিমুর্তিনি, লাই অহুমগী মপুনি হা ি হার গাক মনানা উৎপনি। শগোল হিদাক মপাল কৎপগী অর্থদি অসুম্না লৌনৈ মদুদি শগোলহিদাক মপান অসি য়াম্না নমথিবা জঙ্গলগী লৈনি। মীওইবা ঐখোয়গী ইশাদা নমথিরবা লৈঙম্বা অপাম্বা, অশাওবা, মিহৌবা, শুমহৎপা, নাপল মঙা অসি য়াওরি। মঙা অসি য়াওরিবমখৈ ঈশ্বরগা মীওইবগা নক্নবা য়াদে। ঈশ্বরগী মচা ওইবা মীওইবনা মঙা অসি য়াওবদগী মপা মচা য়াম্না তাম্না লৈ। মরম অদুনা নকশিন্নবা য়াননবা ঈশ্বরনা মঙা অসি থাদোরক্নবা তাকপী। মঙা অসি মীওইবনা থাদোকপা ঙমদদুনা শগোলহিদাক মপাল কৎপনি। সনাগী মহুৎ য়াইঙনা শিনবনি। ঈশ্বর নিংশিংবগী নেশা অমা লৈয়ু তাকপনি। মদু ঙমদদুনা মীনা শিবদা গঞ্জা কৎলগা মদু থক্লগা নেশা কানবা লাক্ল বনি। পুম্নমক তায়োম্নখ্রে। হেন্না অমম্বা অমদা ঐখোয় চঙশিনখ্রে।

হৌজিক্তি শিব মশামক লাক্লুনা পুম্নমক চুমথোকপীদুনা তাকপীররে। শিবরাত্রি অশেংবা মওংদা তৌননবসু হায়বিররে। শিব মশামক্তি মশক উদবা মঙালনি হকচাং য়াওদবনি। মরম অদুনা কনাগুম্বা অশেংবা হকচাং অমদা লেংশিল্লক্লুনা ব্রহ্মা ওইনা শেম্বিদুনা অনৌবা সংসার অমা শেম্বগী লম্বেল উৎপিররে। অদুগুম্বা ব্রহ্মা অদুনা তাকপীদুনা মীওই কয়ানা ব্রহ্মাকুমার অমদি ব্রহ্মাকুমারীগী পুন্সি লেন্দুনা যোগী ওইবগী পুন্সি শেমদুনা মালেম অসিদা মথৌ পাঙথোক্লি।

শিবরাত্রিগী অশেংবা অর্থ থিদুনা মালেম অসিবু স্বর্গ ওলহন্নবা ঐখোয় পুম্নমক্না মিকপ থোকপা মতম ওইরে। □

# মীওইবনা থিবগী পোলোই



মীওইবনা পুন্সি অসিদা ব্রাহং কয়ামুক হংই। ওজাগী মনাক্তা চংলি, 'গুরুগী মনাক্তা চংলি, পান্দিদা ভুনা কুঠি য়েংই, খুবাক মন্দি য়েংই। থিরুবগী পাউখুমদি তোংনান তোঙান ফংই। পুন্সি অসিবু কন্দ্রা? কনানা অরোইবা পাউখুম পীবা ঙমগনবগে? পাউখুম পীখিবা খরদি য়েংসি।

৪০০ বি সিদা সোক্রেটসনা হায়খি, "A life without intiospection is not woith living", মনুংবু য়েংবা ঙমদ্রবা পুন্সিদি অরেম্বনি।

শোক ১৮৮০ গী ময়াই চন্নকপদা Evolutionist Charles Darwin না লাউখি,. "Survival of the fittest"- অসুম্না হায়বা য়াই, খ্বাইদগী কনবশিংতনা হিংবা ঙমগনি।

French Philosopher Voltaire না হায়খি মদুদি চোপ্পবশিং অদু চপখায়খরো।

**American** শিংনা লাউখি "Give me freedom or give me death"-"ঐখোয়বু নিংতমহনবরা নত্ত্রগা শিহনবরা অমা তৌবিয়ু।" অমেরিকানশিংনা মনিংতম্নবা হোৎনরকপদা লাউখিবা খোল্লাওনি।

Churchil না হায়খি ঐখোয়গী ইশাদা ঈ মরিক অমা পক্লিবমখৈ লাম্বেংনগনি। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মরক্তা চর্চিলনা লাউখিবনি।

খোল্লাও অসিগী মায়োক্তা গন্ধিজীনা অসুমনা লাউখি "Quit India" ‘‘ভারত থাদোকউ’।

John F Kennedy না মহাক্কী প্রসিদেন্সিগী হৌরকপদা হায়খি, ‘‘ঐখোয়না চহী ১০ গী মনুংদা থাদা মী অমা থমগনি।’’

শোক ১৯৬০ গী অদুব্রাইদা হিপিশিংনা লাউখি "Make love, no war" ‘‘নুংশিনৌ, লাল শোক্লগনু’’।

হায়রিবশিং অসিদি খজিক্তনি। খোল্লাউ লীশিং লীশিংসু লৈরি। মীওইবগী ইতিহাসতা ব্রাশক কয়া, motto কয়া মশিং লাকঙমদনা থেংনরি। করম্বা Slogan না অরোইবনো, করম্বা ব্রাশক্না খ্বাইদগী অচেৎপনো, অরোইবা অমদি ঐখোয়না য়েংবা পান্রি, ঙাইরি।

Solai System গী ব্রামদা লৈবা গ্রহ অমদা ঐখোয়না চৎনবা শেম শারিব্রা? ঐখোয়গী পৃথিবী অসি নত্তবা পৃথিবী অমা লৈরিব্রা? মীওইবগী থম্মোয় অমদি পুক্নিংদগী হেন্না লুবা মহাসাগর অমা লৈরিবরা?

অদুক হৈরবা Socrates তু নমদুনা hemlock থকহল্লগা শিহনখি, Darwin গী theory সু মায়খিবা ফংলকই, বৃটিশনা ভারত থাদোকখি, অমেরিকানা থা কাখি অদুগা হিপ্পীশিংনা নুংশিনখি। মথংদি করি? পম্ফুং কয়া লৈরি, Slogan কয়া লাকখিনি, লালফম কয়া থেংনরকখিনি।

Technology না অব্রাংবা থাক য়ৌরকখিনি, পৃথিবীগী পোখোক পুন্নমক মীনা শীজিন্নথোকখিনি। অতোপ্পা গ্রহ কয়াদা জীব লৈরম্নবদি মখোয়না মীওইবগা মরুপ ওইনবা লাক্নরকখিনি। মতম অদু য়ৌরক্লবসু মীওইবনা অনৌবা সংসার অমগী মংদি লেপখিগদবা মান্দে। ব্রাখল য়াওদনা অপাম্বনা মনিংতমখিবা তারবদি মীওইবগী পোলোইদি, নিংবা কায়বনি, নিংবা থ্‌ংদবগী চৈনানি।

মীওইবনা থিরি মতম শাংনা নুংঙাইবা। থিবদি ফংবা ঙমদ্রি। হৌজিক মশাগী নুংগী ওইবা থিবা মতম ওইরে। হৌজিক্তি মশাগী নুংগী ওইবা থিবা মতম ওইরে। মপালগী অপাম্বনা মাংওইননা ঐগী খোঙচৎ লেপ্লবদি

ঐগী পম্থুংদি নুংঙাইবা নত্তে, অব্রাবনি। মশক উদবা পুক্রিংগী লৈয়োল লৈরোন্দা খনি কয়া লৈরি। মপানগী খনিদি ফংনবা লাক্লবদা হাৎনা শুনবা, খৎনা চৈনবা লৈ। অদুগা নুংগী ওইবা খনিদি কনানসু খঙদে, য়েৎশিনবা লৈরোই। খনিশিং অদু develop তৌরবদি নুংঙাইবা হায়বদু ফংগনি।

মীওইবগী থব্রাইনা ইন্দ্রি মঙাগী পাম্বৈনা মপানগী সংসারবু শম্লনবা লাক্লরি। মপানগী সংসারনা পীরকপা পাউজেল অদু ইন্দ্রিশিংনা তন্নি। মরুভূমিদা মায়া মরিচিকানা ঙাওবগুম থব্রায়না ঙাওরি। থব্রায় ওইবা মহাকপু থব্রায় ওইবা মহাক্তনা থেমজনবা য়াই, ঙাওহনবা য়াই।

অফৈবা লংেসদা চত্তুনা লম্মুক্ল- দনবা থব্রায়বু মশক খঙনবা লক্ল বতনা পুন্সিগী ব্রাহং কয়াগী পাউখুম ফংগনি। ▱

# মিকপ থোক্লসি



ইতিহাসকী লামায় কয়া ফাক্কত্তুনা য়েংলবা মতুংদা মীওইবগী মরমদা মখোয়গী মত কয়া ফোঙদোকই। মখোয়না হায়রি মদুদি মীওইবা অসি racist ওই, bigot ওই, ethno-ecentric নি অমদি ত্রাইবেলনি। ঈশ্বরগী মীংদা মখোয়না মী হাৎলি, প্লানেট অসিদা ইকোলাজিকেল বেলেন্স মাঙহল্লিবা অসি ঐখোয় মীওইবনি। লৈনুংদা লৈজবা খোনি কয়া খোক্তোক চিংথোক্তুনা লোইশিল্লক্লিবা উপাদ্বী কয়া য়াম্থৎপীদুনা চীংজাও কয়া মরু কোকহল্লিবা অসি ঐখোয় মীওইবননি। ঐখোয়না fossil fuels শিং নীঙাইবা লৈতনা শীজিন্নথোক্লি। গ্রীন হাউস ইফেক্ট থোকহল্লিবা অসিসু ঐখোয়নি, মসিনা মরম ওইদুনা থার্ড ৱার্ল্ড লৈবাকশিংদা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎশিং হায়বদি hurricanes অমদি tidal waves কয়া থোকহল্লি।

মালেম অসিদা অৱা অনা কয়া থোকহল্লিবা অসি লাইগী ওমথংদা লৈরবা খাইদগী ৱাংবা species নি হায়না লৌরিবা মীওইবনা থোকহনবনি হায়বদা চিংননিংঙাই করিসু লৈতে। ইনভাইরোমেন্টকী অকীবা কয়া পৃথিবীগী মফম কয়াদা লাউনা লাউনা ওটোমোবাইলগী মশীং হেন্না পুথোক্লরকপা পৃথিবীগী লৈবাকশিংনা লমজেল তান্নরি। ওটোমোবাইলগী প্রোগ্রেস হেনগৎলকপা হায়বসি গাড়ি ময়ামদু পুথোক্লবা লাক্লবদা কারখানাদগী মৈখু য়াম্না কামথোকপা তান্নবনি। পোথোক ওইনা পুথোক্লবা গাড়িশিংদগী

মৈথু য়াম্না কামথোকপা তান্নবনি। নাকল অমদনা পোলুসনগী গ্রীন হাউস ইফেক্টকী ওজোন লায়রগী অকীবা শক্তম কয়াবু খন্ন নৈনদুনা তেংথানরি। খন্ন-খন্নরগা রিয়েলিটিগী ব্রাংমদা মীওইবনা চঙশীল্লক্কি। রিয়েলিটিদগী লাপথোক লাপথোক্লগা মীওইবনা অব্রা অনা নংবা অসুম অসুম হেনগৎলক্কনি।

পৃথিবীদা লৈরিবা সরকার খুদিংমক্না মখোয়গী পোলিসিশিং শেম্না মতমদা মখোয় মখোয়গী সেল্ফ ইন্টরেষ্টতা কায়দোংঙগ; শেমই, মীহৌবা, greed পু পেন্ননবা পোরম য়াৎলি। হৌজিক্তি ঐখোয়না কলচর অনা লেপ্রে। মালেমগী কলচর অমা ওইশিল্লক্কি। কলচর অদুগী মমিংদি "Consumerism" হায়না কৌই। কলচর অসি। ভাওরিভৈদা ঐখোয় মীওইবনা খেংনরিবা অব্রা অনাদগী মতৌ করম্না নাম্থোক্কদগে হায়বদুদি খন্ননবা মতম ফংদ্রে।

কল্লকপা মিহৌবদা য়ুম্ফম ওইরগা শেমখিবা পোলিসি ওইবনা লৈবাক অমগা অমগা লানথেংনবা, নমথনবা লাক্লরকপা মশানা তাবনি। শান্তিগী আশা নীংবা কায়নিংঙাইনি। চহী লীশীং অনীগী মমাংদা বু দুনা হায়রম্মী---ঐখোয় পূম্নমক অমগা অমগা মরি লৈবা জিবনি, interbeings নি। ঙসিদি সাইন্টিষ্টশিংনা হায়রি ঐখোয়গী হকচাংশিং অসি recycled dust নি; ঐখোয়গী হকচাংগী মহীগী শরুকশিং অসি recycled ওইবা মীশিংশিং অমদি তুরেলশিংনি; ঐখোয়না হোল্লিবা শ্বরগী নুংশিৎশিংসু recycled air নি; ঐখোয়গী ইমোসনশিংসু recycled energies নি; ঐখোয়গী ব্রাখলশিংসু recycled information নি; ঐখোয়গী personalities সু recycled relationships নি, ঐখোয়গী থব্রায়শিং ফাওবা অতোপ্পা থব্রায়গী রিফ্লেক্সনশিংনি।

ঐখোয় অমগা অমগগী লৈনরিবা মরিশিং অসি উবা ঙম্নদ্রবদি ঐগী ঐগীতা ওইনা লন্নাইগী ওইবা ব্রাখলদা ভাক্তা চৎনখ্রবদি মিলিটরি পব্রার অকনবনসু ঐখোয়বু সিক্যুরিটি পীদুনা কনবা ঙম্লোই। মিলিটরিগী শক্তি অদুক্কী মতিক হেনগৎলিবমখৈ লৈবাক অদুগী ইনসিক্যুরিটি ওইবগী অকীবা অসুম অসুম হেনগৎলক্কনি।

লাল পাম্বা মীগীসু শান্তি দরকার ওই। লালগী strategy শেম্বা মতমদা শান্তি ওইনা লৈরগা খন্থ্রবদি করম্না পোলিসি শেম্বা ঙমগনি ? শান্তি পাম্বা মীওইশিংসু লালগী মায়োক্তা angry activism চখবা conciousness অদু নত্তে। মীওইবা জাতিবু nurture তৌনবা ব্রাথল অমদি থবকশিং অদু অশেংবা শান্তিগী ব্রাথলনি। লোয়নননা ইনভাইরোনমেন্টপুসু nurture তৌবা চংই। ইনভাইরোমেন্ট অসি ঐখোয়গী হকচাংগা মরী লৈনবনি; উ ব্রাশিংনা ঐখোয়গী lungs নি· পাৎ তুরেলগী ঈশিংনা ঐখোয়গী ঈনি; পৃথিবীগী লৈমাইনা ঐখোয়গী হকচাংনি।

ঐখোয়দা ডিপ ফিলিং অমা পূরক্নুনা থম্মোয়দা মীনুংশি compassion অমা পুরকপা হায়বসি ইশা ইশাগী ব্রাফমনি। compassion বু, মোরেলিতিবু আইন শেম্নগা পূরকপা ঙম্মোই। মসিদি থূপ্নবা থম্মোয়দগী, থব্রায়দগী থোক্লক্কদবা পোৎশক্নি।

কনাগুম্বা এস্ত্রোপোলোজিষ্ট অমনা হায়খি মদুদি তিল-কাঙ অসিনা মুৎখ্রবদি মালেম অসি চহী মঙাগী মনুংদা লোইশিনখিগনি অদুগা মীওইবনা মুৎখ্রবদি চহী মঙাগী মনুংদা অফবা মালেম অমা ওইনা হৌগৎলক্কনি। নীংবা কায়রবা মীওইবগী শাজৎ অমদি মদুগী ফলবু য়েংলগা লাউরকপনি। তুমথখ্রবা মীওইববু মঙলাক্লবদগী কন্নবা মীওইবা কয়া থোরক্লবা শেম শাবা মতম ওইরে। ☐

# অশেংবা থবক্কীদমক নীংবা অমদি হোৎনবা



অথাপ্পা খুঙ্গংগী লমদমদা চীংগী অব্রাংবা লম্বেলদা লমদমদুগী মরুপ মপাংশিংগা লোয়ননা কয়ারক চৎমীন্নবগী তাঙ্গা ফংজখি । খুঙ্গংগী লৈবক অদুদা থেংনবা খুদিংমক অঙাং অহল খায়দন' কৌনৈ; কদাযদা চৎলিবনো, চৎলুবনো হাযবনচিংবা হংনৈ । চীংদশু অদুমঙাই । মদুমক্তি সহ্বরগী লৈরক্কুদি থোক্কে । ঐঙোন্দসু কৌরক্কে, ঐনসু কৌকদে; লেং থৈনবগা অদুম চৎনৈ । সহব অমদি খুঙ্গংগী চৎনবীগী খেন্নবা মী অমগা অমগা কৌনবগী মওংনা ফজনা উৎলি । মী অমগী ময়ুম হংবা মতমদা খুঙ্গংগী চিদাই অমদা লৈবা অমনা চিদাই অমদা লৈবা অমবু ময়েক শেংনা লৈফম চুম্না তাকপীবা ঙম্মি । সহ্বরদদি য়ুমথংনবা অমনা অমবু মশক খঙদবসু য়াওই ।

সহ্বরদা লৈবা মতমদা অমনা অমগী মতেং পাংনবগী চাং অসি য়াম্না ব্রাৎথরক্লি । সহ্বরদা লৈবশিংনা লম্নাইগী ওইবা private domain অমদা লৈনবা কন্না হোৎনৈ, য়োৎকী গেৎ পান্দুনা ময়ামদগী তোথাইনা সেশেসন ওইনা লৈনিংবগী খুদম অদু উবা ফংই । Physical independence গী অপাম্বসু নত্তনা তপ্পা তপ্পা mental secession গী অপাম্বসু লাক্তুনা geographical community গী ব্রাংমদা লৈনবসু খৌরাংলক্লি । সমাজ অসিগী মীওই খরদি -

ফিজিকেল্লি অমদি মেন্টেল্লি মরম্নাইগী ওইবা সংসার অমদা হিংনবা কম্না খনবা হৌনরক্লি।

কনাগুম্বনা হায়নৈ মদুদি আইন হাযবসি মিরাংগুম্বনি; অশোনবা জিবতমক থুই, অকনবদি ফাওদোক্তুনা চৎখি। সমাজ অসিদা কাঙলুপ অনী লৈ : Privileged হায়বা অমা অদুদা অতোপ্পা অমনা under privileged. Police কী lock-up মনুংদা জেলদা Privileged কাঙবুনা কয়া কুইনা লৈবগে ? লম্বেল চৎপা মতমদগী privileged কাঙবুনা ইঞ্জিন পানবা গাড়ী মনুংদা তোংদুনা চৎলি। অচুম্বা মওংদা ফুৎপাঠ হাপ্তুবা সড়ক্তা অন্দর প্রিভিলেজশিংনা চৎলি। প্রিভিলেজগী গাড়ীনা থোমদুনা অন্দর প্রিভিলেজ কয়া শীবগা মায়োক্লরি। মী শিহল্লুবগী দন্দিদগী নাম্থোক্লবা পৈশা পীদুনা আইনগী ব্রাংমদা সেট্রল তৌনরি। প্রিভিলেজ কাঙবুদি পুলিসকী তোর্চর, থার্ড দিগ্রি মেথদ কৌবা বার্বরিক মেথদতু চঙবে। মসি পূম্নমক য়েংলুরগা পেন্দ্রবা মীওইশিংনা লাউরকই, 'আইন্দি মিরাংগুম্বনি।'

পোভর্টি, ইলিতরেসি অমদি ইল-হেল্থ প্রিভিলেজগা মরী লৈনদে। মরী লৈনরক্তবা ময়াম অসিগী ফল ওইনা আইদিওলোজি হায়বদু শিখ্রে লোয়ননা ভেল্যুনা লৈখা তাথবা হৌখ্রে। কেরিং, কনসর্ন অমদি কমপেসনবু অপাথি, অলুফনেস অমদি অভারিজনা জয় তৌখ্রে। পোজিটিভ ভেলুবু নেগেটিভ ভেলুনা মায়থীবা পীবা হৌজিল্লক্লে। অরোয়বা পঙ্খুংদি টোটেলিতরিঅনিজমগী পংখৈদা য়ৌরকপা য়ারি।

প্রিভিলেজ গ্রুপকী মনুংদা কনানা মীওইববু কেরিং অমদি কমপেসনেট সোসাইটি শেম্নবা লাক্করিবগে হায়বদু য়েংদুনা দেঞ্জর সিগনেলগী মরক্তা আশাগী সিগনেল অমদি য়েংবা তাই।

মীওইবনা মালেম অসিদা হিংবদা, হিংমিন্নবদা নুংঙাইনবা ঐখোয় কনানো, করিনো, করিগী পোক্লক্লিবনো হায়বনচিংবা ব্রাহংগী পাউখুম ফংনবা হোৎনবগী দরকার ওই। তোমখিন নাইবা মীওইবা কয়ানা ঙসি ফাওবদা হোৎনদুনা লাক্লি, হোৎনদুনা চৎখিগনি। মার্ক্সনা ইখি: 'Life

is not determined by consciousness, but consciousness by life' পুন্সি অসি কোন্সসনেসনা লেপ্পে থোইনদুম পুন্সিনা কোন্সসনেসপু লেপ্পনি । মার্ক্সকী পর্সেপসন্দা 'লিভিং' অমদি 'থিংকিং' অনীগী মরী লৈনবদু উৎলি, লিভিংনা থিংকিংগী মথক্তা থম্মি। লিভিংগী মতুং ইন্না থিংকিং থোক্লকই হায়বসিনি । ইন্টেলেকচুএল গ্রোউটকী যুম্ফমদি মীগী লিভিং কন্দীসন অদুনি । মহাক মহাক্না হিংলিবা পুন্সিগী ক্বালিটিনা মহাক মহা... ব্রাখলগী ক্বালিটি ওই । মার্ক্সকী ব্রাখলদা থিংকিংগী প্রি-কন্দী... লিভিংনা ওই । পর্সেপসন অসিগী মখাদা মার্ক্সনা মীওইব... লমচিংনবা লাক্লরকই । মার্ক্সসু মীওইবনি ঈশ্বরদি নত্তে, মহাক্না হায়বদু ঙাক্না মীওইবনা ইনবা ঙমগে, লৌবা ঙমদে ।

মীওই খরসু লৈ; দিসকারটেসনি । মহাক্না হায়বম্মী cogito ergo sum (I think, therefore, I am), ঐনা খল্লিবদু... ঐ ওইরকই। অয়াম্বা মীওইবনা খন্নরিবদি ঐনা খল্লিবদুনা ঐগী পুন্সি শেমই হায়বসিনি । 'There is a will, there is a way' নীংবু নীংলবদি থোক্লবা অমা লাকই হায়বসি মীয়ামগী চীনফানি, চীন্দা তোংবনি । অচুম্বসু ওইবকপা য়াওই ! মথোয়গী মফমদদি থিংকিংনা লিভিংগী প্রি-কন্দিসন ওই ।

'লিভিং' অমদি 'থিংকিং' অনীগী মরক্তা অচৌবা খেন্নবা মত লৈবে । মরম অদুনা মীওইবা মশেল হিংমিন্নবদা চাউরবা খেন্নবা অসিনা মীওইবগী সমাজদা কাঙলুপ কয়া শেন্নক্লি । থাজবগী মায়কৈদা য়েংলুরগসু ঈশ্বর থাজবা কাঙবু অমা ঈশ্বর থাজদবা কাঙবু অমা । ঈশ্বর থাজদবা কাঙবুনা মার্ক্সকী পর্সেপসনবু য়ানিংবা উৎলি অদুগা ঈশ্বর থাজবা কাঙলুপ্না দিসকাবটেসকী মতপু থাজে । কন্সসনেস হায়বসি থব্রায়নি হায়না লৌনবি। সোল কন্সসনেসকী পর্সেপসনবু কন্না থাজনদুনা পুন্সিদা শান্তি ফংনবা লাক্লবি।

হ্যমেন বিইংগী অর্থ তৌবদা হ্যমেননা মেতবিএল বোদিনি অদুগা বিইংনা সোলনি কন্সসনেসনি । হকচাংবু থবাযনা কন্ট্রোল তৌই হাযনা

লৌনরি । হকচাংনা থবক পাঙথোকপদা ফল অদুনা থব্রাইনা লৌই, হকচাংনা লৌই । ফত্তবগী থবক্কী ফল হকচাংনা ফংদে, থব্রায়না ফংই হায়না অখঙ অহৈশিংনা তাকপীবি । থিংকিং হায়বসি থব্রায়গা মরী লৈনৈ । থিংকিংনা চুন্নবনি লিভিংসু মহয় য়ানবা ঙমগনি হায়না থাজনরি ।

অমবু ওইরবসু অমবু ওইববসু 'লিভিং' অমদি 'থিংকিং' অনী অসি বেলেন্সতা থম্বা চঙই, হার্মোনি ওইহনবা চঙই । থিংকিং অসিদা 'লোংগিং' অপাম্বা হায়বা অমা চঙই । নাতৈ চাদনা 'লোংগিং'গী 'থিংকিং' অমা লাক্লবদি অব্রাবা নংই । হৌজিক্কী ইকনমিষ্টশিংনদি 'দিজিয়ার' হায়বদি 'লোংগিং' য়াওদনা চাওখৎপগী থাক্তা লাকপা য়ারোই । অদুম ওইনমক মপান নাইদবগী দিজিয়ার অমা লাকপা তারবদি নুংঙাইবগী পম্বুংনা, অসুম অসুম লাপথোকখিদুনা তানবা ফংলোই । 'লোংগিং'গী অর্থ থোক্লবা 'ট্রাইভিং' হোৎনবা হায়বা অমসু চঙই ।

'লোংগিং' অমদি 'ট্রাইভিং' গী বেলেন্স থম্নবা গিতানা অসুম্না তাকপী, 'To work alone you have the right but never claim its results, Let not the results of actions be your motive, nor be attached to in action' ঐখোয়না তৌফম থোকপসি হোৎনবদুনি ট্রাইভিংনি, লোংগিংগী ফল অদু নত্তে । থবক অমা তৌরবদি ফল অমদি শোয়দনা থোক্লক্লনি ঐনা পান্নবসু, পামদ্রবসু শোয়দনা ফংগনি ।

নাম্নোকপা য়াররোইদবা অদুদা অদুম খন্দুনা লৈরবদি পাঙদবা ওন্দুনা পুক্নিদা নীংবা কায়বগী খুদোল ফংগনি । 'নীংবা' অমদি 'হোৎনবা' অনিগী অর্থবু খঙদুনা পুক্নিগী খোঙচৎ হৌরসি । □

# অশাওবা মতৌ করম্না থাদোক্কনি



ঐখোয়গী নুমিৎ খুদিংগী ওইবা অয়াম্বা মতমদা ইশাদা মওং অমা নৎত্রগা অমদা অশাওবা হায়বসি পক্লুনা লৈ; এক্সপরিয়েন্স তৌদুনা লৈ । অশাওবা হায়বসি ঐখোয়না অসুক্কী মরিক পামজনা লোয়নৈ মদুদি অশাওবা য়াওত্রবদি হিংবগী লালফমদা মায়থীবা ফংগনি খল্লি । মবম অদুনা অশাওবা থাদোকউ হায়না পাউতাক পীরিবা ধর্ম্মশিংবু মরুওইনা হৌজিক্কী মতমদা, তাথীনা য়েংই।

অশাওবা হায়বসি নেগেটিভ ইমোসননি হায়না লৌনৈ । নেগেটিভ ওইবশিংবু মীওইবনা পাপনি, ভাসনি, বিকারনি হায়না লৌনৈ । অশাওবদগী হিংসা থোরকই, অমগা অমগা লৈনরম্বা নুংশিনরম্বা মরি থদৎনরকই । অশাওবদগী লায়না কয়াসু লাকই ।

অসুক শাথীরবা নেগেটিভ ইমোসন অসিবু ঐখোয় মীওইবনা পামজনা থাদোকপা ঙমদনা হৈনবী ওইদুনা লোয়নরবসু মীওই খরদি অশাওবগী লানফমদগী থাদোক্লবা কম্না হোৎনজবসু য়াওনবি । মখোযনা খল্লি মদুদি অশাওবা হায়বসি অশাবা মৈগী পাংথক্লি । অশাবা মৈবিনা কান্নবা যোৎপু শাহল্লগা অথোৎপা ওলহল্লি । য়োৎ অদুনা অথোৎপা পোৎশক অমা ওল্লক্লবা মতমদা অইংবা যোত্তুম অমনা থোন্ন-থোন্নগা অশাবা যোৎ অদু ওলহন্নিংবা মওংদা শেম্বা য়াই । মতৌ

অসুম্না অশাওবগী মৈরিনা চাকথেক্লবা মী অদু শাউদবা মবুক তন্না অমনা থেন্নগা মহাক্না তাহন্নিংবা মওংদা তাহনখিবা য়াই। মরম অদুনা ঐবু মীনা শেমখীদনবা অশাওবদগী ঈশাবু ঙাকথোকচনা লৈবা হায়বসি ঈশাগী শেমগদবা ফিরেপনি।

অঙাংনা শাউরকপা মতমদা পোৎচৈ লংখায়রকই, কন্না-কন্না কপ্পকই। মতমদুদা তুমিন লৈনবা মথক থোংবশিংনা লাওহৎপি। মতৌ অসুম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা শাউদননা ঐথোয়বু তম্বীদুনা লাকই। চাওখৎলক্লবা মতমদদি অশাওবা অঁসি মশানা তুমিন্না ফাথনবা লাক্ল জয়কই। নেগেটিভিটি ওইবা অশাওবা অদুনা পুক্লিংদা অদুম অদুম লুপথখিদুনা জ্ঞান মাঙবা ওইনা লৈখি। অশাওববু মপান্দা শাওদোকপা অদুগা নমশীন্দুনা থম্বা অনীমক হকচাংদা অশোকপা লাকই হায়না অখঙ অহৈশিংনা তাকপীরি। অশাওবনা ঐ ঈশাদা নত্তনা সমাজদশু অকায়বা থোকহল্লকই।

শাওগনবা মীশিং অসিদা ইরায় লায়না বিপি লাকই, হাইপরতেন্সন ওইরকই, থম্মোয়গী লায়না থোরকই। অশাওবনা হকচাং মাঙনীঙাই ওইবা তোক্সিন কয়া থোরকপদা মতেং পাংঙকই।

ঐখোয়না কন্না শাওগ্লবা মতুংদা ঐখোয়দা অনুতাপ লাকই। অনুতাপ লাক্লগনা ঐনা তৌখিবদু চুম্মি হায়বা উৎননবা হোৎনরকই। অরানবা অমগী মথঙদা অরানবা অমা অদুম থোরক্লনা হিংসাগী শরুক অমা শাগৎলকই। হিংসা অমদগী হিংসা অমনা শমজিল্লকই। কনাগুম্বনা অসুম্না তাকপী মদুদি কনাগুম্বনা শাউরক্লবদি মহাক্কী মায়থোং অদু য়েংউগনু। মহাক্কী অশাওবা মমাই অদু উরুরগা ঐসু শাউনিংবা অমা পোক্লক্কনি। ঐঙোন্দা অশাউবা অদু লৌরকপা মতমদা ঐগী মায়থোংদু অশাওবা ওইরকই। মহাক্না অমুক ঐগী অশাওবা মায়থোং অদু উখ্রগা হেন্না অমুক শাউবকই। অসুম্না অশাওবগী অরাই অথুমগী মৈরিনা চাকখৎনদুনা হিংসা থোক্লরকই। নেগেটিভ ইমোসনশিংবু থেংননবা লাক্লখিবা মীওইবশিংগী মবক্তা বুদ্ধদেবসু অমনি। মহাক্না মঙাল ফংলবা মতুংদা মহাক্কী মশাদগী অশাওবা হায়বদু পুম্মাং মাঙখি।

সাইন্টিষ্টশিংনা অনৌ অনৌবা পোৎ কয়া পুথোক্লুনা মীওইববু নুংঙাইহনবগুম বুদ্ধদেবনা বুদ্ধিজম পুথোক্লুনা মীওইবদা শান্তিগী লম্বী তাকপীখি । মতৌ অসুম্না ধর্ম্ম খুদিংদা ধর্ম্ম লুচিংবশিংনা অশাওববু মাঙহন্নবা অশাওববু নমথবা নত্তবা, লম্বী কয়া তাকপীখি । মখোয়গী তুংইনবা কাঙবুনা মদুগী অর্থ মুম্না খঙদদুনা ধর্ম্ম অমগা অমগা হাৎন শুনবা কয়া থোক্লরি ।

নোংমা বুদ্ধনা তোর্বান অমদা ফমদুনা লৈরিঙৈদা নুপা অমা লাক্লগা মহাক্কী মমাযদা মতীল শীৎচীল্লখি । বুদ্ধগী ভক্তশিংনা মদু উ ৎবদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা মতিকচাবা দন্দি পীরগে হায়দুনা বুদ্ধগী অয়াবা নিরকখি । বুদ্ধনা অয়াং. পীখিদে মদুগী মতুং মহাক্লা তপ্না মমায়দগী মতীল অদু তৈথোক্লগা হায়রকখি মদুদি নুপা অদু মহাক্কী অশাওবা অদু ইংথখিনবা তানজা অমত্তা পীনখো । বুদ্ধনা নুপা অদুদা হায়খি মদুদি মহাক্লা করিগুম্বা শাউনিংদুনা মায়সিদা তিম্না শীৎচৈ ৱিংলক্লবদি হেক হেক লাক্লগা শীৎচীনবীরলাউ ।

বুদ্ধগী থৌওং অদুনা নুপা অদু থক থক নীকহনখি । নুপা অদু মাযথীরে । তশেংবদি নুপা অদুনা বুদ্ধবু পবিক্কা তৌবা লাকখিবনি বুদ্ধবু শাউহনবা লাকখিবনি । নুপা অদু চৎখ্রে । মহাক্লা তৌরুবা পাপ অদুগী অনুতাপ্না চাক্লুনা মথংগী নুমিত্তা বুদ্ধগী মনাক্তা লাক্লুনা মখোঙদা ওগ্গেইনা. কপ্তুনা ঙাকপীয়ু হায়জররে । বুদ্ধনা অচেনবা তুরেলগী ঈচেলদা মখুৎ থিল্লদুনা হায়রকখি মদুদি কাউথোকখ্রো, মবমদি মদু হৌগ্রবনি, চেম্থ্রিবা ঈচেল অসিগুম্বনি ।

মীওইবগী মপোক্তা পোক্লবা বুদ্ধনা অশাওববু কররম্না থেমদুনা অফবা মায়কৈদা মীওইবগী কান্নবা শেমখিবগে হায়বসি মহাক্কী পুন্সিগী ৱারী কয়াদা য়াওরি । ঐখোয়না বুদ্ধগী ৱারী শারগা বুদ্ধদমক পুজা তৌদুনা লৈগদবা নত্তে, মহাক্কী ৱাবীদা পেন্দুনা পি তাদুনা লৈগদবা নত্তে । মহাক্কী পুজারি ওইবনা ঐখোয়গী পুন্সিগী পন্থুংফম ওইফম থোক্তে । মতৌ অসিগুম্না লাইরেম্বা লাইরেম্বীশিং, দেবী দেবতাশিংবু পুজা তৌবা ঙাক্তনা ঐখোয়গী পুন্সিগী পান্দম ওইফম থোক্তে । মখোয়না

পাঙথোকখিবা থবক্তুম ঐখোযসু ঙম্নবা লাক্লগদবনি । বুদ্ধনা মঙাল ফংখিবা তবাইনা ফংখিবা নত্তে । মহাক্কী হোৎনখিবগী লম্বেল অদুদা ঐখোযসু খোঙদাদুনা হোৎনবা চঙই, পুরুষার্থ তৌফম থোকই । পুরুষার্থ য়াওদনা মায়পাকপা ওইথোক্তে । ইতিহাস পাবা ঙাক্তনা ইতিহাস শেম্না ঙম্লোই । মীবোল কয়ানা পাননবা ইতিহাসকী মচাক ঐখোযসু পীবম্না তাবনি ।

হিংসানা থল্লবা ইতিহাস শেম্বগী মহুত্তা মীওইবগী মশাদগী অশাওববু ওপরেসন তৌদুনা লৌথোক্লবা হিংমিন্নবদা নুংঙাইনবা অকিবা লৈহন্দনবা ইতিহাস শেম্বগী মথৌসু মীওইবনা দরকার ওই।

অশাওবা মীওইবগী থব্রায়না লোয়নরকপা পোৎশক অমা নত্তে । মহাক্তি অমম্বা গুম্বনি । অমম্বগী হৌরকফম লৈতে ; হৌরকফম লৈতবা পোত্তি মাঙহনবা য়াই । শাওবা মতমদা চীনবাল ফাওবা কংই । ঈশিং থৌরাংলকই । মসিনা তাকপদি শাউরকপা মতমদা হকচাংগী মহি ফাওবা অশাওবগী মৈশানা কংহল্লি ।

অনৌবা সংসার অমা শেম্নবা হিংসাগী মশক ওইরবা থৌওং কয়াবু থিংনবা ঐখোয়গী ঈশা ঈশাদগী অশাওবনা থাদোকুনা চৎম্রে হায়দুনা মিকুপ খুদিংগী খনবীয়ু । মসিনা অশাওবদগী কন্নবা ফরবা মেদিতেসনগী পাম্বনি । ◻

# হকচাংবু পূক্নিংনা লাকশীনগদবনি



Psychologists অমদি Scientists না ঈশ্বরগী লোবু নৈনরি। অহিংবা মী অমদা হকচাং অমদি পূক্নিং অনী অসি তৎন-থানবা য়াদ্রবা অমনি হায়বসি মীপুম খুদিংমক্তা খঙনরবা ৱাফম অমনি। পূক্নিং হায়বসি থব্রায়গা মরি লৈনবা পোৎশক অমনি। হকচাংদি মশক উবা ফংই gross manifestation নি অদুগা পূক্নিংদি য়াম্না কূপ্পা মশক উদবা অমনি। অপাম্বা রাইদা পূক্নিং হায়জবনি, পূক্নিংনা consciousness পু খঙহল্লি, থব্রায়বু খঙহল্লি, বুদ্ধি হায়বদি ইন্টিলিজেন্সপু খঙহল্লি। পূক্নিং হায়রগা will অমদি feeling বুসু খঙহল্লি।

মীওইবগী হকচাং অসি পার্ফেক্ট ওইদে, মপুং ফাদে। মরম অদুনা থাজনিংঙাই ওইদবা অনরিলাইয়েবল ওইবা পোৎশক অমনি। ঈশ্বরনা পূম্নমকপু শেম্বী হায়। ঈশ্বরনা ফিজিকেল, মেন্টেল অমদি স্প্রিচুয়েল লোগী মতুংইন্না মহাক্কী মথৌ পাঙথোকই। লো অসি অচুম্বা মওংদা পাঙথোক্লবদি অফবা ফল ফংই। অসুম্না হায়নৈ মদুদি While doctors cure, only the mind can heal Doctors শিংনা cure তৌনবা লাক্লবা মতমদা mind না heal তৌরকই। Heal তৌবা ঙমদবা মতমদা

ডোক্টরশিংনা cure তৌবদা ফেল ওইরকই। মরম অদুনা ফেথনা হেল্ঠপু রেষ্টোর তৌবা ঙমহল্লি।

কনা অমত্তনা অৱা অনা সফরিংদগী শান্সাব । ঙমদে। ঘিসস মশামক ফাওবা মীওইবনা তৌবা পাপকীদমক ক্রোস মথন্তা অৱাবা নংখি, সফর তৌখি। মেডিকেল এক্সপার্টনা হাযবি মদুদি কেন্সর হায়বা লায়না অসি জিন্দা লোয়নরকপা অমা ওইবসু য়াই। কেন্সরদা রেস্পোন্দ করম্না তৌগনি হাযবসি ঐখোয়গী immune system দা লৈরে।

পুক্লিংনা immune system দা মতৌ করম্না ইনফ্লুএন্স তৌবগে হায়বদু রিছার্স তৌবশিংনা থিজিল্লি। মখোয়না অনৌবা field অমা, Psycho-neuro-immuniogy হায়না খঙনবা অমা পুথোক্লি। পূক্লিংগা হার্টকা কয়া য়াম্না মবি লৈনবগে হাযবদু Psycho-neuro cardiology না তাক্লি। লোযননা পূক্লিংগা ঈগা কয়া য়াম্না মরি লৈনবগে হায়বদুসু Psycho-neuro haematology না তাক্লি।

ভোঙান ভোঙানবা immune system গা মরি লৈনবা লায়না কয়া মকওইনা এইডস অমদি কেন্সর অসি পরার ওফ থোটকী পাম্বৈনা টেকল তৌবা যাই হাযনা মেডিকেল এক্সপার্টশিংনা ফোঙদোক্লি।

হৌজিক্কী মতমদা auto-suggestion অসি য়াম্না মরুওইবা অমনি হাযনা লৌনরক্লি। মসি অমরোমদা হায়রগনা মেডিটেসন মথল অমনি। ইশানা ইশাবু মশক তাকচবনি। খুদম ওইনা অসুম্না ইশাবু সজেসন তৌজে মদুদি ঐ হায়বদি থৱায়শিনি, হকচাংশি নত্তে; থৱায় হায়বসিদা অনাবা লৈতে; মহাক্তি শিবা নাইদে, মাঙবা নাইদে। অসুম্না থৱায় ওইবগী শক্তম অদুদা ঐনা সুম লৈবগী হৈনবী থম্বা ঙম্নবা মতুংদা ঐঙোন্দা ক্রোনিক ওইনা লৈরম্বা অনাবা অদু নোংমা নোংমগী অসুম তাম্থোকখিদুনা লায়না চেন্দ্রবা হকচাং অমা ওইনা হিংবা ঙম্মী হায়না মেডিটেসন তৌবা কয়ানা ফোঙদোক্লি। ঐহাক নোংমা নোংমগী ফগৎলক্লি হায়না অকনবা থাজবা অমগা লোয়ননা খল্লবদি অঙকপা ফল অমা ফংবা ঙমগনি। পুক্সি অসিদা awareness অমদি sadhana অনী অসি য়াম্না দরকার ওই। ঐখোযগী

পুন্সি অসি কান্নদবা কয়ানা থল্লবা চফু অমগুম্বনি। চফু মনুংদগী অমোংপশিংবু কোখোকপা অমদি মদুবু শেংনা ফেঙদোকপা চঙই। এব্রারনেসকী পাম্বৈনা চফুদগী অমোংপা কয়াদু লৌথোকপা ওম্মী অদুগা সাধনাগী পাম্বৈনা চফুদু ফেঙদোকপা ওম্মী, লংহনবা ওম্মী। পুন্সিগী চফুনা ইহাঙ হাঙলবা, লংলবা মতমদা ঈশ্বরগী গ্রেস চংঙকই। ঈশ্বরগী গ্রেস ফংবা ঙমদ্রবদি ঐখোয়না মহে য়ানবা ঙমদে। পুন্সিগী চফুনা হাঙনা থম্বা ঙম্নবা ঈশ্বরগী মফমদা ঐখোয়না সরেন্দর তৌই। সরেন্দর তৌবা হায়বসি ঐঙোন্দা লৈবা কান্নদবা কয়াসু ঈশ্বরদা কথোকখিবনি। কান্নদবা কয়া[illegible] ঐ[illegible]। মিহৌদুনা পুন্সি অসিদা খোমজিন তাশীন্দুনা পৈশিন্নবা ল[illegible]। ক[illegible]ন্নদবা পোৎনি হায়[illegible]া মশক [illegible]ঙবা অদু এব্রারনেস [illegible] [illegible]ঙনৈ। কান্নদবনি হায়না খঙবা ঙম্নবদি কান্নদবা পোত্তু ঐঙোন্দা না [illegible]ন্নিংলক্লোই।

মাইন্দগী বেসিক নেচর অসি খোমজিনবনি, একুমিলেট তৌবনি। ভক্ত কয়ানা গুরুদগী ফজবা পাউতাক কয়া পেনবা নাইদ [illegible] খোমজিন্নবা লাক্লে। ঐখোয়গী এজুকেসননা ঐখোয়দা পুন্সিদা হিংবা নুংঙাইনবা য়ারিবমখৈ খোমজিন্নবা তম্বী। খোমজিনবা অদুগী পাম্বৈনা ফিজিকেল ক্বালিটি ওফ লাইফ খরমখৈদি ফংবা ওম্মী। অদুবু, অসিগুম্বা মখলগী খোমজিনবা অসিনদি মুক্তি পীবা ঙমদে।

ঐখোয়না খল্লিবা ব্রাখল অমদি ফিলিংনা ঐখোয়বু মায়াগী মিরাংদা হম্না হম্না থুহল্লি। ব্রাখল অমদি ফিলিং অনীবু নকশীনহন্নবা, লাপহনবা অসি এব্রার্নেসনা পাঙথোকপা ওম্মী। করিগুম্বা মতমদা ব্রাখলগা ফিলিংগা অনী অসি য়াম্না তাম্নহনবগী দরকার ওইবা মওংসু লাকই।

ঈশ্বরগী ক্রিয়েসন অসি তেক্তা কায়দনবা divine task অমা জিব অমদি প্রকৃতিদা শিন্নদুনা চৎহল্লি। অদুবু মীওইবনা পুন্সিগী ঈরৈদা উংদুনা লৈখিবদগী worldy pursuit তা পৃক্লিং চঙখি, লোয়ননা ঐখোয়গী পাঙথোকফম থোকপা ইথৌবু কাউথোকখি। ব্রারী অমা লৈ মদুদি ব্রহ্মানা জিবশিংদা মখোয়না হিংগদবা পুন্সিগী অশাংবা অদু য়েম্লোকখি। জিব-খুদিংদা চহী ৩০/৩০ হিংজনবা পীখি। অদুবু গধা, হুই অমদি য়োংনা চহী ৩০ হিংবা শাংমল্লি, চহী ১৫/১৫ দা হস্থবিয়ু হায়জখি। চহী

৩০পোৎলুম পুদুনা হিংবা পামদে হায়না গধানা হায়জখি। অদুবু মীওইবদি পুন্সিগী নুংঙাইবা অসি খরা কুইনা পাম্মী হায়জখি। অতৈ জিবনা পীথোবকপা চহীশিং অদু মীওইবগী পুন্সিদা হাপচীনখি। মতৌ অসুম্না গধানা ব্রাগদবা পুন্সি অদু মীওইবনা শরুক যারি। অদুনা কনাগুম্বনা হায় অহল ওইব ওইরগা, চহী অমা থবক অমা হেনগৎলক্লুনা থবক চিনশিল্লকই। লোয়ননা অহল ওইব ওইরগা য়োং মানবসু হেনজিল্লকই, হুইগুম্ম পংচৈদা চৈবসু হেনগৎলকই।

পুন্সিদা ঐখোযনা চেকশীনগদবা অসি ঐখোয়গী ব্রাথল, ব্রাহৈ অমদি থবক্রি। বাথল হায়বসি পুন্সিগী মকনি। অফবা মরুদগী অফবা মহৈ মরোং যাল্লি। ফত্তবা ব্রাখলদগী অথীবা ব্রাহৈ থে কই। অথীবা বাহৈদগী ঐখোয় মশেল মবক্তা লৈনগদবা শান্তি মাঙলক্লুনা খৎন চৈনবা থোবকই। ফত্তবা ব্রাখলদগী ফত্তবা এক্সন থোরকই। ফত্তবা এক্সনদগী পুন্সিদা মহৈ য়ানগদবা কযা মাঙদুনা তোকই।

ঐখোযনা পুন্সিদা যাম্না চেকশীনগদবা অসি ঐখোয়গী লৈতোন অসিনি। ইঙ্গি অনী মখায় মুক্তা শাংবা লৈ অসিনা জগৎ অসি মাঙহনবা ঙম্মী। অখণ্ড অহৈশিংনা তাকপীবি মদুদি নহাক্কী নবৈদু জয় তৌবা ঙম্নবদি পৃথিবী তম্মায অমা জয় তৌববনি। চিলহাও থিদুনা হাওই হাওতে থিবিবসি লৈননি, মীগী ব্রা ঙাঙনরুবদগী খৎন চৈনবা থোক্লরিবসিসু লৈনা খত্তুনা ঙাঙলুবদগীনি। ইমুং মনুংদা শাউনবিবা অসি মরুওইনা লৈগী এক্সনদগীনি।

হকচাংগী শরুক ওইরিবা ইন্দ্রিশিং অসিবু পূক্লিংনা কন্ট্রোল তৌবা ঙম্ন বা পূক্লিংগী শক্তি হেনগৎহনবা যাম্না দরকার ওই। □

# ইন্দিয়ান হ্যুমেন কেপিটেল্



ভারতনা মহাক্কী ইন্দিপেন্দেন্স ডে খুদিংদা মহাক্কী এচিভমেন্টশিং অদু চাওখোকচনা লাউথোকচৈ। ভারতনা চাওখৎচরিবা এরিয়াদি agriculture, space, atomic energy, electronics, information technology অমদি pharmacenticals নি। পৃথিবীগী মনুংদা ভারতনা ইকনমিক পব্বারদা মরিশুবা ফমফম ফংলি।

ইকনমিক পব্বারদা ব্রাংখৎলক্লি হায়দুনা ভারতনা য়াম্না কন্না চাউথোকপা ঙন্নোইদবা মবম অমদি হ্যুমেন দিভলপমেন্ট ইন্দিয়াগী এরিয়াদা য়াম্না শাথিনা লৈখা তারি। মনিং মখা তমখিবা চহী ৫৬ ফাজরবসু চহী ২৫ গী মথক্তা লৈবা মীশিংগী চামদা ৫০ দি ফোর্মেল্ স্কুলিং ফংদ্রি; ১০০ দা ২৫ না প্রাইমারিগী থাক ফাওবা লোইশিন্দনা তোক্তুনা লৈরি; শুপ্নগী ১০০ দা ৮ না সেকেন্দরি এজুকেসনগী থাক ফংলি; মশিং খরনা হয়ার এজুকেসন ফংলি। ভারতকী লাইরিক হৈবগী চাং অসি চামদা ৬৫ নি। শোই তৌবা ঙম্বফাওবদমক ফাওন্না থিজন্নগা ফংবা মশিংনি। সর্ব শিক্ষা অভিয়ান কৌবা প্রোগ্রাম অমা য়ুইই গী মতেং পাংশিন্নবা হ্যুমেন রিসোর্স দিভলপমেন্টনা পায়খৎপা হৌবে। ২০০৭ দা প্রাইমারিগী থাক অদুগা ২০১০ দা অপর প্রাইমারিগী অরোয়বা ক্লাস ঐট, অঙাং চহী ৬-১৪ দা লৈবা খুদিংমক্তা লাইরিক হৈহন্নবা শেম শারে।

ভারত্তা য়ুনভর্সিটি অমদি য়ুনিভর্সিটিগী থাক্তা লৈবা ইন্সটিট্যুসন মশিং ২৩০ গী মথক্তা লৈরে কলেজনা ১১,০০০ রোমনি, ছাত্রনা মিলিয়ন ১০ রোম্লি। পৃথিবীগী খ্বায়দগী চাউরবা হয়াব এজুকেসন সিষ্টেমদা ভারতসু অমনি। অদুবু ক্বালিটি রোমদা c ‹ ুরগাদ Yale, Harvard, Princeton, MIT, Standford, Oxford, Combridge, Tokyo অসিনচিংবগী থাক্তি য়ৌবা ঙমদ্রি। লৈরিবা য়ুনিভর্সিটি ২৩০ অসিগী মনুংদা ২০ ফানা রেস্পেক্টেবল ষ্টেন্দর্দ ফংবা ঙমদ্রি।

ভারতকী 'হ্যমেন কেপিটেল ফোর্মেসন' অসি য়াম্না শোল্লি হায়না ফোঙদোক্লরি। ইকনমিষ্টশিংনা হায়রিবদি এজুকেসন্দা থাদরিবা শেলফম অসি দবল হেনগৎহনবদি জি ডি পি গী গ্রোটস রেট অসি মশিং হেনগৎলক্কনি। এজুকেসন অমদি হেল্থতা ভাবতনা থাদরিবা শেলফম অসি য়াম্মন্দে। 'ফিজিকেল কেপিটেল' দমক শেমগৎপনা চাওখৎপগী থাক য়াম্না হেন্না বাংখৎপা ঙম্লোই। হৌজিক্তি পৃথিবীদা খঙনরে মদুদি হ্যমেন কেপিটেলনা ফাইনান্সিয়েল কেপিটেল দগী য়াম্না হেল্লি।

ঐখোযগী লিডরশিংনা জাপানবু তোযনা পল্লি অদুবু মখোয়গী একজাম্পলদি ইন্দে। জপানগী লৈজবিবা রিসোর্স হায়ববু শুপ্নতগী হ্যমেন কেপিটেল হায়বসিতনি। ভারতনা ২০১০ দা পব্রার অমা ওইগে হায়রবদি হ্যমেন রিসোর্স দিভলপমেন্টতা অকনবা মীৎযেং চঙশিনবা তাবনি। পৃথিবী পুম্বনা Indian gene-গী ক্বালিটি মশক খঙই।.

লাইবিক হৈজদ্রবসু ভাবতকী মী কয়া West Indies, Guyana, Mauritius, Fiji, East Africa, British, Columbia নচিংবা লৈবাকশিংদা পুদুনা চৎখ্রে। হায়রিবা লমশিং অসিদা এজুকেসন, পোলিটিক্স, ট্রেদ, ইন্দষ্ট্রি অমদি কম্মর্সকী লমদা খ্বাইদগী অথোইবা পৈশা পায়বা মরক্তা ভারত মচাশিংসু অমা ওইরি। ইন্দিযান হ্যমেন কেপিটেল অসি পৃথিবীদা শিংথানিংঙাইওইবি।

তঙাইফদনা হ্যমেন কেপিটেল ফোর্মেসনগী বাখল অসি প্রজা মবক্তসু জ্ঞান তাহনবা চংই, লোয়ননা কম্যুনিটি মোবিলাইজেসন তৌদুনা

Sesnitisation পাঙথোকপগী মতম ওইরে।

হ্যমেন কেপিটেল শেমগৎপগী ওর্গনাইজেসনদা সেল্ফ মেনেজমেন্টকী ব্রাখল্লোল অসি য়াম্না দরকার ওই। মেনেজমেন্টকী ব্রাখল্লোনদি কন্ট্রোল তৌবগী Skill অদুবু ওইবা য়াই। পৃথিবীগী চাউরবা অওনবা মরক্তা মীওইবনা পাঙথোক্লিবা ওর্গনাইজেসন কয়াদা মতৌ করম্না অওনবশিংগী মরক্তা ইরোইননা চত্তুনা ওনগদগে থঙদবা কয়ানা অশিনা ওর্গনাইজেসন ওন্দুনা তোকখি। অহিংবা অমা ওইগে হায়ববদি অ[illegible] হাযবদু মশক খঙবা চংই। অওনবা মবক্তা কন্ট্রোল তৌদুনা চং[illegible]। হা[illegible]স মেনেজমেন্ট মখল অমনি। কম্প্যুটর থোরক্কুনা ইম[illegible]ফার্মেসন টেক্নো[illegible]লাজিদা লমজেল তা[illegible]রকপা মতমদ[illegible] থাযনগী [illegible]প্রস তৌবা কাঙ[illegible]না অনৌবা টেক্লিক লৌবা ঙমদবগী প্রেস থিং। [illegible]না মুৎপা হৌরক্লি। মণিপুরদসু সরকারনা পায়জরম্বা এম এসটি কৌবা ট্রান্সপোর্ট অদু শেল মাঙথরক্কুনা ওর্গনাইজেসনদা অকায়বা লাক্কুনা কোর্পো[illegible]সন ওম্বোক্কুনা এম এস আর টি সি কৌবা মমিং থোন্দুনা থম্লি। এম এস আর টি সিদা থবক শুরিবা শিন্নী কয়ানা মকোক্তা মখুৎ হাপ্তুনা খাঙলি।

পৃথিবীদা ট্রান্সপোর্ট সেক্টর অসি পৈশা য়াম্না তানবা যাবা সেক্টর অমনি হায়দুনা লৌনম্রি। ইনাকখুনবা কয়ানা গাড়ি কয়া লোইদুনা মরম্নাইগী ট্রান্সপোর্ট সিষ্টেম শেম্লি। চাওরবা ব্যুজিনেস অমা ওইনা চখরি। লম্নাইগী মীওইনা চলাইবা ট্রান্সপোর্টকী ব্যুজিনেস চাওখৎলগা সরকারনা চলাইবা ঙমদবগী অর্থ করিনো?

হৌজিক্কী মতমদা ওর্গনাইজেসন অমা হিংহনগে হায়রবদি পোৎলম অহুম চংই। মখোয়শিং অদুদি অহানবদা খুৎ, অনীশুবদা কোক অহুমশুবদা থম্মোয়।

ইন্দষ্ট্রিনা য়াম্না চাওখৎখিবসি সেকেন্দ ব্রার্ল্ড ব্রারগী মতুংদনি হায়বা য়াই। লাল লোইরবা মতুংদা অমেরিকাগী জেনরেলশিংনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নরকখি। মখোয়গী মখুত্তা মতিক চানা পৈশা লৈখি। মখোয়না খনখি মদুদি অচৌবা লাঞ্জাও অমা পাক থোবকখিরোই, মরম অদুনা ইন্দষ্ট্রিদা

পৈশা থাদনুনা ইন্দষ্ট্রিগী লমদা খুম্মাং চাওশিনহন্দুনা পৈশা তান্নগে খনখি। মখোয়না মেনেজমেন্টকী মতাংদা মিলিটরিগী দিসিপ্লিনগা লোয়ননা ওর্গনাইজেসন তৌবা পামখি। মরম অদুনা থবক নৌবা মতমদা খুংনা শুবা লাইরিক হৈবা মীওইবু লৌখি। ইন্দষ্ট্রিদা থবক শুবা কাঙবু অসি লাইরিক হৈতবা মীওইশিংগী শিনফম ওইনা তৌনরম্মী। হৌজিকসু খুংনা শুবা থবক অসি কয়া পামনদবা উরি। থবক শুরকপা মতমদা লাইরিক হৈবা মীশিংনা য়াওবা ইন্দষ্ট্রিনা হেন্না চাওখৎলকপগী খুদম কয়া ফংনরি। অসুম তৌদুনা অমেরিকানা ইন্দষ্ট্রিগী লমদা চাওখৎলক্লুনা পৃথিবীদা শেল থুমগী লমদা মাঙজিল থাবা ঙমখি। অদুবু হৌরকপদা চাওখৎলকপা অদুগী চাং অদুদি হন্নখি।

অমেরিকানা চাওখৎপগী চাং মাঙজিল থারম্বদু জাপান্না অমুক মহুৎ শিনবা হৌরকখি। অমেরিকানা চথরম্বা টেক্নিক অমা 'খুত্তামুক পুরগা লাকউ, কোক্তি ঐখোয়না পুখোক্কনি' হায়রবসিনা মতম খরদি চংনবা য়ারম্মী। মতম খরা লৈরগদি শোইবা লাকয়্রে। মতাং অসিদা খরা অমুক শেমদোক্লগা জপান্না হায়রকখি। খুত্তা নত্তনা কোকসু পুরগা লাকউ। মেনেজমেন্টতা কোক লৈবা ব্রার্কশিংসু য়াওহনখি। খুৎকা, কোক্কা ওর্গনাইজেসন অদুদা পুল্লপ থাদরকপনা জপান্না পৃথিবীদা অমুক হায়গৎলকখি। অদুবু, মখোয়গীসু চাওখৎপগী চাং অদু অসুম অসুম হন্নরকখি।

হৌজিক্তি অনৌবা ব্রাহে অমা হাপচিন্নগা ওর্গনাইজেসনগী দিভলপমেন্ট ফংনবা লাক্লরি। ব্রাহে অদুদি 'থম্মোয়' কৌই। হৌজিক্কী মতমদা ওর্গনাইজেসন্না খৌরাংলিবা অসি থম্মোয়নি। তলব ঙাক্তনা মীবু থবক শুহনবা ঙমদে। থম্মোয়না য়াথ্রবদি আইনগী দরকার লৈতে। মরম অদুনা হৌজিক দরকার লৈরিবদি খুৎ, কোক, থম্মোয় অহুম অসি পুল্লপ পুন্না থবক তৌমিন্নবা অদুনি।

হ্যুমেন কেপিটেল শাগৎপদা থম্মোয়গী রোল যাম্না চাওই। থম্মোয জয় তৌনবা খনবগী মতম যৌবে।

# ঐগী মশক



ঐখোয মীওইবনা *'প্রোব্লেম'* কয়া মাযোক্নরি। প্রোব্লেমশিং অদুদি *'ইকোলোজিকেল, সোসিয়েল'* অমদি *'পার্সনেল'* ওইবা য়াই। প্রোব্লেমশিং অসিগী অৱোয়বা সোলুসন, *'অল্টিমেত'* সোলুসনশিং অদুনি ঐখোয়না থিবিবা। হায়বিবা সোলুসনশিং অসি ফংনবা মফমদদি কদায়দনো? ব্রাহং অসিগী পাউখুম্নি মীওইবনা ঙাইবিবা। অদুবু, ঙসি ফাওবদি অশেংবা পাউখুম লাক্ত্রি। অখঙবা কনাগুম্বনদি তাকপীবকই, অদুবু, ঐখোয়নদি কৃপ্না থম্মুনা থক তারুদে।

অখঙবশিং অদুনা তাকপীবকই, *'স্পিরিচুয়েল জনি'* অমা চৎলবদি অচুম্বা লম্বেল ফংবা ঙমগনি। খোঙচৎ অসি তির্থ কয়াদা চৎকদবা নত্তে, ঐগী নুংদা চৎকদবা খোঙচৎনি, জর্নিনি। খোঙচৎ অসিদা ঐখোয়না ঐখোয়গী নুংদা থেংনবা কয়া *'দিস্কবব'* তৌবা ঙমগনি। পুন্সিদা ঐখোযনা দিস্কবব কয়া তৌবা চঙই। দিস্কবর অদুক্তি মতীক ফংবা কয়ানা মীওইবদা অচুম্বা লম্বেল তাকপীবা ঙমই। ঐখোযদি খোঙচৎ লেপ্তুনা লৈবে। চীংখাদা লেপ্লগা চীংদোন্দা য়েংদুনা লৈবে। চীংদোন অদু য়ৌবদা ঐখোযনা থেংনগদৌবিবা মযাম অদু চীংখাদা লেপ্তুনা লেঙদনা লৈববদি কবিগুম্বা অমত্তা দিস্কবব তৌবা ঙম্লোই।

মাযা কৌবা অমা লৈ। মাযাগী 'লেযব' হাযবদি লৈবোল কযা লৈ।

লৈবোলশিং অদুনা ঐখোযবু কুপশীন্দুনা থমই। পোৎকি অশেংবা মশক উহনে দ। পোৎকি অশেংবা মশক খঙনবা মায়া করিনো মশক খঙদোকপা চঙই। নৎত্রবদি অমম্বদা, *'ইগনোরেন্স'*তা লেপ্তুনা অদুম য়েংদুনা লৈগনি। অখঙ-অহৈশিংনা তাকপী মদুদি, অমম্বদা পোৎকি অশেংবা মশক মাঙখি। ওন্ন-তৈননা উহল্লি। খুদম ওইনা পল্লবদা অমম্বদা তাদুনা লৈরম্বা থৌরি অমবু লিল ওইনা উবা য়াই। লিলনি খল্লুবদগী পাখৎপা য়াই। অদুবু, মনাক্তা চঙসীন্দুনা মুম্না য়েংলবদি অশেংবদু খঙবা য়াই। জ্ঞান অমনা মায়খুম হাংদোক্লিবমখৈদি অমম্বা অপঙবদা ইগনোরেন্সতা অদুম লৈগনি।

মতৌ অসুম্না ঐখোয়না ইগনোবেন্সতা লৈরগা প্রোব্লেম কয়াবু *'সোম্ব'* তৌনবা লাক্লবা মতমদ প্রোব্লেম অমগী মথক্তা প্রোব্লেম কয়ানা ননশিল্লকই।

ইগনোরেন্সতগী ঐখোয়না করম্না কনগনি? ইগনোরেন্সতগী কনগে হায়রবদি মাযাদগী নাম্থোকপা তাবনি। অখঙ অহৈনা তাকপীরি মদুদি 'ঐ' অমদি ' ঐগী' হ্রাহৈ অনিগী অর্থ মুম্না খঙবা ঙম্নবদি মায়াদগী নাম্থোকপা ঙমগনি।

অসিমসু তাকপীবি মদুদি 'ঐবু' *'মি'*হায়বসিনা হকচাংবু তাকপী অদুগা *'মাইন'*হায়বসিনা হকচাংগী মরি লৈনবা কয়াবু তাকপী। হকচাংগা মবি লৈনবর্কপা কযা অসিবু মায়াগী মশকনি হায়ন লৌনরি। হকচাংগী মপু ওইরিবা থব্রায়বু 'ঐ' হায়না খহনৈ। 'ঐ'বু *'শেল্ফ'*হায়নসু লৌনৈ। নোংমদি শেল্ফনা ইগনেরেন্সতগী নাম্থোরকপা মতমদা অশেংবা মশক উরকপা ফংলক্কনি।

ব্রাবি অমা লৈ। নিংথৌ পবিক্ষিতকি ব্রারিনি। নোংমা মহাক্না আশ্রম অমদা চঙলকখি। ঋষি অমনা যাম্না *'দিপ মেদিটেসন'* তৌদুনা লৈবমই। নিংথৌ লাকই হায়বদু খঙলমদে। নিংথৌবু থওইদে হাযদুনা খল্লুবদগী মহাক্না লিল অশিরা অমা ঋষি অদুগী মঙক্তা যেৎশীল্লগা থম্বীবমই। ঋষি অদুগী মচানুপা অদুনা আশ্রমদা হল্লকপা মতমদা মহাক্কি মপাগী

মঙক্তা লিল অশিবা অমনা য়েৎশীন্দুনা থম্বীরম্বা অদু থেংনরমই। থৌদোক অদুদা ঋষি অদুগী মচানুপা অদু শাউবনা থম থেংগ্রে। অশাওবা অদু খাঙবা ঙমদ্রদুনা মহাক্না শাপ তৌরকখি। লিল অদু খারৌ ওইরমই। মহাক্কি শাপ অদুদা অসুম্না পনখি মদুদি তৌরগ্রিবা মীশক অদু নুমিৎ তরেৎনিগী মনুংদা খারৌনা চীক্লুনা শিরসনু।

মচানা তৌবা শাপ অদু মপা অদুনা তাখি। নিংথৌ অদুগী মফমদা করিগী অদুক কনবা শাপ তৌরিবনো হায়না চৈখি। তৌথোকখ্রবা শাপ্নি হল্লিনবদি য়াদ্রে। ঋষি অদুনা নিংথৌ অদুগী মফমদা মহাক্কি তারক্রদবা দবা অদু তমখি।

পাউ অসি তাবদা নিংথৌ অদু নীংবা কায়রে. মতৌ করম্না অশিবদগী কনগদগে হায়না খিবা হৌরক্লে। কনামগুনা মহাকপু কনবা ঙম্বা য়াওখিদ্রে। মমৈদা শুকদেব কৌবা ঋষি অমা থেংনখি। নিংথৌ অদুনা মহাক্কি অম্রাবদু মহাক্কি মফমদা তমখি।

ঋষি অদুনা খুম্রকখি, " হে নিংথৌ নহাক জ্ঞান তাদ্রে। নহাক পরিক্ষিতসু কৌদে, নিংথৌসু নত্তে। লিলনা চীক্লুনসু শিরোই, নহাক নহাক্কি হকচাংদু নত্তে। নহাক্কি আত্মা হায়বদুনি। থরায় হায়বদুদি মুৎপা নাইদবনি, শিবা নাইদবনি।

ঋষি অদুনা পীবা জ্ঞান্না পরিক্ষিতকি অশেংবা মিৎ পাঙখি। মতম চানা লিল অদু লাকখি। লিল অদু উবদা আত্মাজ্ঞান ফংলবা পরিক্ষিত করিমত্তা কিখিদে, থুক্কৎখিদে। লিল অদুনা ঋষি অদুগী মমাঙমক্তদা পরিক্ষিতপু চীকখি। নিংথৌ পরিক্ষিতনা অশিববু হরাও হরাও ওকখি। পরিক্ষিত কৌবা হকচাং থাদোক্লুনা আত্মা অদুনা ঈশ্বরগী মনাক য়ৌজখি।

ঐ মশক খঙবা হায়বদি আত্মাবু মশক খঙলবদি প্রোব্লেম পূম্নমক্কি সোলুসনশিং থোবকপা ঙমগনি। ☐

# পুক্লিংদা মহিক



Blaster কৌবা কম্প্যুটর ভইরস অমনা কম্প্যুটর নেটৱর্কিস কয়াদা infect তৌহনখি। শাথীরবা ভইরস অসিনা এটেক্ট তৌরকপা মতমদা কম্প্যুটরগী think tank ওইনা লৈরিবা সেন্ট্রেল প্রোসেস য়ুনিট (সি পি য়ু) গী য়ুটিলাইজেসন অসি কা হেন্না ৱাংখৎহল্লকখি। হেন্না য়ুটিলাইজ তৌহল্লকপা অসিনা কম্প্যুটরশিং এবনোর্মেল fashion অমদা থীহেৎ তৌহল্লকখি। ব্লাষ্টর তৌবা ভাইরসনা ব্যুজিনেস ৱার্ল্ডদা অচৌবা অমাঙ অতা থোকহনখি।

কম্প্যুটরগা হ্যমেন মাইন্দগা চাংদন্নে। মরম অসিনা কম্প্যুটরদা থোক্লিবা ভাইরসকা মীওইবগী পুক্লিংদা থোক্লিবা ভাইরস মানবা ইভিল থোট শিংগা চাংদন্নবা যাই। কম্প্যুটরবু ভাইরসতগী কন্নবা এন্টি ভাইরস শীজিন্নবগুম মীওইবগী মাইন্দসু মশানা মশাবু ঙাকথোকচবা অমা চঙই। পুক্লিংনা মশানা মশাবু ঙাকথোকচনবা ৱাখলগা লোয়নবা পুন্সি লেনবা দরকার ওই। রাইট থিঙ্কিং অমদি লিভিং অনী অসি পুক্লিংগী দমক্তদি এন্টি ভাইরসনি। ভাইরস কুপ্পা করপ্টিং ইনফ্লুয়েন্সশিং চঙদনবনি।

ঈশ্বরনা মীওইবগী পুক্লিংদা virtues কয়া প্রোগ্রাম তৌদুনা শেম্বীরকই। পুকচেল শেংবা, মীনুংশি, দান তৌবা অসিনচিংবশিং অসি virtue ঙাক্তনি। মীওইবগী পুন্সিদা হিংগে হায়রবদি পোলিসি কয়া চঙই।

পোলিসি পুম্নমক্কী মনুংদা পুকচেল শেংবনা খ্বাইদগী ফবা পোলিসিনি। Honesty is the best policy হায়নবিবনি। মীওইবনা শক্তিসু দবকাব লৈ। জ্ঞানা শক্তিগী খোন্নফম্নি; নোলেজ ইজ দি পবাব হায়নৈ।

ঐখোয়গী পুক্সিদা প্রোগ্রাম তৌদুনা থম্বীবক্লবা virtue শিং অসি জ্ঞান তানা শীজিন্নফম চানা শীন্নবা মতমদা মাইন্দ প্রোসেসিং যাম্না দবকাব লৈতে। সুপ্নগী virtue শিং অসিবু বেস্পোন্দ তৌবিবগী ব্রাদনি। বেস্পোন্দ ফজনা তৌবীববদি পূক্লিংগী সেন্ত্রেল প্রোসেসিং যুনিট (সি পি যু) তা থবক যাম্না চিলহন্দে। পূক্লিংনা virtue গী মখাদা থবক পাঙথোক্লিবমখৈ কান্নদবা লোঙ কযাদগী কন্দুনা stress free ওইবা ঙমগনি।

ঐখোযদা কান্নদবা undesirable attributes কয়া লৈ। মখোযশিং অদুদি অপাম্বা, অশাওবা, কল্লকপা, যেংথিবা, নাপল অসিনচিংবা অসিনি। শাববিবা মাঙনীঙাই ওইবা attribute শিং অসিনা পূক্লিংগী সি পি যু দা কা হেন্না থবক তৌহন্দুনা virus অমগুম পূক্লিংগী প্রোগ্রামবু মাঙহল্লকই। লোযননা পূক্লিংদা খোযশাং খোযশাওনবা, অকীবা থোক-দুনা পূক্লিংগী immunity বু হন্থহল্লি।

Virus infect তৌববা পূক্লিং অদুনা হকচাংবু শোকহল্লকই। পূক্লিং অমদি হকচাংনা শোকহল্লক্লবা মতমদা সমাজ অদুবুসু শোকহল্লকই। হৌজিক্কি মতমদা ইংলিবা মীওইবা অযাম্বা পূক্লিংদা Virus infect তৌববা ঙাক্ত ওইশিল্লক্লি। ঈশ্বরনা প্রোগ্রাম তৌদুনা থম্বীবিবা Virtues ঙাকশেন্নবা উপায অমা থিবা তাবনি। লমন খুমগন্নিংবা পূক্লিংনা মহাক্কী মেমোরিদা লৈখিবা হৌখ্রবা কযাবু নীংশীংনবা লাক্লবকই। হন্না হন্না মদুতবু খন্দুনা শান্নবকই। মদুনা মবম ওইদুনা হকচাং শোকচীল্লকই, ব্রেক দাউন ওইবকই, stress অমদি strain থোক্লকই। হৌখ্রবা কযাবু নীংশীংলকপদগী লমন খুম্নিংবগী মৈবি চাকখৎলকই মদুগী ফলনা লাল কযা থোবকই। মবম অদুনা অসুম্না হাযনৈ মদুদি লাল হাযবসি পূক্লিংদা হান্না থোবকই। War starts in the mind first

কনাগুম্বগী পূক্লিংদা লমন খুম্নিংবগী মৈবি অসি চাকখৎলকই, মৈবি

অদু মীওই খরদা অমুক শন্দোকই। অসুম্না মৈরি খরা অদুনা অমুক শন্দোক্লবা শান্তি ওইনা লৈজরম্বা জগ্গল অদু মৈনা চাক্কুনা উৎ ওল্লি। মৈরিক্কুগী মৈজ্রাওবী ওল্লকই। মুংশিবা কৌবা ফিলিংনা হস্থরকপা মতমদা অকীবা কৌবা ফিলিং অমা পোক্লকই। অকীবা কৌবা ফিলিং অসিনা মীওইবদা ষ্ট্রেস কৌবা ফিলিং অমা অমমুক পোকথোরকই। ষ্ট্রেসতগী টেন্সন থোরকই। অসুম্না টেন্সন লাক্লবা মতম অদুদদি মহাক অদু মশাগী থাজবা কনফিদেন্স মাঙথরক্কুনা ডিপ্রেসন থোরকই। মতম অদুদি মহাক অদু পুন্সিগী লানফমদা মায়োক্লবা ঙমদদুনা অনাবা অমগুম অকীবনা খুদম চন্দুনা লৈখি। মীওইবনা ব্রেন্ঠ, পন্নার, prestige অহুম অসিবু খৌরাংই। মীওইবনা ব্রেন্ঠ পাম্মী, ইনাকখুনবা ওইনিংই। ব্রেন্ঠকী অপাম্বদি মহাক্কী লিমিট লৈতে। হৌজিক্কী মতমদা ব্রেন্ঠ তানবা অসি হুমাং তাদনা ইব্রা ব্রাদনা ফংবা শেল অদুনি। ব্রাদনা তানবা পাম্বা ব্রেন্ঠ অদুগী ফল করি ওইফম থোকই? অচৌবা অংাঙবনা তুং ইন্নরক্কনি। ব্রেন্ঠ লৈবা মী অদুনা Prestige পাম্মকই, পন্নার পাম্মি। মহাক্কী প্রেষ্টিজগীদমক মী কয়াবু নমথনিংবা লাকই, দোমিনেট তৌনিংঙকই। পন্নার পায়রকপা মতমদা মীনা ময়ায় কারকই। পন্নার পায়রবদি ব্রেন্ঠসু ফংই অদুগা Prestige সু লোয়নরকই। Prestige গী মতুংদা মতমচুপ্পদা ব্লেমিং অসি লোয়নৈ হায়বসি কাউথোকই। হায়নবা লৈ মদুদি পন্নার করপ্টস, পন্নার পায়রবদি করপসন তৌরকই। করপসন য়াম্না তৌবা সমাজ অদু দিনেজেনরেত তৌরকই। করপসন হায়বসি লম্নাই অমদি সমাজ অদুগী নেগেটিব থোটতগী থোরকপা পোৎশক অমনি।

কম্প্যুটরশিংবু ভাইরসকী এটেক্টতগী কনগে, ঙাকথোক্কে হায়রবদি 'firewalls' শেমগৎপা চঙই। কম্প্যুটরগুম মীওইবগী পূক্নিংদসু ভাইরসতগী ঙাকথোক্লবা রাইট কন্দক্টকী 'firewall' চঙই।

'রাজযোগ' পূক্নিংগী ভাইরসতগী ঙাকথোক্লবা 'firewall' নি। ঙাকপীবা mercy অমদি forgiveness হায়বসি stress buster নি। অসিগুম্বা পোজিটিব থিঙ্কিং অসি রাজযোগগী পাম্বৈনা পূক্নিংগী মপাঙ্গল কনখৎহল্লক্লবা মতমদা পূক্নিংদা ফিল তৌবা ঙমহল্লি। লৈবাক অনী কুইনা

লাল তৌনবদা ঙম্নদ্রবা মতমদা forgive and forget the past' হৌশ্রবা পূম্নমক কাউথোক্লগ্রগা ঙাকপীবগী থবক পাঙথোক্লরসি হায়রগা নাকল অনীমক্তা শান্তি পুরকই।

Meditation কয়াগী মতুংদা অথোয়বা অমা ওইরক্লিবা রাজযোগ পূক্লিংদা চঙঙকপা ভাইরসকী এন্টি ভাইরস মখল অমনি।

# ঙসিগী নহারোলদা



নহারোলগী মনাক্তা মপান নাইদ্রবা শক্তি লৈ, এডভেঞ্চরগী থৌনা লৈ, অনৌবা horizons শিংবু খৌরাংই। জ্ঞানগী, এক্সপরিয়েন্সকী, ইন্টরেষ্টকী অনৌবা horizon কয়াবু ফংনিংই থিনিংই।

মীওইবদা পুক্লিং হায়বা অমা লৈ, বুদ্ধি হায়বা অমা লৈ। বুদ্ধিবু intellect হায়বগসু খঙনৈ। অখঙ অহৈনা তাকপী মদুদি ঐনা মফম অমদা; গাড়ি মনুংদা চৎপা মতমদা মফম অদুদগী ঐগী যুমদা লৈহৌবা, ঐগী টেবলদা লৈহৌবা লাইরিকশিং, চাকখুমদা লৈহৌবা পোৎচৈশিং উবা ফংই। উরিবা পোৎশিং অদু ঐগী মিৎনা নত্তে, বুদ্ধিনা উবনি। হকচাংগী ওইবা মিৎনা থৌবা মতমদা পোৎকী-অশেংবা মশক খঙবা ঙম্মী। মতৌ অসিগুম্না বুদ্ধিনা থৌরবা মতমদা অচুম অরান মশক খঙবা ঙম্মী। এজুকেসনগী অবোয়বা পান্দমদি intellect পু ফগৎহনবনি। অফবা intellect পু ব্রিজদম হায়না খঙনৈ।

নহা ওইরিঙৈগী মতমদা intellect অসি মতোমতা শাগৎচরকই। বেডমিন্টনগী বেকেট তিংবগুম্বনি। বেকেট অদুনা লিংঙিবমখৈ থোম্বদা নুংঙাই। মরম অদুনা নহা ওইবিঙৈদা intellect কী বেকেট অসি লিংবা মরম্না মরন্নাই থোমদুনা শান্নিংই, মীনা হায়বা লৌনীংদে। মবম অদুনা অহলনা অকপা ব্রা লৌনীংদবা কনাবুসু থওইদবা কিদবা অমা ওইরকই। অদুবু রেকেটকী গট অদুনা নোপথরকপা

মতমদদি উপায় লৈদ্রবদুনা পুন্সিদা মায়থীবা ফংঙকই। মণিপুরগী নহাবোলশিংগী মরক্তা মৈতৈশিংনা শাগ্নগী মবমদা খুমাং চাওশীনবা খবা হোল্লে। নহাবোল ওইবগী পামজবা এভেঞ্চর তৌনহনদুনা মখোয়গী ইনর্জি অদু অচুম্বা লম্বৈল অমদা চংশদা নত্তেং পাংই। স্পোর্টসিক ইনভাইরোনমেন্ট অমা মৈতৈগী কম্যুনিটি মরক্তা লৈ। ইনভাইরোনমেন্ট অদুনা নহাবোলশিংবু শাগ্নবগী লম্বীদা যৌগৎপা, যৌনা পী।

মৈতৈ নহাবোলনা মাঙাজল থাবাক্লবা অদু অতোপ্পা নহাবোলশিংসু পান্নরম্বা যাই। অদুবু কাঙলুপ অদুগী ইনভাইরোনমেন্টনা যৌগৎপা পীদ্রবদি নহাবোলশিং অদুদা যৌনা পী।

মৈতৈ নহাবোলনা মাঙজীল থাবক্লিবা অদু অতোপ্পা নহাবোলশিংসু পান্নরম্বা যাই। অদুবু কাঙলুপ অদুগী ইনভাইরোনমেন্টনা যৌগৎপা পীদ্রবদি নহাবোলশিং অদুদা যৌনা পীবা ঙম্মক্তে। মবম অদুনা নহাবোলশিং অদুগী মবুক্তা হম্বগী বাখল খল্লকই।

অদুগা নাকল অমবোনদা যেংবা মতমদা চীংমীগী নহাবোলশিংনা আইএএস/আই পি এস/আই এফ এস ওইনা ফংবা হোল্লে। মখোয়শিং খ্রাসনা তুংদা এদর্মিনিষ্ট্রেসনগী খবক্তা খ্বাংপান্না নাওবা ঙল্লবই। মায়কে অসোমদা অমুক মৈতৈ নহাবোলশিংনা পোকশাওনবা অমুক পোক্লকই। হিবম অসিদদি এস টি শিংগী ক্বাটা লৈবনা মখোয়না ফংবনি হায়না খল্লি।

অসুম্না নহাবোলশিংনা মবক্তা hatred অমা পোকপদৌনা তৌই। মদুমক অচুম্বা ওইবমদবসু যাই। অচুম্বা ওইতন্দবসু যৌ। জাং বিজ্ঞান খায়দনা নহা অমগী শক্তিদা থাজবা থম্বা ওঙায় ফদে। মবম অদুনা পুক্রিংনা পুশিল্লকপা ভাইরস অদু intellect না এন্টি ভাইরসগী মশক লৌবগা থিংবা অমা চঙই। Intellect কী মতংইগ্না ঐখোয়দা কর্নফিদেন্স পী, ইশাবু থাজবা লাকই, থাজবগী পাঙ্গন্দগী ব্রিল পরাব থোবকই। হায়বিবা ব্রিল পরাব অদুগী শক্তিনা পুন্সিবু মতৈ যানবগী লম্বৈলদা থৌদুনা চংলি। নহাবোলশিংনা ব্রিল পরাবগী শক্তিবু পোজিটিভ ওইবা মওংদা পুদুনা চংপা দবকার ওই।

ঐখোয়না থৌদিন নাইনবা এজুকেসন অসিদি ইনফোর্মেসনগী থাওদমক ওইনা থম্মে। ইনফোর্মেসন্না intellect ওম্না যৌবক্লবা নিয়ম খঙবা চুম্মী। কনাগুম্বনা হায় মদুদ থৌজিক্কী এজুকেসন অসিদি ready made food

কুম্ননি। কনাগুম্বনা কমলাগী মহাও লৈবা হৈ মহি থকপা য়াই, কমলাদগী হেন্না হাওহন্না শেম্বসু য়াই। অদুবু মহাওগী ব্রানি, অশেংবা কমলানা হকচাংদা কান্নবা পীবা অদুগুম্বা হৈ মহি অদুনদি পীবা ঙমদে। হৌজিক্কী মতম অসিদি ইনফোর্মেসন রিভোলুসননি, ইনফোর্মেসনান, ইনফোর্মেসন এক্সপ্লোসিবনি। ইনফোর্মেসন ঙাক্তনা ওইবা য়াদে। ইনফোর্মেসনদগী নোলেজদা ওন্থোকপা চঙই, মদুনসু লোইদে অন্দবষ্টৈন্দিংগী থাক্তা পুখৎপা অমসু চঙই। অসুম্না থাক অমদগী থাক অমদা কাখৎলক্লগা এৱারনেস অমদি ৱিজদমগী থাক্তা চঙলকপা ঙম্মকই।

ঙসি পৃথিবীবু মাইওন চুন্নিবা, খুদোংথীবদগী কল্লিবা অসি ৱিজদম লৈবা কাঙলুপনি। জাতি খুদিংগী মরক্তা ৱিজদম লৈবা কয়া পোকখি। মখোয়শিং অদু ঙসি ফাওবদা শোন্নবি। Academic degree পায়বা ঙাক্তনা ৱিজদম ফংবা ঙমদে। ডিগ্রি পায়দবা গুরু কয়াগী মতুংদা দিগ্রি পায়বা কয়ানা মহাকপু ফংনবা লাক্লবা ঐখোযনা ঙসি থেংনবি, উবি।

ৱিজদম কবিনো হাযবা খন্থবা মতম ওইরে। শক্তি লৈববা নহাবোলশিংনা বিজদমগা লোযননা ব্রাখল লেপ্পগা সমাজ শেমগৎলকপনা ইমু নাইমু তান্নবা থৌদোক কযাদগী কনবা ঙমগনি। নহারোলশিংগী পুক্লিংদা মতম চুপ্পদা পোজিটিভ থিঙ্কিংগী ঈচেল অমা চেলহন্দুনা লৈহনবা চঙই। হায়বিবা ব্রাখল অদুনা মহাকপু পুন্সিগী লালফমদা নীংবা কাযবা হায়বদুনা মায়থীবা পীবা ঙম্লোই। হৌজিক্কী যুগ অসিদি intellectual capital নি। বুদ্ধিনা, intellect না শেম্লেপ ওইনা শাজিন্নবা মতম ওইব্রনি। খুদম ওইনা হাযববদা কম্প্যুটবগা মবি লৈনবদা সোফ্টব্রাযব পুথোকপনা পৃথিবীদা পৈশা পাযবা ময়ামগী মরক্তা মফম ফংখ্রবনি। সোফট ব্রায়র হাযবসি মীওইবগী intellect কী মতেংনি।

পুক্লিং হাযবসিনা ইমোসন অর্মদি impulses কী সেন্টবনি। Intellect হায়বসিনা পুক্লিংদা লাকপশিং অদু অফ ফত্ত লেপ্পগী থবক তৌই। পুক্লিংনা পুশিল্লকপশিং অদু বুদ্ধিনা ফিলটব তৌদ্রবদি মহাক্কী পার্সনেলিটি অদু অফবা ওইদে। কম্প্যুটবগী লোলদা হাযবা তাববদি মাইন্দ হাযবসি ভাইবস অমগুর্ম্বান অদুগা intellect না এন্টি ভাইবস ওইবা সোফট ব্রাযবনি। পুক্লিংনা ঐখোযগী দাটা বেজ অদু কবপ্ট তৌহল্লকই অদুগা intellect না মদুবু প্রোটেক্ট তৌই, ঙাকথোকই। খুদম ওইনা হাযববদা নহা অমনা কবিগুম্বা

অমদগী দ্রগ চাবগী মরক্তা চঙলুরবা মতমদা মাগী পুক্লিংদা ইনফোর্মেসন খরা চংঙকই। সঙ্গগী শক্তিনা মহাক্না দ্রগ অদুগী মহাও তংনিংলকই। মহাক্না মহাও তংনিংলকইবা অদু মাগী ইমোসননি অমদি impulse নি। করিগুম্বা intellect অদু অচুম অরান খঙদনা পুক্লিংনা হায়রক্লিবা অদু য়াথোকখ্রবদি মহাক দ্রগ অদুবু মহাও তংবা হৌগনি। দ্রগ চাবগী এক্সন অমা চখরক্কনি। এক্সন অদুনা হেবিট অমা ওনখীদুনা মহাক্কী করেক্টর অমা ওইরক্কনি। করেক্টর অদুগা চান্নবা মহাক্কী পার্সনেলিটি ওইরক্কনি। মীওইবগী লায়বক, পম্বুং অসি করেক্টবগী মখা পোল্লি। □

# আধ্যাত্মিকী কলচর



Truth, অচুম্বা হায়বদু থিননবা লম্বেল অহুম লৈ। মখোয়শিং অদুদি, Philosophy, Religion, Science লম্বেল অহুম্মক্তা Philosophy চঙই। থবক অমা পাঙথোকপা হায়সি ব্রাখলনা মাঙওইনৈ। পুক্লিংদা হান্নানা শেম্বা লোইরগা পোৎ ওইনা মপান্দা ফোঙদোরকই।

Philosophy হায়বসি quest নি, search নি, খঙননবা থিবা অদুনি। Nature অসিনা কবিনো; জগৎ অসিনা কবিনো, মীওইবগী পুন্সিনা করিনো হায়বা মশক খঙননবা থিরিবা, খঙলিবা জ্ঞান অদুমক Philosophy নি। মীনা মানা মানা থিজিল্লুবদা ফংলকপা জ্ঞানগী মতেংনা তোঙান তোঙানবা থাজবা, belief কয়া শেমদুনা থম্লকই। মরম অদুনা তোঙান তোঙানবা Philosopher দগী তোঙান তোঙানবা belief থোবকই।

Philosophy শিং অদুনা মখোয়না পুথোক্লিবা belief অদুগী মতুং ইন্না শাস্ত্র শেম্মকই, ritual পুথোবকই, মন্ত্র-যন্ত্র, তোঙান তোঙানবা লাইশোল তিনশোল, Prayer শিং শেম্মকই। মতম অদুদা belief অদু faith ওল্লকই লোয়ননা religion অমা ওইনা থোবকই। অদুম ওইনমক ritual লৈতবা Philosophy দি Philosophy ওইনা অদুম লৈহৌই ধর্ম্ম অমা ওইনা থোবক্তে।

Religion হায়বা ৱাহৈ অসি English নি, হৌবকফমদি latin গী ৱাহৈ re-legare হায়বা ৱাহৈদগীনি। অর্থনা অমুক পুনশিনবা নৎত্রগা অমুক তিন্নকবা হায়বনি। পৃথিবীদা তোঙান তোঙানবা religion লৈরি। মরু ওইনা

শীংথানাবিবা religion দি হিন্দু ধর্ম্ম, ইস্লাম ধর্ম্ম অমদি খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মনি। ইস্লা অমদি খৃষ্টিয়া ধর্ম্মগী হৌবকফমদি ইব্রাহিম অমদি খৃষ্টকী মমিং পনবাযাই। ঙসিদগী চহী ১৫০০ বোমগী মনুংদা মালেম অসিদা হৌবকখিবনি, হিন্দু ধর্ম্ম কনানা হৌদোকখিবগে হাযবদুদি কনানসু খঙদ্রে। অখঙ অহৈশিংনা তাকপীবদি হিন্দু ধর্ম্ম হাযবা ৱাহৈ অসি মুস্লিমশিংনা থোনখিবনি। সিন্ধু তুবেলগী মপান্দা তাবা মীওইবা জাতিগী কাঙলুপ্পু যেংলগা সিন্ধু হাযবা ৱাহৈ অসি হাযবা থোক্তবদগী হিন্দু হাযখিবনি হাযনা তাক্লি। অদুবু, মসিবু যানিংদবা কাঙলুপ কযাসু লৈ। অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু হিন্দু ধর্ম্ম কবম্বা মতমদগী হৌবকপগে হাযবদুদি ময়েক শেংনা তাকপা লৈত্রি হাযবা যাই।

Philosophy অমদি religion গা যেংনবব্ববদি সাইন্সতি নৌবি। সাইন্স হাযবা ৱাহৈ অসিসু latin গী "Scio" হাযবা ৱাহৈদগী থোবকপনি, অর্থনা "I know" ঐনা খঙই হাযবনি। খঙননবা থিবিবা অসি সাইন্সনি হাযবা যাই।

ৱাহং কযাগী পাউখুম ফংননবা থিবিবা, অচুম্বা লম্বেল ফংনবা থিবিবা লম্বেল অহুম হাযবদি Philosophy, religion অমদি Science অসি spiritual দা যুম্ফম ওইবা চঙই।

নোংচুপ লোমদদি spiritual হাযবগা লাইফাও তৌবা, মেজিক শান্নবা, অন্ধবিশ্বাস অসুম্না উই। নোংপোকলোমদদি মিৎযেং অমদা উই। Spiritual হাযবা ৱাহৈ অসি Spirit হাযবা ৱাহৈগী adjective ওইবা ৱাহৈনি। Spirit হাযবগী অর্থদি থৱায, আত্মা, soul হাযবগা খঙনৈ। Soul গী adjective form লৈতে মবম অদুনা spiritual হাযবগা অদুম খঙনখি। ইংলিসতা Spiritual হাযবা ৱাহৈ অসি সংস্কৃততা "আধ্যাত্মিক" হাযবগা খঙনৈ। Spirit তগী spiritual লাকপা অদুগুম্না আত্মা হায়বা ৱাহৈদগী আধ্যাত্মিক হাযবা ৱাহৈ অসি লাকখি, অর্থ আত্মাগী মবমদা 'অধ্যযন' তৌবা হায়বদি study তৌবা, নৈনবা হাযবনি।

Problem কযা লাকপা মতমদা spiritual approach কী পাম্বৈনা solve তৌনবা লাক্লববদি শান্তি ওইনা লোইশনবা যাই। Spiritual হাযবসি spirit কী মগুণ অদুনি। Spirit গী ধর্ম্ম হাযবদি 'ধাবন' দি শান্তি কৌই। শান্তি লৈতবা,

চরাঙনবা মফমদা আত্মানা খাঙবা ঙমজদে। মরম অদুনা মীওইবনা শান্তিবু খৌরাংই, পামজে। শান্তি য়াওদবা মফমদা কবিগুরুনা অফবা অমত্তা পাঙথোকপা য়াদে। অঙাং ফাওবা পরিক্ষাগী মতমদা লাঙদবা মফমদা লাইনিং ঔরাইবা পাম্মী। অচীকপা মফম থিরকই। Spiritual হায়বসিদি থবাই য়াওরিবা মীওইবা খুদিংগীনি।

মতাং অসিদা religion গা spiritual গা খেন্নবা লাকই। Religion গীদমক্তদি জাতিগী খেন্নবা লৈ, কাঙলুপকী খেন্নবা লৈ। গির্জাগী মনুংদা হিন্দুনা চঙনীংদে, মসজিদতা Christian শিংনা য়াওনীংদে, মন্দিরদা খৃষ্টিয়ানশিংনা, মুস্লিমশিংনা চৎনিংদে। □

# আধ্যাত্মিক্কী চাওখৎপা



Human Progress কী হৌফমদি Spirituality না ওই। ঐখোযনা ঐখোযগী ইশাদা লৈবিবা centre of equillibrium অসি অতৎপা লৈতে। ফংনবা থিবা মতমদা ঐহাক ইশাদা অমদি ঐগী অকোয়বা সংসার আসদা অমত্তা ওইবগী মতৌ (oneness) মপান নাইদ্রবা নুংশিবা অমদি মীপুম খুদিংদা মীনুংশি (compassion) থম্বা ঙমগনি। Spirituality হায়বসিমক্তি মীওইবগা মহাক্কী আত্মা হায়বদি থব্রায়গী মশক খঙবা অদুবুনি।

খঙবগী থাক নাই। জ্ঞানগী থাক অসিনা মথং মথং কাখৎলকপা মতমদা মঙাল মথং মথং কাপথোরকই, শক্তি মথং মথং উৎলকই। খঙবা খেন্নবগী মতুং ইন্না---শক্তিগী খেন্নবসু উবকই।

Spiritual development হাযবসি system নাইবা methodic process নি, অতৈ Skill গুম্না তম্বা যাই, হোৎনবা য়াই। অদুবু অয়াম্বা মীনদি Spiritual growth অসি Systematic ওইনা, methodic ওইনা তৌনবা লাক্লে, over all process অদুদি মপুং ফানা খঙদে। মদুগী ফলদি চাওখৎপা ঙমদনা হান্নগী ফিবমদা অদুম লৈ থোইনদুম মশাদা

অমাঙবা ওইহনজে।

Spiritual Practice কীদমক মীওইবনা religion (ধর্ম্ম) অদুগা যোগ গী মতেং লৌই। Religion অমদি যোগ হায়বা ৱাহৈশিং অসি ঐখোয়না তোয়না তানববনি। অদুবু, অয়াম্বনা ৱাহৈ অনী অসিগী অর্থ কুপ্না খক থিরুদে। যোগ সংস্কৃত ৱাহৈনি 'যুজ' (Yuj). ৱাহৈদগী থোরকপনি, অর্থ শমজিন্নবা (Join) অমদি তিন্নবা (to unite) হায়বনি। Religion হায়বা ৱাহৈ অসি English নি, Lation -গী থোরকপনি, re অমসুং legare ৱাহৈ অনীনা শেম্বনি, অর্থনা অমুক পুনশীনবা নৎত্রগা অমুক তিন্নরুবা হায়বনি। Religion অমদি যোগ অনী অসি Process মান্নে।

Religion অমদি যোগনা মীওইববু মফম অমদা অমুক পুল্লুনবা তাকই। পুল্লুগদৌরিবা মফম অদু কদায়দনো? মফম অদু আত্মাগী মনাক্তনি, ঈশ্বরগী মনাক্তনি। আত্মা অমদি ঈশ্বর য়াম্না নকুনা লৈবনি হায়না অখণ্ড অতৈ কয়ানা তক্লি। আত্মাদি অরাপ্পা মফম নৎত্রবসু অহিংবা মীওইবা অমদা অদুম য়াওদুনা লৈজে।

মী-ওইবা, human being হায়বসি থৱাই যাওবিবা, আত্মা লৈরিবা হকচাং অদুবুনি। Human না মীওইবগী হকচাংবু তাকই অদুগা being না থৱাই, আত্মাবু তাকই। থৱাই যা ওদ্রবা হকচাংবু মীওইবা হায়নদ্রে অশিবা হকচাং Corpse হায়নরি। অদুবু, থৱায়গা লোয়নবিবা মীওইবনা মহাক্কী অশেংবা থৱাযবু হেক হেক কাওথোক্তুনা থৱায়গা হকচাংগা হেক হেক শম্ন হন্দে। মরম অদুনা অহিংবা মী ওইববসু অশিবা মীগা হেক হেক মান্নবকই।

থৱায়গা হকচাংগা লাপ্নহল্লিবা অসি ৱাখলননি। অপাম্বশিং (Desires) গী ৱাখলনা মীওইববু মহাক মহাক্কী থৱায়দগী তাম্নহল্লি। মীওইবগী পুক্নিং অসি negative ওইবা অমদি positive ওইবা অনীনা লোয়নদুনা লৈ। Negative ওইবা ৱাখলনা ঙমদুনা negative ওইবা অপাম্বশিং থোবকপা অদু থিংনবা Process অদুমক Spirituality ফংনবা Process অমনি হায়বা যাই। Negative ওইবা অপাম্বশিংনা থৱায়বু অমুবা কালি কাহন্দুনা মহাক্কী অবংবা অদু মাঙহনজে। মরম অদুনা তপ্না তপ্না অপাম্বশিং অদু লাকশীন্দুনা অবংবা থৱায় ওইনবা Practice তৌবা দবকার ওই।

Human being অসি body, mind অমদি intellect অহুম অসিনা শাবনি হায়না লৌনবসু য়াওই। Spiritual evolution শীদমক খুৎলাই অহুম অসি শীজিন্নফম চানা শীজিন্নবা চঙই। Spiritual Knowledge ফংনবা বুদ্ধিবু শীজিন্নববু জ্ঞান যোগ হায়না খঙনৈ, ভক্তিদা পুক্লিংবু শীজিন্নবনা ভক্তি যোগ হায়না খঙনৈ, Spiritual growth কীদমক Physical active তৌববুনা কর্ম যোগ হায়না খঙনৈ। যোগ অহুম্মক পুল্লপ পুন্না শীজিন্নবা ঙম্লবা মতুংদা মপুংফাবা Spiritual growth ফংবা ঙম্মি। নাম্মা নামত্তা ওইরবদি Develop তৌবদা মতম মাঙই।

কনাগুম্বা active temperament লৈবা মীওইনা কর্ম্ম যোগ তমক পাম্মি। অদুবু অতোপ্পা যোগ অনী অসি য়াওদ্রবদি মহাক্কী personality অদুদা all-round Development ওইবা ঙমদে।

মীওইবগী existence কী purpose অসি করিনো খঙনবা training অসি জ্ঞান যোগনা intellect (বুদ্ধি) তা পী। মন্ত্র-যন্ত্র থীবা, যজ্ঞ তৌবা, performance of rites and rituals অসিবু ভক্তি যোগনি হায়না লৌনৈ। মশাগী ওইজবা ফংনবা ঈশ্বরদগী বর লৌনবা হায়জবসি ভক্তিনি হায়নসু লৌনৈ। মসি অরানবা মওংদা অর্থ তৌনখিবনি। তশেংবদি ভক্তি হায়বসি attitude নি; attitude of gratitude নি। ঐখোয়বু শেম্বীরিবা ঈশ্বর অদুদা উৎপা gratitude অদুগী process অদুনি।

যোগ অহুম অসিবু চাং মান্ননা পাঙথোক্লবা মতমদা ঐখোয়দা লৈরিবা negative ওইবা অপাম্বশিং অদু তপ্না তপ্না হন্থখিগনি। অপাম্বশিংগী মায়খুমশিং অদু লৌথোকখিবা মতমদা পুক্লিংদা ঈথক হৌরম্বশিং অদু ঈংথখিদুনা শান্তিদা লাকই। মতম অদুদা পুক্লিংদা অশেংবা মমি তারক্নুনা অচুম্বা করিনো খঙলকই। পুক্লিংদা অইংবা, তপথবা লাকপা মতম অসিদনি meditation পাঙথোক্কদবা মতম ওই। ☐

# মীওইবগী পুন্সিদা



মহৌশা অসিদা, অহিংবা অমসুং হিংদবা পুন্নমক, মানা মানা পান্থা পামদবা পুন্সিগী চক্র অমদা লৈ। চক্র অসি ফেজ অহুমদা লৈ: creation, sustenance অমদি dissolution হায়বদি শেম্বা, ঙাকপা অমদি মাঙহনবা।Principle of creation নৎত্রগা manifestation গী লোনা ereation বু রিগুনে তৌই, sustenance কী প্রিন্সিপলনা sustenance বু কন্ত্রোল তৌই অদুগা dissolution গী লোনা dissolution বু ওপরেট তৌই হায়না অখণ্ড অহৈশিংনা তাক্লি। পুন্সিগী চক্র অসিদগী কনামতনা নহোকপা ঙমদে।

কনাগুম্বনা হায়, ধর্ম্ম হায়বসি মীওইবগী true nature অদু cosmic nature গা মান্ননা ঙাক্লবা লাক্লবা অদুনি। মীগী নেচরগা কোস্মিক নেচরগা মান্ননা চৎনবা লাক্লবা মতমদা ময়ায়দা পল অমনা থত্তুনা লৈ। পল অদুগী মমিং ফিজিকেল সেল্ফ হায়না খঙনৈ। lush, greed, ego অহুম অসি ফিজিকেল সেল্ফ অসিদগী থোরকপনি, অহুম অসিগী মনুংদা মীগী অশেংবা রিয়েল নেচর অদু ফুমজিন্দুনা থমই। কনাগুম্বগী মপানগী ওইবা কোস্মিক নেচরগা নুংগী নেচরগা মান্ননা চৎপবু হায়বদি এডজষ্ট তৌনববু নেচর অনীগী synchronisation হায়না খঙনৈ। Non-Synchronisation অমদি maladjusment ওইবা মতমদা অৱা অনাগী হায়বদি suffering অমদি pain গী হৌবকফম ওইরকই।

ধর্ম্ম খুদিংমক্কী এইমদি অলটিমেট ত্রুথ হায়বদু মশক খঙবা realise তৌবা অদুনি হায়নরি। কখোকপা অমদি হ্যুমিনিটিগী সেবাগী রাখলগা লোয়নবা জ্ঞান

তানা লেনবা পুন্সি মরেল অদু ধর্ম্মনা পীগদবনি। ঈশ্বরনা মপাল নাইদবনিন ইনফিনিটনি অদুগা মীনা ফিনিট, মপাল নাইবনি। খেন্নবা অনী অসি মতম চুপ্পগী ওইনা, ইন্টর্নেল গেপ্পিং ওইনা, লৈরগদবনি। খেন্নবা লৈরিবা অসি য়াম্না পাকথোক্তনবা পীকশন্নবা হোৎনরিবা অসি ধর্ম্মননি। খেন্নবা লৈত্রবা মতমদা perfection হায়বদু ওইরকই। খেন্নবা অসি খুজিল্লকপা মতমদা লন্নাইগী অমদি হ্যুমিনিটিগী ওইনা য়াইফবা ওইরকই।

নেচরগা synchronise তৌনবা chinese master শিংনা Tai chi কৌবা ক্লাসশিং তৌই। ক্লাস অসিদা Yang অমসুং Yin কৌবা ইনবজি অনী অসিগী Practice তৌই। নোংঙাল্লকপা মতমদা ফ্রেস ওইবিঙে মতমদা chi কৌবা শক্তি অসি লৈমাইদগী, উপাম্বীশিংদগী অমদি স্বর্গদগী কাপথোবকই। মতম অসিদা Yin গী শক্তিবু লেনগৎনবা অদুগা yang গী শক্তিবু হায়থখিনবা Tai Chi class তৌই।

য়ুমগী মপান্দা নেচরগী। এনাক্তা deep breathing তৌববদি ইগো অসি নমথবা ঙম্মী অমদি পুক্রিংদা body consciousness ওইনবা রুম লৈহনে দ হায়না Chinese শিংনা থাজে।

Earth কী strength পু Yin হায়না খঙনৈ। অদুগা heavens কী ইনর্জিবুনা chi হায়না খঙনৈ। Tai chi দা তৈশিংলবশিংনা Yin অমদি chi বু exploit তৌই অদুগা ফিজিকেল অমদি স্পিচুয়ল ইনর্জিগী balance, stability, flexibility অমদি স্কিলবু ইম্প্রুভ তৌই। ঐখোয় মীওইবনা ফংনবা তানগদবা অসি পুরুষার্থ মফম অহুম্নি: পিছ, লভ অমদি হারমোনিনি।

অদুবু মীওইবনা economic interest, power hunger অমদি gaining of territorry গী হাখল্লোমদা চৎখিদুনা মীওইবগী তৌগদবা পুরুষার্থ অদু থাদোক্তনা লৈ। মদুগী ফলনা ঙসিদি মীওইবনা অৱাবা নঙলে।

মতাং অসিদনি ঐখোয়না নিংশিংবা যাবা স্প্রিটচুয়ল অমদি religion কবিনো হায়বসিনি।

spiritual হায়বসি রেষ্টতদি mystic, magic, superstition ওইনা লৌনৈ। মসিগী লম্লেলদা চৎপাশিংবু সমাজনা করেম্নে। মদুগী ফল অদু নোংপোক থংবা ঐখোয়গী মবক্তসু য়ৌবকই। অদুবু হৌজিক্তি, মখোয়গী

মরক্তসু স্পিরিচুয়লগী মিকপ থোকপা হৌরক্লে।

স্পিরচুয়ল হায়বা ৱাহৈ অসি স্পিরিটকী এডজেক্টিভ ফোর্মনি। স্পিরটকী মগুণ ফোঙদোকপনি। স্পিরিট হায়বসি আত্মাবুনি। আত্মা হায়বসি being নি অহিংবনি, ইনার্জিনি শক্তিনি। নন-মেটেরিয়েল ওইবা পোৎনি। হায়বদি মেটা ফিজিকেল ওইবা, মশক উদবা, শোকপা পনবা যাদবা পোৎনি। অসিগুম্বা পোৎশক অসিবু সংস্কৃত ৱাহৈদা 'আত্মা' হায়না খঙনৈ। মেটরবু শাগৎলিবা ইলিমেন্টশিং অসিগী ইনর্জিগী হৌফমদি এটোমনি হায়। এটোম হায়বা ৱাহৈ অসি গ্রীক ৱাহৈনি, অর্থনা খ্বাইদগী কুপ্পা থুগায়বা য়াদ্রবা particle অমনি হায়রি।

Atma অমসুং Atom অনী অসি ৱাহৈগী খোন্তোক্তুনা য়াম্না নক্লবদৌনা অর্থসু নক্লে। অমনা অহিংবগী ইনর্জি অমনা মেটরগী ইনর্জিনি। ইনর্জি অনী অসিনা অহিংবা হকচাং অমদা পুন্না থবক পাঙথোকমিনৈ। আত্মাগী প্রোপর্টি কয়ামুক লৈ। মদুগী মনুংদা-(১) আত্মা হায়বসি মশক উদবা মঙাল অমনি। (২) মঙাল অসিগী পুক্লিং, বুদ্ধি, সংস্কার কৌবা অংশ লৈ। (৩) আত্মাগী consciousness লৈ। (৪) আত্মাদি ময়াম্নি পরমাত্মাদি অমখক্তনি।

মথক্তা পল্লিবা আত্মাগী প্রোপর্টিশিং অসিবু অচুম্বা লম্বেলদা থম্বীনবা religion গী পাম্বৈ লৌরকই। রিলিজনগী অর্থদি Re-legare হায়বনি। লেটিন ৱাহৈনি। রি হায়বদি বেগ অদুগা লিগর হায়বনা পোইন্ট অমদা তিন্নরুবা।শম্নপ্না হায়রবদা আত্মাগা পবমাত্মাগা তিন্ননবা হোৎনরিবা অদুবু বিলিজন হায়গনি।

অদুবু পরমাত্মানদি মীওইবদা 'Free will' কৌবা লোইবা খম্বা নাইদ্রবা থৌরি অমা পীদুনা থাদোবকই। মহাক্না কনাবুসু অপনবা পীদে। ঈশ্বর লৈ হায়বা য়ানিংদবসু মহাক্না মহাক্কী ফ্রি ৱিলনি । ঈশ্বরনা চোংথোরক্তুনা থাজদবা য়াব্রা হায়না কৈদৌঙৈদসু থিংদে।

গোড ইজ ক্রুথ । ক্রুথ হায়বসি অমখক্তনি, অনীগুবা য়াদে। ক্রুথপু থিননবা পাম্বৈ অহুম্নি-ফিলোসোফি, বিলিজন অমদি সাইন্স।

মতম অমদা মালেম অসি রিলিজন্না রুল তৌরম্মী, অচৌবা শক্তি লৈম্মী। মতম অদুদা স্পিরিচুয়লবু রিলিজন্না য়োকখৎপগী মুহুত্তা খোঙ্গাওনখি। বিলিজন্না শান্তিবু কাওখি, নুংশিববু মাঙহনখি মরম অদুনা হারমোনিবু থুগাইখি।

রিলিজন্না মাংথরকপগী মবমদি বিলিজনদা ইগোগী ফমফম চাওনা লাকখি।

ধর্ম্ম অমনা অমবু নুংশিদবা মিৎযেং যেংনবা.bias ওইখি। মরম অদুনা মালেমদা হিংসাগী মৈখু খুহনখি।

হৌজিক্তি সাইন্স লাকপদগী faith অমদি reason গী অচৌবা লানফম অমা লাক্লে। লানফম অসিদা সাইন্সনা চাওনা মায়পাক্লনা সাইন্সনা ক্রথ ওইবে, রিলিজন্না অন্ধবিশ্বাস ওইনা লৈবে। ☐

# নিয়ু গ্লোবেল ওর্ডর



চহী ৩০ মুক্কী মমাংদা হিষ্টোরিয়ন অমগা বুধিষ্ট অমগনা তুংদা থোক্লক্কদবা সংসাব ফিয়ুচর ৱার্ল্ডগী মরমদা য়াম্না কুপ্ন া নৈনমিন্নখি। হিষ্টোরিয়ন অদুগী মমিংনা Arnold (Toynbee) অদুগা বুধিষ্ট অদুগী মমিংনা Daisaku Ikeda কৌই। বুধিষ্ট অদুদি বুধিষ্ট Soka Gokhai International গী হেডনি। হৌজিক্কী ৱার্ল্ড অসি মহাক্কী অবোয়বা মতমদা 'times of the end' দা লৈরে। মসিদগী হিংহৌনবা, সর্ভাইভ তৌনবা ফিয়ুচব ডাইরেক্সন অমা দরকার ওইরে।

Toynbee গী ৱাখলদি অসিনি মদুদি হৌজিক্কী current religion শিং অসি মীওইবনা unsatisfactory ওইরে, মরম অদুনা, মীওইবগী অনৌবা. তুংগী রিলিজন অমা দরকার ওইরক্লগনি। মীওইবনা হিংবদা হৌজিক ইভিল কয়ানা অকীবা, threat পীরি। অকীবা অসিদগী ঙাকথোকপা ঙম্বা ফিয়ুচর রিলিজন অমা অনৌবা সিভিলাইজেসন অমা দরকার লৈরক্লগনি।

ইভিল ময়াম অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী থিংবা ঙমদবা অসি মিহৌবা greed নি। গ্রীদ হায়বসি মীওইবগী পুন্সিনা লোয়নরকপা খ্বাইদগী লিরবা ইভিল অমনি। ৱার অমসুং জষ্টিস হায়বসিদি সিভিলাইজেসন্না হৌবদগী অদুম য়াওরক্লবনি।

গ্রীডকী মতেং পাংনবা অনৌবা ইভিল অমসু চোংথোরক্লি। ইভিল অদুদি মীওইবনা শেম্বা আর্টিফিসিএল ইনভাইরোনমেন্টনি। ইনভাইরোনমেন্ট

অসিনা সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজিগী মতেংনা গ্লীডকী মতেং পাংলি।

ব্রাখল্লোন অসিগী মান্নবপ তৌনা Ikeda না হায়খি মদুদি ঐখোয়না দবকাব ওইবিবা বিলিজন অসিনা মীওইবা জাতিগী সাইন্টিফিক অমদি ফিলোসোফিকেল স্পিরিটপু inspire তৌগদবনি লোয়ননা নিযু এজ অমগী দবকাব ওইববু থুংহনগদবনি। বিলিজন অসিনা East অমসুং West কী খেন্নবশিংগী ব্রাংমদা লৈবগা মীওইবা পুম্নমকপু unified body অমদা পুনশীনগদবনি। বোউ অসিগী পাম্বৈনা Accident, নোংহ্ন Present Crisis তগী অদুগা Orient, নোংপোকপু present hardship তগী কনবীগনি। অসিগুম্বা মখলগী বিলিজন অমা পুক্লো ংপা ন্‌ৎবসি মীওইবা জাতিগী তৌদ্রবা যাদ্রবা ত নি।

২০ শুবা সেঞ্চুরিনা পাওইবদা মীওইবা পুম্ন ামেন ফেমিলিগী মেম্বর ওাক্তনি অদুগা আর্ট অসিগী পুম্নমক্কী কম্মন হোমলেন্দনি হায়না যেংবা ঙম্ন বা পাবা তশ্বীগে।

শেমগৎপদা দবকাব ওইবিবা গ্লোবেল সোসাইটি অসি ঙাবত্তা থায়নদগী লাউদুনা লাক্লিবা Vashudhaiba Kutumbakam, পৃথিবী অসি শাগৈ অমগুনি হায়বা অদুনি। খোল্লাও অদু থবক ওইনা পাঙথোক্‌তবতান।

নিযু গ্লোবেল সোসাইটি অমা নিযু গ্লোবেল ওর্ডর অমা শেমগে হায়ববদি অবিবা বিলিজনগী লিডবশিংনা অনৌবা থোবকপা ব্রাখল্লোল কয়াবু বিকগনিসন পীবীবা দবকাব ওই। অওনবা তৌদ্রবদি অবিবদু অবিবা অদুম ওইনদুনা লৈগনি। চেঞ্জ তৌদ্রবদি অবোযবা পৃথিবী হায়বদু মশানা অদুম ওইবক্ননি। পুন্সি হায়বসি অনুভবকী ঈচেলনি, a stream of experiences নি। এক্সপর্বিযেন্সকী ঈচেলনা চেন্থবিবম্‌ৈখ পুন্সিগী ঈচেলসু অদুম চেন্থদুনা লৈগনি। মবম অদুনা এক্সপবিযেন্স হায়বসি যুনিট ওফ লাইফ নি। পুন্সি অসি ফেক্টর অনীনা শাই। মখোয় অদুদি সবজেক্ট অমসুং ওবজেক্ট হায়না খঙনৈ।

ঐখোযগী তকচংগী মপু ওঈবিবা থবায অসিনা সবজেক্ট হায়না খঙনৈ অদুগা অতৈ লেমহৌবিবা বার্ল্ডঅসিনা ওবজেক্ট হায়না খঙনৈ। ঐখোয়না ব্রাল্ডগা কন্টেক্ট তৌনবা মতমদা সবজেক্ট অমসুং ওবজেক্ট অনী উন্নে। মতম অদুদা ঐখোয়না এক্সপবিযেন্স

অমা ফংই। এক্সপরিয়েন্স ফংগে হায়রবদি চেঞ্জ চঙই। চেঞ্জ য়াওদনা এক্সপরিয়েন্স ফংবা ঙমদে। অওনবগী পাক্নেনা এক্সপরিয়েন্সকী ঈচেল ফংলিবা অদুমক পুল্লিনি।

Thinker খরনা খল্লি মদুদি সাইন্টিষ্টশিংনা ওবজেক্টকী মথক্তা ব্রার্ক তৌই। মখোয়না পাঙথোক্লিবা থবক অসি মীওইবগী য়াইফনবা পিছ অমদি হেপিনেস লোয়নবা হ্যুমিনিটি অদু মীওইবদা ফংহন্নবনি। অদুম ওইনমক হৌজিক ফাওবদি ফংফম থোকপা নুংঙাইবদু ফংবা ঙম্মদ্রি, অহোয়নদুম, Worry and anxiety, suff.ring and sorrow, অব্রা অনা কয়ানা মফম খুদিংদা শন্দোক্তুনা লৈরি।

মালেম অসিদা লৈরিবা খাংঙমদ্রবা অব্রা অনা কয়াবু উরুবগা thinker খরনা থিবা হৌরকই মদুদি ঐখোয়না করিদগী অসুক ব্রারিবনো। মখোয়না ঐখোয়না ফংলিবা এক্সপরিয়েন্সশিংবু analyse তৌদুনা য়েংবা হৌরকই। Analysis অসিদগী মখোয়না ফংলকই ইন্দিভিজুল ওইরিবা সবজেক্ট, হায়বদি থব্রায়, অসিবু শুকথৌ থৌওইবিদ্রে, টোটেল্লি নেগ্লেক্টেদ ওইখ্রে। সাইন্সনা ওবজেক্ট ওইরিবা ব্রার্ল্ড অসিদবু খন্দুনা লৈরে সবজেক্ট অসিবুদি unattended ওইনা হন্দোক্তুনা থম্বীরে মরাং কাযনা চাওখৎলবা, plenty অমদি prosperity ওইরবা পৃথিবী অসিদা ইন্দিভিজ্যুলনা লাইমল কাঙদুনা stress অমদি strain ওইদুনা unprepared individual ওইনা শেম শাহৌদ্রবা মীওই অমা ওইনা হিংলি।

মীওইবনা মহাক্না কবি পাঙথোক্কদগে খনবদা তৌফম খঙদবা dilemma অমদা চুবা মেত্তুনা লৈরি। মীওইবা নত্তবা অতৈ creature শিংদি খনবগী দরকার উদে, ব্রাখল খন্দুনা মতম মাঙনিংঙাই ওইদে, মরমদি মখোয়দি computerised তৌরক্লবা, হান্নন প্রোগ্রাম তৌদুনা pre set programme of action ওইনা শেম্লক্লবা অমগুম্বনি। মখোয়দি মখোয়গী পার্টিকুলর নেচর অমদা অদুম খুদুং ইন্দুনা চত্তুনা লৈ।

মীওইবা divinity গী শব্বক লোয়নদুনা লাকপনি। অদুবু, মদুবু মিকপ থোকহনবা ঙমদবদগী ঐখোযনা অমম্বদা লৈবনি। স্পিরিচুএল ওইবা জ্ঞান্না মিকপ থোকহল্লবা মতমদা ধর্ম্ম পৃন্নমক্না পুনবা অমত্তা ওইবা নিযু গ্লোবেল ওর্ডর অমা মালেম অসিদা উবা ফংলক্নি। মতম অদুবু গোল্ডন এজ হায়না খঙনৈ। ▱

# ব্রাহংগী অরোইবা পাউখুম



ব্রাহং কযামকম লৈ, মদুগী, পাউখুম কযামুকসু লৈ। অদুবু ব্রাহং খুদিংমক্কী পাউখুমদি লৈতবা যাই। খুন্বা ঙমদবা ব্রাহং কযামকম লৈ। অদুবু সাইন্সনদি ব্রাহং খুদিংমক্কী খুন্বা ঙম্বা পাউখুমদি থিবি। Science না reality গী শক্তম (Nature) বু তাক্লবা define তৌনবা, লাক্লবা লেপ্পা লৈত্রি। Reality হাযর্বাসিনদি তোঙান তোঙানবা মমিং অমদি এওংদা লৈ শম্নপ্পা মখাদা উৎাপবা আসদা reality না present ওই,

Physical reality

Mental reality

Psychological reality

Linguistic reality

Mathematical reality

Digital reality

Science না Physical reality বু define তৌনবা লাক্লবি, অদুবু মসিনা লোইবে হায়নদি লেপ্পা নাইদ্রি। মবম অদুনা সাইন্সনা অদুম থিদুনা লৈখিগনি, অবোযবা পাউখুম ফংদ্রিফা ওবা।

মথক্তা পর্নাখ্রবা reality শি, অসি নত্তবা reality অমসু লৈবি। মদুগী

মমিংদি Absolute reality হায়না কৌই। Spiritual Science নৎত্রগা অধ্যাত্মানা Reality অসিবু অতৎপা লৈতনা থিরি। অসিগুম্বা Absolute Reality অসিবু বেদনা Brahman হায়, ঈশ্বর ... পরমাত্মা হায়না খোল্লি।

ঈশ্বরবু define তৌবা য়াবনা খঙবা য়াববা অমদি realise তৌবা য়াবরা?

ব্রাহং অসিগী পাউখুম পীনবা ভারতকী Knowledge System তরুক্কা মরু ওইনা নৈনদুনা লাক্লখি। হায়রিবা সিষ্টেম তরুক অদুগী মমিংদিঃ---

1. Sankhya
2. Yoga
3. Nyaya
4. Vaisheshika
5. Purva Mimamsa
6. Uttar Mimamsa or Vedanta

হায়রিবা জ্ঞানগী সিষ্টেম তরুক অসিনা ঈশ্বরগী মশক তাক্লবা লাক্লবগা লোযননা মী ওইবা, জগত অমদি ঈশ্বব হায়বদি জীব-জগত-ঈশ্বরগী অকুপ্পা ব্রাবোলবু জ্ঞান ওইনা তাক্লবা লাক্লরি।

Absolute reality অসিবু Sat-Chit-Ananda নি হায়বদি Pure Truth-Intelligence-Bliss নি হায়বদি অচুম্বনি, বুদ্ধিনি অমদি নুংঙাইবা হায়বদুনি; বিভুনি, মফম খুদিংদা শন্দোক্লুনা লৈবনি; মমিং-মশক-তুংনফম, হায়বদি নাম-রূপ-অধারগী কায়দোংফম্লি; মপান নাইদবনি, মপুং ফানা শেংদুনা লৈরবা, শুদ্ধ ওইদুনা লৈবনি--- অসুম্না জ্ঞানশিং অসিনা শীংথারি।

তোঙান তোঙানবা মওংদা ধর্ম্ম পূম্নমক্না ঈশ্বরগী definition পীনবা লাক্লরি। মুন্না খন্থরুরবদি অমগা অমগা করিসু খেন্নবা লৈতে।

অরুবা ব্রাহং অমসু লাকই মদুদি ঈশ্বর অসি define তৌবা য়ারবদি খঙবা য়াবা Knowable দি ওইবরা?

Vedanta না হায় মদুদি মীওইবগী বুদ্ধি (intellect) না ঈশ্বরবু Object of Knowledge ওইনা পুথোক্লুনা ঙালহনবা য়াদে, খঙবা ঙমদে। অদুবু ignorance (অজ্ঞান) বু বুদ্ধিদগী তানথোকপা ঙম্লবদি, বুদ্ধিনা ঈশ্বরবু খঙবা

ঙম্মি। Vedic dictums তা জ্ঞান অসিবু Aham Brahmaswe নৎত্রগা 'ঐ ব্রহ্মনি' হায়না তাকই। হাযবিবা process অসিদা ঐঙোন্দা ঈশ্বর নৎত্রগা Absolute reality না ঐগী অশেংবা মপান নাইদ্রবা self ওইনা যাওদুনা লৈ। থাউমৈনা মাগী অকোইবদা লৈবা মফমদা মঙাল পী, বুদ্ধিগী cognitine powei নদি ultimate reality বু ঙালহনবা ঙমদে। "ঐহাক Absolute reality নিকো হাযবা জ্ঞান অসিনা অজ্ঞানবু হায়বদি nescience নৎত্রগা মাযাগী মাযখুমবু হাংদোকপী হাযনা তাক্লি। মসিবু মঙাল ফংলবা enlighten-ment হাযনা কৌই। প্রোসেস আসি চত্থবকপা মতমদা ঈশ্বরবু অচুম্বা মওংদা' থিববা pure mind ওইবা গুরু অমগী মতেং চঙই হাযনসু তাক্লি।

ঈশ্বরবু উৎলিবা vec''c definities না হাযবি মদুদি ঈশ্বর হাযবসিদি কবিগুম্বা ধর্ম্ম অমগী জাতি অমগী অমদি লনাই মী ১২ অমগী privilege নত্তে। মন্দিরদা গির্জাদা, মসজিদতা ঙাক্তা লৈতে. - শক্তি আকাসতা, চীংদা, · মুদ্রদা লোত্তুনা লৈতে। মহাক্তি সাইঙ্গনা থিবা ঙমদনবা পীশক পীক্লা শী দুনা লৈবসু ঙম্মি। অবোযবা analysis তা তাক্লি মদুদি ঈশ্বর হাযবসিদি কবিসু নত্তে, শেংলবা, মপান নাইদ্রবা ঐহাক্কী self, আত্মা অসিনি। মহাকপু খঙবা ঙম্লবদি পুম্নমক খঙবা ঙম্লবনি, খঙনিংঙাই অমতা লৈত্রবদি। অসিনি বেদনা পুথোক্লিবা ঈশ্বরগী মবমদা হংঙকপা ব্রাহংগী অবোইবা পাউখুম।

ঈশ্বর কবম্না ফংগনি? ব্রাহং অমসু অমুক থোবক্লি। বেদনা তাক্লি চুম্না ঈশ্বরগী definition বু খঙলগা, definition অসিগা ঐগা অমতা ওইনবা লাক্লববা মতমদা ঈশ্বর ফংবা ঙমগনি। ঈশ্বর ফংনবা লম্বেল খবা অসুম্না তাক্লিঃ

-- ব্রাখল, ব্রাঙাং, থবক্তা অচুম্বা চৎলু,

---Absolute reality মশক খঙলবা গুরু অমগী মতুং ইল্লু,

-- মফম খুদিংদা পুক্লিংনPure Joy ফংনবা লাক্লৌ,

'ঐ' হাযবসি পাকথোক্তুনা জগত পুম্বদা শন্দোকউ,

-Objective গী মমিং মওং পুম্নমক ঐঙোন্দা লৈবির্বসিগা মান্নমা যেংউ।

ইশম শম্না ঈশ্বর ফংগে হাযবদি ঐ মশক খঙবা হাযবসি থাদোকপা যাদ্রবা অমনি। বাফম অসি বেদনা তাকপা অবোইবা পাউখুম্নি। □

# দৈবী স্বরাজ্য শেমগৎপা



অয়ুক্কী রাজযোগ এজুকেসন সেন্টব অমদা ঈশ্বরিয় বিশ্ববিদ্যালয়গী ক্লাস হৌননবা শেম শারম্মী। ঙাক্লানবা মঙালনা ক্লাস অদুগী কা অদু ঙাল্লম্মী। মফম অদুদা লৈরম্বা বি কেশিং অদ আত্মিক স্থিতিদা মেডিটেসনগী mood তা ফমদুনা তুমিন তুমিন লৈনরম্মী। চরাংনরবা হকচাংগী মরিবু কাওথোক্লগা হকচাংগী মপু ওইবিবা ঐ হায়বদি আত্মাবু নীংশীংনবা লাক্লরম্মী।

হকচাংগী নাপল, ইগো হায়বসি আত্মাগী মপা ওইবা পরমাত্মাবু কাওথোক্ল বা মচাক অমনি। ইগোগী অরাংববু নমথবা ঙম্লবা মতুংদা spiritual গী নুঙাইবা ফিলিং অমদি এক্সপরিয়েন্স অদু ফংবা ঙম্মী। ফিলিং হায়বসিনা ঐবু ঈশ্বরগী মনাক্তা পুশিনবা ঙম্মী, মতম অদুদা নুঙাইবা bliss হায়বদু ফংবা ঙম্মী। নোংমগী অয়ুক্তা ঈশ্বরগী মফমদগী লৌবা নুঙাইবা অদুনা নোংমা অদুগী ইথৌ পাঙথোকপদা অচৌবা মহৈ য়ানবা লাইবক ফবা হায়বদু ওইহল্লি।

অয়ুক্কী ক্লাস য়াওবা অসিনা ইগোবু ইংথহনবদা মতেং পাংই। মরম অসিনা বি কে শিংনা টেন্সন কয়াদগী নাম্থোক্লবা ক্লাস অসিদা মেডিটেসন তৌবগা লোয়ননা spiritual knowledge গী পারাশিং তম্বা লাক্লে।

ঙাক্লনবা মঙাল মরক্তা মেডিটেসন তৌরিঙৈ অদুদা যাম্না ইংনা ঈশৈ অমা খোংলকখি যোগেশ্বর ব্রহ্মা বাবা নবযুগকে তুম নির্মাতা।' যোগগী মপু ওইবিবা ব্রহ্মা বাবা, অনৌবা ফুগাবু শেম্বা নহাক্লি। ঈশৈ অসিনা ঐগী পুক্লিংবু ব্রহ্মা বাবাগী মনাক্ত তপ্না তপ্না পুশিল্লকখি। লোয়ননা পবমাত্মা পরমপিতা শিব বাবাবু নীংশীংলকখি। অসুম্না

মতম খরা ঈশ্বরবু নীংশীংমিন্নরগা ঙাক্লনবা মঙাল অদু অনৌবা অঙৌবা মঙাল অমনা শিনখি। মঙাল অদুনা ক্লাস অপুনবা পুমঙাল ঙানখি।

মতম অদুদা শন্দলি মথক্তগী sister teacher অমনা ঈশ্বরগী পাউজেলবু পাথোরকখি। 'মীঠে বচে-আত্মা অভিমানি বননে কা অভ্যাস করো তো দৈবীগুণ আতে জায়েংগে ক্রিমিনল খ্যালত সমাপ্ত হো জায়েংগে, অপার খুশি রহেগী' নুংশিরবা ইচাশা-আত্মা অভিমানি ওইবা ঙম্নবা হোৎনবো অদু ওইরবদি লাইগী গুণ লাক্কনি, ক্রিমিনেল ওইবগী ৱাখল মাঙখিগনি, খমথেংনা নুংঙাইনা লৈগনি।"

ঐ হায়বসি হকচাংসি নত্তে, আত্মানি হায়না খনববু আত্মা অভিমানি হায়না হায়না খঙনৈ। শম্না হায়রবদা soul conscious ওইবা হায়বসিনি। আত্মানি হায়না খল্লুবা মতমদা লাইরম্লেনগী ওইবা লাইগী গুণ অমা ঐঙোন্দা চেল্লক্কনি। মতম অদুদা ঐঙোন্দগী ক্রিমিনেল ওইবগী ৱাখল মাঙখিগনি। লাইগী ওইবা ৱাখল লাকপা মতম অদুদা ঐঙোন্দা হায়ঙমদবা তম্ফম খঙদবা নুংঙাইবা অমা পুক্লিংদা ফাওরক্কনি।পাউজেল অসি পাবগা লোয়ননা ঈশ্বরনা হংবা ৱাহং অমসু ময়ামদা তাহল্লম্মী।

'নহাক্কী লমচৎপু শেংদোক্লবা অমদি মপাল নাইদনা নুংঙাইবা অমদা লৈনবা করম্বা ৱাফম অমা মতম পুম্নমক্তা নীংশীংদুনা লৈগদগে?'

ঈশ্বরনা হংলকপা ৱাহংনি, বি কে শিংনা ইরায় লায়না খুম্বা ঙম্নরমদে। ময়াম পুম্নমক্কী পাউখুম তারগা বাবানা অসুম্না পাউখুম পীরকখি; 'মতম পুম্ন মক্তা নীংশীংদুনা লৈয়ু মদুদি ঐখোয় দৈবী স্বরাজ্য শেমগৎলিবনি, ঐখোয়না অশিবগী লমদম মৃত্যু লোক অসি থাদোক্লগা শিবনাইদ্রবা মফম অমরলোক হায়বা অদুদা চৎলিবনি মসি খল্লুবা মতমদা নুংঙাইবা ফাওরক্কনি, লমচৎসু চুম্নক্কনি মরমদি অমরলোক হায়বা অনৌবা দুনিয়াদুদা চৎপা তারবদি লাইগী শাজৎ চৎপা তাই। স্বরাজ্যগীদমক মী কয়াগী ফননবা তৌবা তাই, পুম্নমকপু লম্বেল তাকপীবা তাই।'

বাবানা পোইন্টস কয়া তাকপীরকই, বি কে শিংনা অঙম্বা পোইন্টস অদু খঙজীন্নবা লাক্লে। কাওদনবা হোৎনৈ, পুম্নিদা পানশীন্নবা মপুক্লিংদা খঞ্জে।

মরুওইবা পোইন্ট খরদি অসুম্না পীরকই: মী কয়াদা য়াইফনবা, কল্যান তৌননবা নহাক্কী ব্রাঙাং অদু অথুম্বা ব্রাঙাং ওইগদবনি। অথুম্বা ব্রাহৈনা সেবা তৌগদবনি। খাঙবা কনবা হায়বদু ওইগদবনি।

কর্মশিংগী অথুপ্পা খোঙজেলবু খঙজীল্লগা বিকারশিংবু মায়থীবা পীগদবনি। জগৎপু ঙম্বা লাইরেম্বা ওইগদবনি। soul conscious ওইবা মিৎয়েংবু সিভিল ওইহনগদবনি।

অপাম্বা, অশাওবা, মীহৌবা, শুমহৎপা/নাপলবু বিকার হায়না খঙনৈ। মঙা অসিনা মীওইববু মায়থীবা পীদুনা থম্মী। মরম অদুনা মখোয় মঙাবু জয় তৌগদবনি হায়না তাকপীরম্মী। মখোবু জয় তৌরবা মতুংদা জগৎজিত হায়না খঙনগনি। পোইন্ট ময়াম অসি পীরবা মতুংদা মগশিংদা বরদান অমসু পীরম্মী:

‘স্বরাজ্য অধিকার কে নমো ঔর নিশঠয়সে সদা শক্তিশালি বননে ব্রালে সহজ যোগী, নিরন্তর যোগী ভব’।

স্বরাজ্য অধিকারী হায়বদি কর্ম ইন্দ্রিশিংবু মশানা লৈঙাকপা ঙম্লবা ইন্দ্রিশিংবু খুদুম চল্লবা হাযবনি। ইন্দ্রিশিংবু খুদুম চল্লবা মতমদা শক্তি লৈবা হায়বদু ওইরক্কনি। অদুগুম্বা শক্তি লৈরবা ইন্দ্রি খুদুম চল্লবা ইরায় লাইনা যোগী ওইরবা অমা ওইবা ঙমজরো হায়না বাবানা বর পীবীরম্মী।

বর অসি পীরকপগা লোয়ননা স্লোগান অমসু পাথোরকখি:

‘লাইত হাউস বন মন বুদ্বিসে লাইট ফৈলানে মেং বিজি রহো তো কিসি বাত মেং ভয় নহিং লগেগা।’

লাইত হাউস ওইদুনা পুক্লিং বুদ্ধিনা মঙাল শন্দোক্তুনা লৈরবদি করিগুম্বা ব্রারম অমদা অকীবা পোক্লোই।

স্লোগান অসি পাথোকপগা লোয়ননা অয়ুক্কী ক্লাস অদু লোইশনখি লোয়ননা ঙাঙ্গানবা মঙালনা ইংনা তপ্পা ঙাল্লকখি। মরক অদুদা ইংনা তপ্পা ঈশৈ অমা থাবকখি ‘সদভাবনা বনাকর দিলমেং সবকো সুখি বনানা হৈ।’ থম্মোয়দা অফবা ব্রাখল পোকহন্দুনা পুম্নমকপু নুংঙাইহনগদবনি। ▱

# হিংনা হিংনা শিবা



ব্রহ্মাকুমারী আশ্রম অমদা অয়ুক্কী মুরলি তাবা নংনবা চৎলম্মী। নুংশিবা খোঞ্জেলবু মুরলি হায়না খঙনৈ। আশ্রম অদুদা ব্রহ্মাকুমার অমদি ব্রহ্মাকুমারীশিংনা মাগী মাগী ফমফমদা ফমদুনা ইংনা শিনা দ্রোপ সাইলেন্সতা ঈশ্বরবু নীংদুনা লৈনরম্মী। ঐহাকসু অহাংবা মফম অমদা চঙদুনা ফম্লম্মী লোয়নননা মেডিটেসন তৌনবা শেম শারম্মী। মতম অদুদা রেদ লাইটনা কা অদুদা ঈংনা চীক্লা ঙাল্লম্মী।

মেডিটেসনগী অহানবা খোঙথাং ওইনা ঐগী হকচাংবু কাওথোক্লগা ঐগী থৱায়বু নীংশিংনবা লাক্লরম্মী। ঐনা থৱায় নৎত্রগা আত্মা ওনবা ঙম্লবা মতুংদা পরমাত্মাবু নীংশিংলগা পরমপিতা, সুপ্রিম ফাদর, মহাক্কী মনাক্তা য়ৌনবা লাক্লজগদবনি।

মতম অদুদা ঈংনা থারকপা ম্যাজিক অমদা ঈশৈ অমা অসুম্না খোংলক্লম্মী *'তুমহারে সাথকা অনুভব বড়া নিরালা হৈ'*। মহাক্কা লোয়নবা ফিলিং অমদি এক্সপরিয়েন্স অসি য়াম্না অঙকপা ইতোপ তোপ্পা অমনি। ঈশৈ অদুনা ঐগী থম্মোয়বু ঈশ্বরগী মনাক্তা তপ্না তপ্না পুবীখি। ম্যাজিক অদু লোইশ্রে লোয়নননা অঙানবা অঙৌবা মচু কাপখৎলক্তুনা কা অদু পুমঙান ঙানখি।

ব্রহ্মকুমার অমদি ব্রহ্মাকুমারীশিংবু আশ্রমদা বি কে হায়রগা খঙনৈ। বি কেশিংনা যোগ নৎত্রগা মেডিটেসন তৌরম্বা লেপ্লগা শন্দলি মথক্তা ফম্লিবী *'বহন'* অমগী মায়কৈদা পুক্লিং চঙনা মীৎযেং থম্লম্মী। বহন অদুনা পারক্কদবা

ভগবানগী মুরলিবু মুন্না তাগদবগী শেম শানরম্মী। খঙহৌদনা মথক্তগী বহন অদুনা ঈশ্বরগী মুরলিবু অসুম্না পারকখি *'মীঠে বচ্চে-ইস শরীরসে জীতে জী মরনে কে লিএ অভ্যাস করো-'মৈ ভী আত্মা তুম ভী আত্মা' ইস অভ্যাস সে মমত্ব নিকল জায়েগা'* অর্থদি অসুম্না হায়বা য়াই-'নুংশিরবা ইচাশা হিংনা হিংনা শিবা ঙম্নবা হোৎনৌ-'ঐসু আত্মানি, নঙসু আত্মানি' হায়রিবা অভ্যাস অসিদগী মমত্ব হায়বদি এটেচমেন্ট মাঙখিগনি। বহন অসিনা ঈশ্বরনা হংঙকপা ব্রাহং অমসু পাথোরকখি। ব্রাহং অদুদি অসিনি 'খ্বাইদগী ব্রাংবা পম্বুং অদু করম্বনো? পম্বুং অসি য়ৌরবা মীওইশিংগী খুদম্না করিনো?

বহন্না ফংলিবা বি কে শিং অদুদা ব্রাহং অদুগী পাউখুম পীরক্লবা হায়খি। বি কে শিং অদুনা মানা মানা খুম্না ঙম্না পাউখুম পীরকখি। পুম্নমক্কী পাউখুম তারগা ইশম শম্না ঈশ্বরনা পীরকপা পাউখুম্বু অসুম্না পাথোরকখি-হকচাংগা লোয়নরিবশিংগা লৈনরিবা এটেচমেন্ট অদু থদৎকদবনি, মতম পুম্নমক্তা ইচিন ইনাও ঙাক্তনা হায়বসি নীংশিংদুনা লৈগদবনি-মসিমক্তি অব্রাংবা পম্বুং হায়বসি। অতৎপা লৈতনা হকচাংগী মপুনি, দেহী অভিমানীনি হায়না খনজবা ঙম্নবা মখোয় অদুতনা পম্বুং অসি য়ৌবা ঙমই। দেহী অভিমানী ওইবা ঙমদ্রবদি কবিনো করিনো অমদা থুদুনা লৈগনি নৎত্রগা মশাগী হকচাংদা নৎত্রগা কনাগুম্বা মরুপ মপাংগী ওইবা মরিদা ওইবা য়াই। মখোয়না অতৈ মীগী ব্রা লৌগনি অমদি অতোপ্পগী হকচাংবু অফবনি হায়না লৌগদবনি অব্রাংবা পম্বুং য়ৌরবা মীওইশিংদি হকচাংগী নুংশিরা লৈররোই।

ব্রাহংগী পাউখুম পীরবা মতুংদা ইপানা অসুম্না হায়রক্লম্মী য়েংউ, ইচাশা ঐগা মান্ননা ওইবা ঙম্নবা নখোয়বু শেম্নবা ঐহাক লাক্লবনি। ঐদি মশক লৈতবনি, নিরাকারনি, ঐগুম্বা নিরাকার ওইবা ঙম্নবা হায়বদি হিংনা হিংনা শিবা তম্বীবা লাকপনি। ইপাসু ইশাবু আত্মানি হায়না খল্লিবসি, হকচাংগী ব্রাখল য়াওদ্রবনি। অশিবা হাযবসি হকচাংবু থাদোকপনি। হিংনা হিংনা শিবা হায়না কৌবনি। অমনবা খোংউপ্তা নুংশিবা থমদবগুম নখোয়গী মল্লবা হকচাং অদুদা নুংশিবা থম্লনু। অমনবা খোংউপ্নু অহনবা অমা শিন্দোকপা মতমদা অমনবা খোংউপ কাযনবগী মৈশা পোক্তে। মতৌ অসিগুম্না খোংউপ অমনবা হুকে

দাকপগুম হকচাংদা লৈবিবা.এটেচমেন্ট অদু থাদোরকখিনবা লাক্লরে। ঐ হৌজিক য়ুমদা হন্নবা নখোয়বু লৌবা লাক্লিবনি। ঐগা লোয়ননা চৎপা ঙম্নবা নখোয়সু প্রেক্টিস তৌবো। ৮৪ গী চক্র মপুং ফারে, হৌজিক্তি অনৌবা হৌগদৌরে। আত্মা অসি মশক উদবনি, নিরাকারনি, ঐহাকসু নিরাকারনি, কল্প তঙ্খায় অমা মখোয়না ভক্তি মার্গদা ঐহাকপু নীংশিংদুনা লাক্লে। অহানবা ঐগী ইনাক্তগী চৎখিবগী মতমদদি সত্তোপ্রধাম ওইনা অশেংবা অমা ওইনা চৎখিবনি হৌজিক্তি মখোয় পুম্নমক তমোপ্রধান ওইনা লৈখা তাদুনা পুম্মোৎ মোৎশীল্লম্লে।

অসুম্না পোইন্ট কয়া মচাশিংদা তাক্লবা মতুংদা মুবলি অদু ব্রাহৈশিং অসি হায়রগা লোইশিল্লকখি।

'নুংশি নুংশিরবা মতম কয়াদগী কায়নখ্রবা ইচাশা মখোয়গী নফমদা মাতা পিতা বাপদাদাগী মফমদগী যাদ পপব অমদি গুদমোর্নিং। রুহানি বাপকী রুহানি বচ্চোং কো নমস্তে।'

. পাইন্টশিং অদু তাহল্লবগী মতুংদা ইপানা ববদান অমসু পীবকখি- *'পুরানি দেহ ঔর দুনিয়া কী সবর্ব আকর্ষনোং সে সহজ ঔর সদা দুর রহনে ব্রালে রাজঋষি ভব '।*

'মল্লবা হকচাং অমদি দুনিয়াগী চিংশিল্লিবা খুদিংদগী ইরাই লায়না মতম পুম্নমক্তা লাপথোক্লা লৈবা ঙম্বা রাজঋষি ওইজরো।

স্লোগান অমসু লাউরকখি- *'সাইন্স কে সাধনোং য়ুজ করো লেকিন সপসে জীবন কা আধার নহীং বনাও'।*

'সাইন্সকী খুৎলাইশিংবু শীজিন্নবদি শীজিন্নৌ অদুবু নহাক্কী পুন্সিগী থাদোকপা য়াদবা অমদি ওইহনগনু'।

পাবা লোইরবা মতুংদা কা অদুদা অঙানবা মঙাল অদু লেপ্লগা ঙাঙ্গ্রেন্নবা মঙাল কাপ্লকখি। বি কে খুদিংমক যোগদা লৈখি। মতমদুদা ঈশৈ অমসু থাবকখি *'এক তুমসে হী প্যার করুং বাবা।'* 'অমত্তা ঙাইববা নহাক্তমক নুংশিজগেকো বাবা'।

যোগ লোইরবা মতুংদা নুমিৎ খুদিংগী ওইবা ইথৌ পাংথোক্লবা ঐনা য়ুমদা হল্লকখি। ☐

# ঈশ্বরগী বিস্ববিদ্যালয় অমা



ঐখোয়না পোক্লকপা মতমদা ইমা ইপানা ঐখোয়গী মিং থোʼনবী। কনাগুম্বগীদি মিং অসি অমখক্তা ওইদে, কয়ামুক য়াম্বসু য়াওই। করিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বগী মিং অসি অঙাং ওইরিঙৈদা, সার্টিফিকেটতা ইরিবা অদু নত্তবা অমা অতোপ্পা অমা মীয়াম্না খঙনরকপা য়াওই। খুদম ওইনা মোহন্দাস করমচান্দ গান্ধিগী মিং অসি মহাত্মা গান্ধি হায়বগা খঙনৈ। সুভাসচন্দ্র বোষপু নেতাজি হায়রগা খঙনৈ। জৱাহরলাল নেহরুবু পণ্ডিতজি হায়রগা খঙনৈ। মহাত্মা কয়ামুক লৈ, নেতা কয়ামুক লৈ, পণ্ডিত কয়ামুক লৈ। অদুবু মহাত্মা হায়রকপদা, নেতাজি হায়রকপদা, পণ্ডিতজি হাযবকপদা অতৈবু খঙনদে মোহন্দাস করমচান্দবু, সুভাষচন্দ্রবু, জৱাহরলালবু খঙনৈ। মিং হায়বসি মহাক মহাক্লা পাঙথোক্লিবা থবক্কী শক্তম রূপ অদু লৌরকপনি।

প্রজাপিতা, ব্রহ্মাকুমারিজ ঈশ্বরিয় বিশ্ববিদ্যালয়বু লিংখৎলম্বা নুপা অদুগী মমিং লেখরাজ কৌই। মহাক্লা বিস্ববিদ্যালয় অসি লিংখৎলগা মী কয়াগী পুন্সিবু অনৌবা পুন্সি ওইহনখি। অনৌবা পুন্সি ওইখ্রবশিংবু, শেমখ্রবশিংবু মহাক্কী প্রজানি হায়না লৌরগা খঙনখি। ব্রহ্মা কৌবা দেবতা, লাই অদুগী রোল লৌদুনা ব্রহ্মাগী সংস্কাব অদুদা মহাক্কী সংস্কাবসু ওল্লকখি। ব্রহ্মাগী চপ চাবা সংস্কাব অদু লেখরাজনা মহাক্কী ওইজবা ফংখ্রবা মতুংদা ব্রহ্মাগী মুর্তি অদু লেখরাজনা ওইখি। মুর্তি অদু ব্রহ্মা বাবা হায়দুনা ভারত সবকারগী

পোষ্টেজ ষ্টাম্প মবক্তা য়াওখি। হান্নগী লেখরাজ অদুনা লোয়নরকপা কর্ম অদু সন্যাস তৌরগা, কর্মগী অপুনবা বন্ধনদগী নাম্বোক্লগা কর্মাতিত ওইদুনা ব্রহ্মাগী মিংথোল ফংখি। ভাবতকী চৎনবিদা শাগৈগী থোরকপশি মখল অনীনি। মখোয়শিং অদুদি কুখ বংশবলি অদুগা মুখ বংশবলি। গর্ভদগী পোক্লগা ওইবকপা শাগৈশিংনা কুখবংশবলি, চিনবান্দগী থোরকপা জ্ঞা দগী শেন্নকপা কাঙবুবুনা মুখ বংশবলি হায়না খঙনৈ। ব্রহ্মা বাবাগী চিনবা দগী থোরকপা জ্ঞান ফংদুনা অনৌবা পুন্সি শেন্নবা নুপাগী কাঙলুপ্পা ব্রহ্মাকুমার অদুগা নুপীনা ব্রহ্মাকুমারী হায়না খঙনৈ। অশম্বা ব্রাহ্মদা বি কে হায়না নুপা অমদি নুপী অনীমকপু খঙনৈ। বি কেশিং অসি ব্রহ্মা বাবানা মিংখৎলখিবা বিশ্ববিদ্যালয় অসিগী মহৈরোইশিং ঙাক্তনি। ব্রহ্মা বাবানা মীগী লোয়নরকপা সংস্কার শেংদোক্লগা অনৌবা লাইগী ওইবা সংস্কার লাক্লবা, ফংনবা জ্ঞান পীদুনা হোৎনহনবা মতমদা মীশিং অদুবু ভক্ত ওমা ওইনা লৌদে, ভক্তিগী মওংদা চৎহন্দে, লাইরিক তম্লিবা মহৈরোই অমগী মওংদা শেম্বী। মচা অমগী মওংদা শক্লি মরম অদুনা কুমার অমদি কুমারী ব্রাহ্মণ অসি ব্রহ্মা হায়বা ব্রাহ্মগী মখাদা তপ্পি।

মীওইবনা পোক্লকপদা ঈশ্বরনা ফ্রি ৱিলগা-লোয়ননা থাদোরকই। মীওইবনা লোয়নরকপা ফ্রি ৱিলগী থৌরি অসি লোইবা খম্বা নাইদনা শাংবা থৌরিনি। ফ্রি ৱিল অসি লৈবদগী মীওইবনা মশা মশাগী অপাম্বা লৈ, চোইস লৈ। মরম অদুনা ঈশ্বর অমত্তনি হায়জরবসু ঈশ্বরবু তোঙান তোঙানবা মওংদা, তোঙান তোঙানবা মমিং থোনদুনা পুজা তৌই, লাইশোল তৌই। পুজা অমদি লইশোল খেন্নবগী মতুংইন্না ধর্ম্মগী মমিংসু তোঙান তোঙাল্লি। কনাগুম্বা মীওই খরদি ঈশ্বর লৈ হায়বা থাজদবা কাঙবুসু লৈ। ঈশ্বরনা ফ্রি ৱিল পীরগা থাদোকপনিনা মহাকপু থাজদবা মীওইসু থাজদবা য়াদে হায়না খক ফোংদোক্লক্তে। মহাক্না মরক করিসু থৎলক্তে। মরম অদুনা মহাক মহাক্না পাম্বা মওংগী ৱাখলনা পুদুনা পুন্সিগী লম্বৈলদা অদুম চৎলি। অদুবু মীওইবনা মহাক্কী ফ্রি ৱিল অদু ৱিজদম অমগী মখাদা চৎত্রবদি মবাইবক থীবা হায়বদু ওই। মরায়বক থীরকপা অৱাবা তাবকপা মতমদা ঈশ্বরননি হায়দুনা ঈশ্বরদা তাইনরকই। মহাক মহাক্কী কর্মগী ফলনি হায়বসি খঙদে। নীংথীনা

লামজিংদ্রবা ফ্রি ৱিলনা মীওইবনা লম হেল্লকপা মতমদা মালেম অসি অৱাবদা তারকই। কল্লকপা অমদি নাপলনা কন্ট্রোল তৌখিদুনা অতোপ্পা মীগী ফ্রি ৱিলবু নমথনবা, দোমিনেন্ট তৌনবা লাক্রবকই। মতম অদুদা মীওইবশিংনা মনীংতম্বা ফ্রি ৱিলবু নীংশিংদুনা ফ্রিদম হায়বদু তাল্লকই। মদুগী ফলনা মালেম অসিদা লাঞ্জাও কয়া থোরকই।

ফ্রি ৱিলনা এক্সেস ওইখিদুনা কা হেনখিদুনা মীওইবনা ৱাররুবা মতমদা ঈশ্বরনা মীওইবগী মবক্তা পাউজেল, revealation কয়া পীরকই। পাউজেল অসিনা ফ্রি ৱিলনা কোয়চায় চায়দুনা লৈবম্বা অদু মান্নবা জ্ঞান, কমন কন্সিয়সনেসকী মখাদা থমদুনা শান্তি অমদি হারমোনি থম্নবা লাক্ররম্মী। ঈশ্বরগী পাউজেল শন্দোকপা ও ক্লম্বা ধর্ম্ম শেন্নম্বা গুরুশিং অদুগী মমিংদা তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মগী মিং থোবকখি। পাউজেল থাদোরক্লিবা ঈশ্বরগী মিং কাওখিদুনা পাউজেল চেল্লিবা গুরু অদুগী মমিং ঙাক্তা ঈশ্বরগী মহুত্তা শোন্নরু-পা হৌখি। খুদম ওইনা খৃষ্টগী মিংগী মতুংইন্না মহাক্কী ধর্ম্মগী মমিং খৃষ্টান হায়না খঙনবি। অহানবদদি মহাক ঈশ্বরগী মচানি হায়রম্বনি, অকোনবদদি ঈশ্বর ওনখি। ভারত্তসু তোঙান তোঙানবা গুরুনা মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা ঈশ্বর পুথোক্ররকখি। ভারত্তা চৎলিবা ধর্ম্মগী মমিং হিন্দু ধর্ম্ম হায়না থোল্লি। হিন্দু ধর্ম্মগী হৌদোক্লম্বা মপু কনানো, অমত্তা ঙায়রবা ঈশ্বর অদু কনানো? মফম অমদনা কৃষ্ণনা ঈশ্বরনি, মফম অমদনা রাম্না ওই, গনেশনা ওই, দুর্গানা ওই, শিবনা ওই অসিনচিংবা কয়ানি।

Prepared mind ওইরবা মীওই কয়াগী মফমদা ঈশ্বরনা revealation কয়া পীরকই। হিন্দুগী শাস্ত্র কয়াদা শিববু মন্ত্র শোনবদা শিব পরমাত্মায় নম হায অদুগা কৃষ্ণ, ব্রহ্মা, শঙ্করগী মতুংদা দেবতায় নম হায়। মন্ত্র অসিনা তাকপদি শিবনা খ্বাইদগী অথোয়বা পরমাত্মানি ঈশ্বরনি। হায়রিব। পরমপিতা পরমাত্মা শিবনা লেখবাজগী হকচাংদা চঙলক্তুনা revealation কয়া পীবকখি। ফ্রি ৱিল পীরগা মীওইবগী হকচাংদা চঙখিবা আত্মাশিংগী শান্নবা মতম লোইবে। লৈশেমগী মতম কল্প অমনি চহী লিশিং মঙানি। হৌজিক অরিবা দুনিযাগী মতম লোইবে, অরিবা উনা লোযনা কেনখিদুনা অরিবা পাপ্পীগী মতমসু লোইশ্রগনি। মবম অসিনা ঈশ্বরনা অনৌবা দুনিয়া

অমা শেমগৎলগনি মদুগী ইনচার্জদি লেখরাজনা ব্রহ্মাগী রোল লৌরগা পাঙথোক্কদবনি। জিবাত্মা পুম্নমক ফবন্মী, শেংলন্মী মতমদুদা মীওইবা অসি দেবতা ওইবন্মী পুজা হায়বদি পুজা তৌনফম ওইরম্মী। হৌজিক্তি অদুগুম্বা দেবতাশিং অদুনা পুজারি ওইবে পুজা তৌনরম্বা অদুনা পুজা কৎপা ভক্ত ওনখ্রে।

শিবনা পীরকপা রাখল্লোনশিং আইদিয়া অমসুং থোটশিং অদু ব্রহ্মা বাবানা বিশ্ববিদ্যালয় অসিদা তম্বীবন্মী। মরম অদুনা বিশ্ববিদ্যালয় অসিগী মমিং ঈশ্বরিয় বিশ্ববিদ্যালয় হায়না থোল্লম্মী। মতম শাংনা শোন্দুনা লাক্লবা নুপীশিংবু শক্তি হাপ্লবা ইমপরাবমেন্টকীদমক বিশ্ববিদ্যালয় অসিগী মমিং প্রজাপিতা ব্রহ্মাকুমারিজ ঈশ্বরিয় বিশ্ববিদ্যালয় হায়না কৌই। বিশ্ববিদ্যালয় অসিগী হেড ক্বার্টর রাজস্থান স্টেটতা লৈবা Mount Abu নি।

মণিপুরগী মফম ক''দা বিশ্ববিদ্যালয় অসিগী ব্রাঞ্চ কয়ামুক লৈরে। মণিপুরদা লৈবিবা intellectual শিং অসিনা অনৌবা স্কুল ওফ থোট অসি;ু খ'' নৈনবা যাবা মতম ওইরে। ☐

# ইশাগী মায়পাকপবু খঙজিঙবা



নিংথৌবেল অশোক্না অহানবদদি মহাক্কী মিংচৎ অমদি মবল ম্খুন্না যাম্না খৌবাংলম্মী। মহাক্না অসুক্কী মতিক খৌবাংলম্মী মদুদি মহাক্না খৌবাংবদু কোক্লনবা অচৌবা লানফম অমা থেংনবা তাখি। লানফম অদুগী মমিং কলিঙ্গগী লানফম হায়দুনা ইতিহাসতা ফাওদুনা লৈবি। লানফম অদুদা অশোক্না মায়পাকখি। অদুবু, মায়পাকপা অদুনা মঙোন্দা অপেনবা পীবা ঙমখিদে, থোইনদুম নীংবা কাযবগী থৌদোক অমা ওইখি। মহাক্না কন্না হোৎনদুনা তাঞ্জরিবা materialistic comfort অমদি সেল্ফ-ষ্টিম অদু যাম্না পঙবা ৱাখলনি হায়না খনখি। মহাক্কী ৱাখল অদু মায়কৈ অমবোমদা ওল্লকখি। ৱাখল অদুদি স্পিরিচুালগী পান্থৈনা Self actualisation ওইবনি। মহাক্কী অকোনবা ৱাখলনা মঙোন্দা অচৌবা মায়পাকপা পুরকখি। পৃথিবীগী মফম কয়াদা মহাক্কী মমিং শন্দোকখি। ঙসি ফাওবদা ভারতকী ফিরালদা অশোক চক্রনা লৈতেংলি। কয়াদা চাওখ্রবা মায়পাকপনো?

মায়পাকপা হায়বসিবু করিনোনে হায়না হংবদা পাউখুম পীবা হেক্তা লুই। রিপোর্টরশিংনা G.D. Birla হায়বা ব্যুজিনেসকী সংসারদা মমিং লৈববা নুপা অদুদা হংলুবা মতমদা মহাক্না অসুম্না খুম্নকখি মদুদি মহাক্নদি মায় পাকপনি হায়না খঞ্জকুবা অসি অতোপ্পশিংগী মফমদদি মাযথীবনি। অসুম্না হায়বা থাই মদুদি মায় পাকপগী মতুংদা মাযথীবনা ইন্নদুনা চৎলি।

ঙসি ঐনা ফংলিবা ইজ্জৎ অসি তুংদদি মায়থীবা অমা ওইরকপসু য়াই। মসিনা তাকপদি মায় পাকপা হায়বা অসি absolute ওইনা লৈতে, ওল্লকই, মায়ানি। ওইথোক্তবা হায়বা লৈতে হায়বগী ব্রাখলদা নিংথৌবেল ওইবম্বা নেপোলিয়ন অদু জেলদা বন্দি অমা ওইনা শিখি। নহা ওইরিঙৈদা ঐখোয় অয়াম্বনা তাল্লম্বদি, তাল্লিবদি মপানগী ওইবা নুংঙাইবা মেটরিয়েল কমফোর্ট অমদি শেলনি। মতম খবা লৈরগা, খরা অহল ওইরক্লগা খঙলকপদি ঐখোয়না দরকাব ওইবিবশিং অদু ফংলক্লবা মতুংদা শেলনা পেন্দবা কয়াগী মচা কোকফম ওইরকই। ঐখোয়গী নাপল, অকীবা, কল্লকপা কয়ানা ঐখোযগী পুক্লি ং' অমদি হকচাংগী নুংঙাইবা কযাবু শোক্লকই।

মী অমগী মপুংফাবা মায়পাকপা হায়বসি মরম ্যাম অসিদগী শেমগৎলকপা য়াই:

-মপানগী নুংঙাইবা মেটবিয়েল কমফোর্ট ফংবা

-হকচাং ফবা

-সমাজনা মশক খঙবীবা, সোসিয়েল বিকগনিসন

-পুক্লিংগী অপেনবা, মেন্টেল সেটিসফেক্সন

-স্প্রিচ্যুল এচিভমেন্ট, অধ্যাত্মিক্কী খুমাং চাওশীনবা।

Abraham Malew না human behaviour মীওইবগী শাজৎপু এনলাইস তৌদুনা য়েংলগা, মীনা দবকাব ওইবিবা নিডকী মথং মনাও নাইবা hierachy অদু শেম্লম্মী। থ্বাইদগী নেম্বা থাক্তা physiological needs হায়বদি হকচাংগী মবি লৈনবশিংনা ওইরম্মী। মখোযশিং অদুদি তুম্বা অমদি পোত্থাবা, চাবা, থকপা, লৈফম অমদি সেক্সনি। মদুগী মতুংদা শোক্ত পন দনবা লাক্লবা; ঐবু নুংশিবিনবা, পাম্বীনবগী দরকাব; সমাজনা ঐবু য়াননবা, মশক খঙবীনবা, মিং চৎনবা, ষ্টেটস অমদি ইজ্জৎ ফংনবগী দবকাবশিং; অঙকপা কযাগী খঙনবা জ্ঞান, explore, discover, find solutions, look for relationships and meaning, intellectual গী শিংনবশিংবু থিবা; self actualisation ফংনবগী দবকারশিং।

ঐখোয়দা ফ্রি ৱিল লৈবা মরম্না ঐখোয়না মখল মখা কয়াগী খনজবা চোইসেস কয়ামুক লৈ। ঐখোয়গী behaviour অসি চোইস কয়ানা কন্ট্রোল তৌই। চোইস ওফ মিন্সনা ঐখোয়গী পোলোই ওইবা নীংবা থুংবা কয়াবু লেপ্পি। মিন্স অসিবু অচুম্বা মওংদা লেপ্তুনা অফবা পোলোয় তান্ননবা শাস্ত্র কয়াদা তাক্লি।

নেচব অসিদা low of equillibrium হায়বা অমা লৈ। ঐখোয়না খ্বাইদগী মখা থানা লৈরিবা দরকার হায়বদি physiological needs অসিতবু ফংনবা লাক্লদুনা লৈরবদি নেচরগী লো অসি কায়রকই। লো অসি থুগায়রুববদি, কায়হল্লুবগী দুন্দি ফংগনি। পৈশা ঙাক্তা চানবগী হোৎনবনা lower order গী দরকার অদু ফঙ্গি। মদুতমক ফংনবগী লাক্লখিবগী ফলনা মহাক অদুনা শান্তি, পিছ অমদি হারমোনি ফংবা ঙম্লোই।

মায়পাকপা ফংনবা দরকার ওইবগী কৈরাক্কী থাকশিংবু মশক মনা খঙবা চঙই, ফংননবগী হোৎনবা দরকার ওই। হায়রিবা থাকশিং অদু কাবদা ঐনা করি কবি পাঙথোক্লিবগে, ফংনবা তাল্লিবগে হায়বদু ইশা ইশাবু থিগৎপা, চেক তৌবা, ওডিট তৌবা চঙই। ওডিট অদুগী পান্থৈনা ঐহাক্না মায়পাকপগী থাক্তা কাখৎলক্নি। ☐

# খাঙবা কনবা অমদি শান্তি



ধর্ম্ম খুদিংমক্কী খোল্লাওদি অচুম্বা লমচৎ চৎপা, অচুম্বা অমদি অহিংসা মীওইবদা গুণ ওইনা চেলহনবা অদুনি। খোল্লাওদা মান্নজরবসু মখোয়গী ritual দি মযাম পুন্না পাঙথোকমিন্নবগী থৌওংদি, অমগা অমগা খেন্নৈ। অসিদা নত্তনা মখোয়না শেৎলিবা ফিজেৎ, পাঙথোক্লিবা পুজাগী ইরাৎ থৌনিগী, ritual গী ৱাহৈ ৱাতানা মখোয়গী থাজবিবা faith অদুগী খুদম ওইনৈ।

হৌজিক্কী মতমগী পৃথিবী অসিদা টেক্নোলোজি অমদি নোলেজ অসি অমত্তা ওইনা পুনশিন্নরক্লি। অমতা ওইনা পুনশিনবগী ঈচেল অসিনা কনখৎলকপা মতমদা ধর্ম্মশিংনা, তোঙান তোঙান্না লৈবা য়াবকখিগদ্রা? নোলেজগী য়ুম্ফম অসি মান্নরকপা, কমন ওইবকপা ঐখোযনা থেংনরি। মীওইবা খুদিংদা য়াওরিবা বেসিক instinct শিং অসিদি অমগা অমগা ইমান মান্নৈ। অপাম্বা, অশাওবা, কল্লকপা, মিহৌবা, নাপল মীওইবা খুদিংদা য়াওরি। মীওইবদা য়াওরিবা নেগেটিব ওইবা ইষ্টিঙ্কনা শিন্নবা পৃথিবীগী মফম কযাদা সেমিনাব অমদি কনফবেন্স তৌদুনা লাক্লবি।

পিছ অমদি ব্রদবহুডকীদমক খোল্লাও কযা লাওনবি। ধর্ম্ম খেন্নববসু প্রোগ্রাম অমদি পিছ ফংনবা কোড ওফ কন্দক্ট থম্নবা হোৎনরি। হায়নিবা কোড ওফ কন্দক্টশিং অদুদি Patience. tolerance, mind and sense control, mu

tual respect, purity, honesty, wisdom, knowlege; truth non anger অমসুং নন ভাইওলেন্স অসিনচিংবনি। খাঙবা কনবা, পুক্লিং অমদি ইন্দ্রি খুদুম চনবা, বব্যহার তৌনবা, অশেংবা পুক্নিংদগী শেংবা, জ্ঞান লৈবা, অচুম্বা, শাওদবা, অহিংসা অসিনচিংবশিং অসিনি, মখোয়শিং অসি মীওইবনা চেনগদবা গুণ ঙাক্তনি। মখোযশিং অসি তম্বিবা যাওদনা, ইশাদা লোযনদুনা লৈবা ঙাক্তনি। হৌজিক্কী মতম অসি লাম্বা তৌনবগী অমদি consumerism গী যুগনি। কম্পিটিসন অমদি consumerism না মীওইবদা পুরক্লিবা অৱাবশিং অসিদি ঐখোযনা খন্থরুবা তৌদে। অনী অসিনা মীওইবদা stress পুরকই, টেন্সন থোকহল্লি। মীবু মফম মরাং খঙদনা নীংবা কায়হল্লি শাওহল্লি। মশাদা কল্লক পীহৌ, গ্রীড পোকহল্লি। কম্পিটিসনদা মাযপাকপশিংনা নপল কারকই, মাযথিরবশিংনা মপুক্লিংদা ইকাই নুংশি য়ান্নহল্লকই, লম্মল খুম্নিংবগী ৱাখল পোকহল্লি। অনৌ অনৌবা ফিজেৎ চাকচেৎ, নুংঙাইথোকনিংবগী মওং, অনৌ অনৌবা কারগী মোডেলশিং যারিবমখে য়াম্না থুনা ওন্না লেন্না শীজিন্নদুনা অতোপ্পা মীগী মমাংদা উৎনবা হোৎনরকপগী চাংনা consumerism গী থাক অসি ৱাংখৎলকই। মদুবু, ফংবা ঙমদবা কাঙবুনা কল্লকপগী মৈবিনা চাকখৎলকই। অসিগুম্বা ময়াম অসিনা পৃথিবীদা ইংনা লেঞ্জবম্বা পুন্সি কয়াবু ইথক হৌহন্দুনা শান্তি মাংথরকই।

কম্পিটিসন অমদি consumerism না মীওইবগী মরক্তা নুংশিনদবা, hatred কী মরু হল্লি। মরু অদুদগী পোকখাযরক্লগা পাম্বী ওইনা হৌগৎলকই, মশা মবেং লোংথোরকই। মদুগী ফলনা টেরোরিজমগী লম্বেলদা খোঙদারকই। ঈগী লমল ঈনা শিংবা হায়না লাওনরকই। ঐগী জাতিগী হৌফম থিগৎলক্তুনা ঐগী আইদেন্টিটিগী খোল্লাওনা মাগী মাগী কম্যুনিটিদা ইরাং লাংঙকই, ইবাং থোক্লবা শীল্লকই। জাতি অমনা জাতি অমদা টার্গেট তৌনবকই। মীওইবগী ৱাখলদা লৈনবম্বা 'ঐসু হিংগে, নহাকসু হিংউ' হায়বা ফিদম অদু হৌজিক্তি তপ্না তপ্না মমি শামজিল্লক্লে। 'নঙদি খঙদে, ঐদি হিংদবা য়াদে, ইনাকখুন্দবা যাদে, নঙদি চাবা হেনবা যাই, ঐদি অতাওবা চাদবা যাবোই' হাযবা ওন্ন তৈনবা নেগেটিব ওইবা ৱাখলনা। মীওইবগী পুক্লিংদা ভুট ওইনা চঙখ্রে। মীওইবগী পুক্লিংদা তম্নবাই

ওইনা লৈব্রে, মরম অদুনা, মী খুদিংমক তম্নরাই ওনবা হৌরক্লে।

ঐখোয়না উরি মদুদি সাইন্টিষ্টশিং অসি অচৌবা ইন্দষ্ট্রি তৌবা অমদি রাজনীতিহ্রালাশিংগী ফুরিৎখাওদা চঙব্রে। মখোয়না কম্পিটিসন অমদি consumerism গী শক্তি হেন্না হেন্না হেনগৎহনবদৌনা তৌরে। মীওইবগী তাঙলবা গুণ শান্তি, নুংশিবা, অমগা অমগা চান্নবা, পিছ, লভ অমসুং হারমোনি সাইন্স না মতৌ করম্না পুরক্কনি হায়বগী ব্রাখলদু তুংওইনব্রে। সাইন্সনা থোইনদুম মায়াগী লম্বেলদা লমজিংনবা লাক্করি। লল হেনগৎনা লমজেল, শক্তি পায়নবগী লমজেল ময়াম অসি তান্নবদা অথোয়বা ওইনবা সাইন্সকী মতেং লৌনবা লাক্ক রি। শেংলবা স্পোর্টসকী মরক্তা দ্রগ শীজিন্নদুনা অমনা অমদগী থোইনিংবা লাক্করিবশিং অসি সাইন্সকী মতেং লৌবা নৎত্রা ? পৃথিবীগী চরাংনরবা পুন্সি মরক অসিদা অমুক্তং চিক্না ফমথরগা খন্দুনা যেংলদি ঐখোয়না খঙবা য়াই মদুদি ঐখোয় মীওইবদা হিংফম থোকপা পুন্সি অদু অসিরা ? ঐখোয় ঈশ্বরনা ফ্রি ব্রিল অমা পীরগা মালেম অসিদা পারা তম্মুচো লোইননা তম্বিন্দচো হায়না থারকপনি হায়না শান্তি পাম্বা কাওলুপ্না লাউরি। ঐখোয়না খন্নবা য়াই ঐখোয়না ঐখোয়গী পুন্সি অসিদগী করি করি পাবা তম্লে। ঐখোয় তিল কাওগুম হিংলগা পুন্সি অসি অদুম লোইশিন্নগদ্রা? ইচা ইশু শন্দোকপতনা, মখোয়বু থাকপতনা ঐখোয়গী ঈথৌ লোইরবরা?

চরাংনরবা মালেমগী পুন্সি মরক অসিদা ঈহৌ পাঙথোক্রবগীদমক শান্তি চংই, শান্তি ফংনবগীদমক খাঙবা কনবা, মীনা কায়রক্রবসু ঙাকপীবা ঙম্বা গুণ চেনবা চংই। ঙাকপীবা হায়বসি লাইগী ওইবা গুণনি। লাইদি ঐখোয়দা বর পী, নুংঙাইবা পী, লাইনা পীথোকখিবা বরগীদমক অমুক শীংথাদুনা থৌদে। মীদি মানা পীথোকখিবা অদু হনজিন হনজিন খল্লগা মদু পন পন্দুনা ঙাংদুনা লৈ। লাইদা ঙাকপীবগী শক্তি লৈ, মীদদি ঙাকপীবগী শক্তি ব্রাংলি। লম অনীনা অকনবা লালথেংনরবা মতুংদা, চোকথরবা মতমদা লাওবকই 'ঐখোয় কাওথোক্ররসি, ঙাক্ররসি' মসিমক 'forgive and forget', খোল্লাউ অসিনা শান্তি পুরক্রবা পাম্বে ওইবকই।

মসিমক টৌলবেন্সকী ব্রাখলনি, শান্তিগী লম্বেলনি। ☐

# পুজা তৌফম থোকপা অমদি পুজা তৌবা মী



ঙসি লৈরিবা মন্দির অসি বেদিকী মতমদি লৈরমদে হায়নৈ। নিংথৌ পানবা লৈবাক কয়াগী মশিং হেনগৎলকপগী মতুংইন্না মন্দিরশিং অসি শাগৎপা হৌগৎলকখিবনি হায়নসু তাকপীবা য়াওই। যজ্ঞগী চৎনবী অমা লৈরম্মী; চৎনবী ·দু তোকহল্লগা পুজা তৌবগী থবক্তা হেনগৎহনখিবনি। মন্দির হায়বসি পুজা কৎফম্নি।

যজ্ঞনা মীওইবগী খুরবা মিৎয়েংবু হায়বদি ইশাগীতা ওইজবা লম্বেলবু থাদোক্লগা কখোকপগী লম্বেলদা কর্ম্ম তৌহল্লম্মী। যুম পাল্লবা মী অমনা তৌগদবা যজ্ঞ অসি মখল মঙানি হায়না তাকপী। মখোয়শিং অদুদি-

১. দেব যজ্ঞ-ঈশ্বর অমদি লাইশিংবু লাচ্চবা।

২. ঋষি যজ্ঞ-মঙাল ফংলবা অমদি ঋশিংবু নুংশিবা অমদি ব্যবহার তৌবা।

৩. পিত্রু যজ্ঞ-ইমা ইপা অমদি পুরোল কয়াগী সেবা

৪. নর যজ্ঞ-সোসিয়েল সার্ভিস, সমাজ সেবা

৫. ভুত যঙ্ঞ- creature শিং হায়বদি লেংলি পাল্লিবশিংগী সেবা

মী অমনা মহাক্কী পুন্সিদা থাঙ্গদবা খোঙথাং অদু যজ্ঞনা তাকপী অমদি

অচুম অরান করিনো খঙহল্লি।

পুজা হায়বা অসি মী অমগী নোংমগী তৌগদবা দাইরিদা হাপ্পবা অকক্লবা মতম অমদা পাঙথোক্কদবা ritual নি, রুটিন নাইবা কর্মনি। অসুম্না হায়নৈ মদুদি ইশাগী ওইজবা থাদোক্লগা কখোকপগী লম্বেলদা লাক্লবগী ৱাখল্লোলনা মাংওইনরগা মীওইবগী থাক অসি ৱাংখৎনবগী মহুত্তা ঐনা হেন্না ইনাকখুনবা, মিংচৎ লৈনবা পুজা কৎলি। মশানা পুজা কৎপা হৈত্রগা পুজারি অমা নেক্লগা তৌহল্লি। ঈশ্বর অমদি লাইশিংগী মফমদা ইন্দাইরেক্ট ওইনা মরি লৈনৈ অদুগা যজ্ঞনা ইশাবু দাইরেক্ট ওইনা ঈশ্বরগী মফমদা পুশিল্লি।

মন্দির অমা শারগা মফম অদুদা ঈশ্বরবু লেঙদনা permanent ওইনা থল্লগা পুজা কত্লুনা লৈ॥ অসি থিঙ্কর কয়ানা য়ানিংদে। থৌওং অসিগী মরমদা চহী কয়াগী মমাংদগী ৱাহং কয়া হংনদুনা লাকই। শতাব্দি ১১ শুবা অদুৱাইদা Veerasaiva movement হৌখিবা কানাড়া কবি Basuvanna না হংখি, Kabir না হংখি, অনৌবা মতমদা Mahadevi Varma না হংখি।

হিন্দুগী মন্দিরশিং অসি মীওইগী হকচাংগী কয়াৎকী মওং লৌরগা শাবনি হায়নৈ। মন্দিরশিংদা খোঙ, খুৎ, কোক অমদি গর্ভগী শরুক য়াওনা হায়বদি পাদ, হস্ত, শিকারা, গর্ভগৃহ গী মফম নাইনা থম্মি। মীওইবগী অহিংবা হকচাং অসিদা ঈশ্বর থিবা তোক্লগা হকচাংগী মওং য়াম্না শারবা মন্দির অদুদা চৎলগা ঈশ্বর খুরুম্বগী চৎনবী অসি থমখিবদগী realisation of God হায়বা অসি অসুম অসুম কাওনবা হৌনরকখি। সনাগী মহুত্তা য়াইঙংনা শিনবগী চৎনবী অসি হকচাংগী মহুত্তা মন্দিরনা শিনবা হায়বসিদা পানশিনখি।

ইশানা ঈশ্বরবু নীংবা ঙমদ্রগা, মন্ত্র থীবা হৈত্রগা মী অমা নেক্লগা পুজারি অমদা হায়জরগা পুজা কৎহনবা হায়বসি মীদুগী কান্নবা করিনো? ঈশ্বরবু মী নেক্লগা হায়জহনবা য়াবরা? মদুনা ওইথোকপা য়ারবদি ঈশ্বরগা ঐগা কয়া থীনা লাপ্পত্নবনো। ইশানা তৌগদবা থবক অদু মী নেক্লগা তৌহনবা মদুগী মইংনা মহাক্লা কঙ্গনি হায়না খনবা অসি proxy মখল অমনি। মসিমক ঐখোয়না ঈশ্বগী মফমদা চৎকদবা অচুম্বা লম্বেল ওইদবা য়াই। অবানবা লম্বেল চৎপগী ফলদি লমঙাওনবনি। মী মখল অহুম লৈ হায়নৈ, অহানবা মখলনা মশানা হোৎনবগা অনৌবা লম্বেল শেম্বা লাক্লবা অনীশুবা মখলনা

অহানবা মখলগী মী ওইশিং অদুনা পাঙথোকখিবা থবক অদুদা খন্না নৈনদুনা অদুম লৈনবা, মখোয়গী মতুংইনবা। অহুমশুবা মখলনা অহানবা মখলগী মীওইশিংনা তৌরিবা অদুসু তৌগে খন্দবা, মতুংইনগেসু খল্লুদবা, কুম্ভকর্ণগুম অদুম গুনা তাদনা, তুমদুনা লৈথোকপা।

অহানবা মখলগী মী ওইশিংনা পুজা হায়বদি পুজা তৌনফম ওল্লকই অদুগা অনীশুবা মখলগী মীওইশিংনা পুজারি ওইদুনা লৈহৌই।

পুজাগী থাক অসিসু খেয়ে। কনাগুম্বা দেবতাশিংনা নুমিৎ খুদিংগী মন্দির হাংদোক্লগা পুজারিশিংনা পুজা তৌবা ফংই অদুগা করিগুম্বা দেবতাশিংনা খৃতু নাইনা নৎত্রগা চহী অমদা অমুক্তং মন্দিরগী থোঙ হাংদোক্লগা পুজারিশিংনা পুজা কৎলি। God realisation গী কর্ম্মদা মহৈ য়ানখ্রবা কাঙবুনা মন্দির মনুংদা পুজা কৎপদা য়াওবা ফংই।

সমাজগী অমদি রাজনীতিদা মরৈবাক্কী মজাতিগীদমক থবায় কৎত্রবশিংসু মখোয়গী মুর্ত্তি শাই, মখোয়গী তুংইনবা কাঙবুনা পুজা কৎলি। অদুবু, মখোয়দি দেবতাগী থাক্তা য়ৌবা ঙমদবা মরম্না মন্দির য়ৌবা ঙমদে, লম্বেলগী ময়াইদা, চিদাইদা, নোংজু নুংশা মরক্তা মখোয়গী মুর্ত্তি খিন্দুনা থম্মী। মন্দির য়ৌবা ঙম্নবা লাক্লবা পুজা ওইনবা হোৎনবা দরকার ওই হায়বদি ইতিহাস শেম্বা ঙম্নবা লাক্লবা মীওই কয়া মীওইবগীদমক দরকার ওই। মীগী ইতিহাস ঙাক্তা পাদুনা, শ্লোক কয়াগী অর্থ তৌনদুনা পন্দিত ওইনবা লাক্লবা ঙাক্তনা মীওইবগী থাক ৱাংখৎহনবা ঙম্লোই।পুক্নিংদা অমগা অমগা নুংশিনদবা hatred পোকপগী চাং অসি মীওইবগী মরক্তা থাক ৱাংখৎলক্লে। hatred না ৱাংখৎলক্লিবা অদুক্কী মতিক অকীবা fear মীওইবগী পুক্নিংদা পোক্লক্নি।

Hatred অমদি ফিয়রনা মীওইবগী পুক্নিংদা ঈগী লমল ঈনা খুমগদবনি হায়বা ৱাখল লাকই। ফিয়ার লৈরবা মীওই অমনা মহাক্কী অশেংবা থৌনা মাঙখিগনি। পুক্নিংদা অকীবা লাকপা মতমদা খুত্তা পায়নবা খুৎলায় থিরক্নি। হিংসাগী লম্বেলদা খোঙদারক্নি। মীওইবনা থৌবাংনা ঙায়রিবা অসি হিংসা তৌবা মী ঙাক্তা নত্তে। মীওইবগী পুক্নিংদা অকীবদগী কনবা ঙম্বা মিনুংশি লৈবা মীওই কযাবুসু মীওইবনা থৌরাংনা ঙায়রি। ☐

———o———